ফোঙ্দোকপা—

এলাংবম কমলাম্না রাজকুমারী

মোইরাংখোম লোক্লাওবুং

ইম্ফাল

অহানবা নম্বা—১৯৯০

কপী—১০০০

মমল—লুপা

ফংফম—

১। মনিপূরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল

২। রাইটর্স বুক স্টোর
পাওনা বাজার ইম্ফাল

৩। সুচেতা প্রীন্টিং ৱার্কস মোইরাংখোম ইম্ফাল

৪। বিস্নু ট্রেদীং কম্পানী
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং
ইম্ফাল

নম্ফম—সুচেতা প্রীন্টিং ৱার্কস
মোইরাংখোম লোক্লাবুং
ইম্ফাল

# "হায়নবীদো"

কচ্চরি—

মনিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবিবশিংদা

—সোনামনি

# ৱা অমতং

"হায়নবীদো" হায়বা ৱারী মচা নাচোম অসি মনিপুরী সমাজদা মতমগী নুংশিৎনা থেংবদা ওল্লিবা শক্তমগী মিৎ ফাক্লী ফাক্লী য়েংলুবদা উবোই নিংবা খরদং মনিপুৰী সাহিত্যবু নুংশিবিবশিংগী মফমদা উংচবনি। মসিবু পাবিদুনা—য়েংবীদুনা উবোই নিংজবা শক্তমশিংসি লৈ লৈতে খন্নবীবা মতমদা হোৎনজমন মহৈ য়াম্লে খঞ্জগনি।

সোনামনি এলাংবম

মোইরাংখোম লোক্লাওবুং

ইম্ফাল

অগষ্ট—১৯৯০

# হায়নবীদো

কৃষ্ণ

গারিবনে৷

মধু ব্রজ, হায়নৈ ফাওই শেগাক্ কায়না। হায়নৈ খুংগদবা--মাগী লাংদা। হায়নৈ খঙ ন-খঙ্না নাম্নোকপা মাব হায়নৈ, শোম্নৈ খঙনৈ—"হায়নবীদে ফংদ্রবা মীৎতু তাঙ্গানা হেনদোক্তুনা মণিপুরগী কোচিন্ কোয়দ্ থেংনকরে—ওম্নোকপা "হায়নবীদো"। লৈশাবা অরিবী, মৈ খিং হেন্না খঙ ই;—হম্নবা হম্নবী খোইদা চংলুই। সনাতোম্বী কুচু খঙ্দবা লৈতে। অঙাংবফজ্জে শীংথানবী মথোক কানা খোম্মীং মিংসে —"হায়নবীদো"—ঐনা আশা য়াম্না ভোঙ্ব। মাগী মরমদা

অম্বক য়াম্ন রাখল লীশাং থাবুবী অমনি। ঐনা আশা খ্বাইদগী দো মুংশি পামজনা য়েংবা মিংয়েং অমা অনি উজ্ঞখ্রে—খুদীংমকপাক্ত শেংফাহনা হায়দোকপা মুংশি রাঙাং অমা অনি অফব ফংজখ্রে।

অসিগুম্বা মুংশি রাঙাং অমতুং তাজব্বা, মুংশি মিংয়েং অমতুং উজরুবদা থাবুম লাম্না ঐগী থম্মোই নিন্না ঈথক্-ঈপোম কাহনা লৈরিবনি।

ঐনা থোঙ্গান্দগী চঙ্শিন্নকুনা গুমাং মতোন্ হেক্ য়েংরকপদা উখি—"মাঙ্গোলদা লৈশাবী মো কাঙ্বু অমনা ইকোয় কোয়না ফম্লহনা মশা নাল্লবা মুপা অমা ফক্তা ফম্লম্মী।" মুপা অতু পাখঙ্ ওইরবসু আ-ছরীনি, কলিদদি মীয়ায় চল্লবা হায়বা য়ারে;

"না মশক খঙ্নীংদ্রা? মী খ্বাইনা য়াম্না হায়নরবদুদদি ঐদি
হক্ মশক্ খঙ্নীংলক্লে। মরমদি মধুবু মশক্ খঙ্নীংবা
য়েংনীংবা, মাগা শীংননীংবা কয়াগা মরক্তা ঐশু অমনি।
"মানা ঐবু মাগী লাংদা থুহনবা ওমগদ্রনে?"

মনিপুরী স. াং চারগা হাউই— য়েংনীংবা পোং য়েংলগা মুত্তাই,
শক্তমগী মিৎ য় লগা অমুক্কা হেন্না পোন্নে।ইদ্রা? ফন কুইনা,
থরদং মনিপুরী চাদবনা মাবু উনবা ইফং ফংলমদে,
উংচবনি। মসিবু পাবিংলমদে। অদুবু হংলু খোংলুবা অমদি
শক্তমশিংসি লৈ লৈতে খ খঙলে—মহাক য়াইস্কুলদগানি,
মহে য়াল্লে খঞ্জগনি। লমদগীন। য়াইস্কুল—
হায়নরিবনি মী থান—
হেনবমখৈ মীরা
বনি—গপ,
সোনামনি হুই চাক
হুবু

মোইরাংখোম লোক্লাওবুং
ইম্ফাল
অাগষ্ট—১৯৯০

ময়ুমদা হেক্তা থিরুরগে হায়ত্নুা অনিরক্ অহুমক চৎলুরবনি—অতু—তান্ ইচা-চাদে—থবক চথোকখি হায়ত্নুা উনবা শুক্ফং ফংলক্তে। থবক মফমস্তু অরেপ্পা লৈতবা—করি থবক তৌরিবনো হায়বস্তু ময়ুম ফাওবনা খওদবত্নুদা—কদাইদনো মাবু থিরুগদবা—কদাইদনো মাগা উনবা ফংগদবা ?

ফন-হোৎনত্নুনস্তু খও্ননবগী থুদোংচাবা ফংদ্রবা মীত্নু তাঙ্গানা চারুরবদি ইথি-থিরুদনা নোংমা কোক্ হেক্ থেংনরুরে—ওম্ভোকপা মফম অমদা।

নুমিৎ অত্নু ঐহাক সনাতোম্বীখোইদা চৎলুই। সনাতোম্বী কুচু ঙৌনা রাশি লৈবী—মীনা ফজে শীংথানবী মথোক কানা খোন্মীং কারবী—খোয়থুম্নরবীনি—ঐনা আশা য়াম্না তৌজবা। মাগী মরমদা নুমিৎ কয়ানি চুপ্পা রাখল লীশাং থাখ্রবী অমনি। ঐনা আশা তৌজমন্ মাগী নুংশি পামজনা য়েংবা মিৎয়েং অমা অনি উজখ্রে—থম্মোই নীরু শেংফাত্নুা হায়দোকপা নুংশি রাঙাং অমা অনি তা-বা ফংজখ্রে।

অসিগুম্বা নুংশি রাঙাং অমত্তুং তাজরুবা, নুংশি মিৎয়েং অমত্তুং উজরুবদা থাবুম লান্না ঐগী থম্মোই নিম্না ঈথক্-ঈপোম কাত্নুা লৈরিবনি।

ঐনা থোঙ্গান্দগী চও্শিল্লক্তুনা শুমাং মতোন্ হেক্ য়োরকপদা উথি—"মাঙ্গোলদা লৈশাবী মৌ কাও্বু অমনা ইকোয় কোয়না ফয়ত্নুা মশা নাল্লবা নুপা অমা কক্তা ফয়ন্মী।" নুপা অত্নু পাখও্ ওইরবস্তু আ-ছুরীনি, কলিদদি মীয়ায় চল্লবা হায়বা য়ারে;

অতুবু মশাদি না–ল্লি। মুরবা শম্ অদু কাংমুক নান্না ফজনা হাংলি, ইস্ত্রি মমি তেক্কবা ডৌরবা ফুরিং পুময়াং লিংলি, ঙৌনা ঈস্নু তানা-শুরবা সুপর ফাইন মৈতৈ ইমা ইবেম্না "সুকরখান" কৌনবা ফৈজোম শেংলি। ওইরম্বা য়াই,—মাগী ফুরিং অমদি মশাদা Eu-de-Cologne এসেন্স তৈয়রম্বা, মশমস্ন মচন শুনা ফুৎলবা চেঙ্‌হী উতী লুজবগী মনম চেল্লম্বা। মখোয় পুম্বা মমিং-মনা চোইদনা মান ঙাঙ্‌বা তারমা মরক মরক্তা ব্রাশ নোল্লকই। মখোয় কনাস্ন ঐনা চঙ্‌লকপা উরমদে। মতম্‌অদুদা ঐনা উখি—"মহাক সনাতোম্বীগা ওইথংবা মথুং পায়দুনা লৈরম্মী। ঐহাক খংশাউ শাউনংখি।"

মমানা উরদুনা ঐবু কৌশিল্লকই—

"ইবুঙো লেঙ্‌লক্লিবরা—লেঙ শিল্লকউ সেসে খুদা সোমদা।"

মখোয় পুম্বা তুমিন্ লৈনৈ—সনাতোম্বী মমায় ঙাংতক্ তোইং, সুপা অতুস্ন হঙ্গৎন য়েংলকই। ঐগী শুক্কোক্লবা মিংহু উরমাল্লে—মহাক ঐগা হান্ননা য়াম্নমক্ খঙ নবঙম নোক্ফেং তৌনা হায়রকই—"ইবুঙো লেঙ্‌লক্লিবরা? লেঙশিল্লু লেঙশিল্লু—কদাই লেঙ লুরিবা? ইবেম্মা! নখোই তামোগী চা-ক্লং তোকচো।"

"কনানোনে মসিবো! মানা য়ুম্ন হেক শারদনা।" মহাক অসে ফন শিংবা মীতেক মীরো খঙবা জাংনি। ঐগী মায়থোং উবদা খঙমাল্লে মশা মথন্তা মথং মথং হায়রকই।

"ইবুঙো নঙ্‌না খঙ্‌ব্রদুনা তৌবনি সনাতোম্বীসে ঐগী ইমৌনি, ইচেনা পোকপনি।"

তাঙ্গা অদুদ। সনাতোম্বী মমানা রাপাংশিল্লকই —

"ইবুঙো নাখোয়গী মামোসিবু মশক খঙদ্রা? ঐখোয়গী থোকচোম খুবানা হেক্ পোকপনি, য়াম্না নকুপ্রবনি। নচনগী পুক্না তমগী কেরবনি। চিদম্ব তত্না লাকচিবনি"।

ভাতোম্বা মেনহা অমনা অমুক থেৎচিল্লকই —

"ইবাঙো মনি! ঐখোং তাইঙোসে খুবাক ময়ি য়েংবকাম্ব য়াম্না হু। ঐখোয় ময়াম মধি য়েংলম্লিবনি; সনাতোম্বীগীম্ব য়াম্ ফাওগ্রে, য়াম্ চুমথ্রে নঙগীম্ব অদুক্ য়েংলোসে"।

"কদাইদোনে ইবুঙো ঐদি কেম্ব হৈপোং নত্রেদা।"

"নত্তে নত্তে ইবুঙো হায়জিন্নবিনি —

সে য়েংলো লাওসে"—ইচে তোম্বীনা মখা তারকই।

মফম মরাঙ্ খঙহৌদে—ইক্ আক্— ঐহাক্ মাগী নাক্তা ফমদুনা মানা ঐগা খুৎ য়েং পায়দুনা ময়ি য়েংদুনা লৈরমলে।

নুপা অসিবু মঙোন্দা চিংশিনবগী শক্তি লৈবরা? মন্ত্র কক্না হৈবরা—লাই শান্নবরা? ওসাই শাউনীংলম্বা পুম্বা কদাই চংখ্রে? মানা ঙাঙবা মাগী খোক্তেলদা শুম্নাংয়াই য়াওবরা? ঐসি মফম মবাং খঙদনা ইশুম্ শুম্নাংপগুম্ তোখ্রে। মানা ভাঙবা ভাবদা য়া কা—রমাল্লে—ইচে তোম্বীখোই ইচে ইবেচাখোই করি অমুক্ হায়নি সনাতোম্বীমক য়াওনা নোকফেং নোকফেং তৌনরমলে।

ঐনা য়া কাবা মভাঙহু করি—

ঐনা পামজবা মুংশিজবা—পুনসি লৈপুন্ ওইগদবনি হায়না শাওং শাদা কুচু কুমেন্ মায়গৈ মথং মথং থারকপা, মমিংগী অহানবা ময়েক ফাওবা হেক হায়রকপদা—সনাতোম্বীগী শাওং শাদা কুচু-কুমেনগা মায়গৈগা চপ্ হেক চান্নবদুদা ওইরমাল্লে।

অওইবমক্কী মানা ফাওরিবদু চুম্বোইস্ম খল্লি, লাল্লি খঙ্বা কয়াস্ম য়াওদবা নত্তে। অদুবু মঙোন্দা মদু লাল্লি হায়না হায়বতদি মঙমদ্রে। মাগী মশক উরগা মাগী রাঙাং ত়্বগা ইশুম হেক শুঙ্কৎপা মাবু তাথি-তাওইনা হায়বা ঙমদবসিনরা মাবু হায়নবী হায়রিবসে।

য়েংবদদি ইচম্ চম্বা মী মাল্লি, রাঙাং শাঙাং ফজে ব্যবহার কায়দে; মাবু মীনা তো-ঙম্বা হায়নবী কৌবিবসে করিগীনো? মহাক অসিবু নহান য়াইস্কুল মোইরাংখোমদা হায়নহৌবা অদুনি হায়বসে ঐদি থাজবা শুকঙম ঙমদে। মদুগী মুমিং অদুদা ঙায়োনবী অদুনা মখোঙ মথুং শং—তিংথোক্তুনা তেংথাদুনা কপহৌবদু—মা-মক্কা ওইরিদ্রা? ঙায়োনবীদুনা হায়বদুবু করি?

"ঐদি মাঙজরেদো— লুপা ২৫০গী ঙানি, মীঙোন্দগী লুপা ২০০ পূদুনা লৈরকপনি। লুপা ২০ খকসি পীরম্লগা চাউরবা ঙাতিন অনিহু পুদুনা চঙখ্রে। ——য়ুম অসিদনি হায়রম্মী। "শেল অমুক্তা লৌরুখিগে ঐবু থাজদবরা"? হায়রম্মী। মী খ্বাইনা তাইবুঙো কৌই মশা নাল্লি--কোনয়াই মমি তাবা পূময়াং লিংজি সনাগী মরী শি—খুদাং ঘড়ী সনাগী মরী পানবা শি—ঙসাই পূং ৯ দগী—হৌজিক মুমিং য়ুংবা মতুং পূং অমা তাবা ফাওবা

ঙাইরে—থোকক্করে। য়ুম অসিদা চঙহনা হংলুবদসু -মহাক চংসক্তে ময়ুমসু নাত্তে মশক খঙদে হায়বকই - ওস্থোকপনি -ঐদি মাঙজরে। লুপা মঙা তরা তেংজবগা চেঙ খয়া অমা য়াঙহুন' অশোনবা অনাবা লুপা, ইচা অনি •••। ইস ঙসি কদাইদগা লোর - পীজক্কনি। মীগী লুপা ২০০না কবম্মা শিংবা - ঐদি মাঙজরে ঐদি মাঙজরে, মাঙজরে"। মখোঙ শং ভিংথোক্লুন মপি জর-জর তানা কপ্লম্মী। মৌনহা অমা অনি লাকপহুন ঙায়োনবীহু য়েংলগা শোন্নখি "ওস্থোকপনি ফংলরোইদো হায়নবী থেংনক্কর-মাল্লেদো।"

হুমিং অহুগী হুংদাদা নত্রা—সনাতোম্বীখোইদা ঙাতিন খোংলম্বদো—

"ঐখোয়গী মামে না লেরকপনে ······।"

মখোয়গী মামে। হায়দি মা ওইরে। ওইরমগনি হায়বসে ঐদি থাজবা শুকঙম ঙমদে ······ওইরম্মোইদা। মহাক ওইম্মোইদা। হান্নসু মাবু অমুক অনারক উখ্রে খল্লি শক খঙদবতনি। ঐনা উবা খুদীংদা মাগী জেবকী ফুরিংখাওদা চামা চংপী মঙা তরা তত্তনা য়াওবা উই। লুপা চনিংগীদমক মহাক মোরোক মেংপদা জাং তারম্মোইদা। অশুক য়াম্মা লৈবাকমচা তাবা ভদ্রলোক্লা কৈশু লৈতবী ঙায়োনবী অমবু উংপাং তৌবীরমগত্রা?

ঐনা হুমিম্মা রা ঙাঙদনা কমহুনা লৈবহু উবদা—ঐনা খল্লিবহু খঙলবরা? মানা ইনাক্তা খর চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই—

"কৈদোরে করি খল্লি ইবুঙো! ঐনা হায়রিবসিবু চুমদ্রবরা? ঐনা হায়বা নত্তেকো ময়িনা হায়বনি। নঙগী মামোস্থ খরদি হৈবনিদা। ঐবু থুংশিদবা মীনা পঙহায় হায়বস্থ তারম্বা য়াই—মহু পঙথা থাজরক্নু"।

মাগী ব্রা তাবদা ঐসে পুংশুম হেক্ শুক্ষংলি। মানা ঙাঙবহু তানীংহুনতা লৈ—মনাক্তা চিংশিল্লি। ঐগী খুত্তু পায়হুনা য়েংলগা মখা তারকই।

"ইস্কাক্কী ময়িসিদি ওন্থোক্লা ফগ্রেদা! লাইরিক তম্লস্থ—আ ফাওবা তম্বা য়াগনি, সরকারগী থবক আচৌবা তেহুনা শেন্ত ম য়াম্না লৌদৌরি। অঙাংস্থ থুপা অনি থুপ' অনি পোকনি। অঙাং ওইরিঙেদা খর না-য়েকথ্রবস্থ চহি ২০গী মতুংদদি হকচাং শেংনা লৈনী—অনা-অয়েক লৈরোই।

ইবুঙো নঙগী মামেনা হায়বসে ময়িগী মহুং ইন্না হায়বনিকো। অশুক্কী ফরগা—নঙগী অহানবা থুপ্। কায়নৌ হায়বা অমদি লৈকো; মাইবী পাঞ্জি য়েংহুনা প্রতিকার তৌহৌ, ঙাক্থোক্লবা যন্ত্র শিযু"।

মহু তাবদা ইচেতোম্বীনা পাংশিল্লকই,—

"তাইবুঙো যন্ত্রহু তাইবুঙোনা খর হেক ইবিরকউদনা পৈশা কয়া চঙগদগে? ইবুঙো মনি! তাইঙোসে য়াম্না হৈবনি। কদায় লুপা ৫০ মুক্তং পুথোরকউ তাইবুঙোদা পীখিনবা"।

ইচেতোম্বীনা ব্রা লোইশিনখ্রে। ঐহাক খুম্বা লাকপা নংহৌদে; ঐগী ফুরিংখাওদগী শেলহু মাগী ফুরিংখাওদা চংনীংল'মাগ্রে—

রোবোটকী মতেংন্না - ইলাইশন্না য়ুরিংখাও কেপতগী ইমানা নশাই হান্নারকপা লুপা য়াংখৈ চংপী নোট, অহু খুং য়েংনা লৌখোক্লুনা মচাওই হা ওই মাংডান্দা শিন্নখ্রে।

ইচে তোম্বীনা মখ তারকই -

"ইবুঙো কৈন্দু চিংনবনু. তাইবুঙোসে নবুক য়াম্না ফবনি; হৈস্ত হৈবনি। ঐগীস্তু সনাতোম্বীগীস্তু নহান যম্ভু অমমম ইরক্লুনা শিরদগী পৃক য়েকপা-থিনবা তৌবহু পৃক্ষ কগ্রবনি।

"তাইবুঙো করম কান্দা কনদা তম্নবা। ওস্তারুবু ফগ্রে হায়নি।"

তোম্বী নবুন মসি তম্নবা হৈনবা হোংনবদা গুরু কয়া ওঝা কয় নত্তম চঙন খংক্লরগা হৈরকপনিদা—।

মসিমক্তি হবুঙো ঐগী ওঝানা আঃ লৈখিদ্রবা ওঝা ইথম বোসোনদগী চহি ১২ চঙনা খল্লুরগা তম্নকপনি। ইঙ্কাকীদি শেল লৌদ্রবস্তু য়াবনি অহুবু পোৎচঙ, খর লৈননবা অসিনা কোন্নবা য়ারে।

ইচে তোম্বীনা অমুক হায়রকই—

"ইবুঙো মী অতৈদদি লুপা ৪০০/৫০০দগী শুক্তা তাদবনি"।

তাঙ্গা অসিদা সনাতোম্বীনা চা কপ, মরিখক্ বোরা প্লেট, মরি খক্কা পুথোরক্লুনা টিপোয় টেবল মথক্তা থম্মী।

ইচে তোম্বীনা—"তাইবুঙোস্তু ইবুঙোস্তু চাহু ফাল্লু। ঐখোয় সনাতোম্বীসে চা লোনবদি য়াম্না হৈবনি"।

ঐগী ব্রা পৃথসে মানা ইথঙ, হেক খঙবদোনা তৌই। ঐনা

হায়গে খল্লম্বতু মানা হেক্ হায়দোরকই –

"ইমৌগী চাসি ভসিদি ওম্খোক্লা হেক্ হাউখ্রেদা পীথক্লীনা লোন্মাল্লে: চা লোনববু ওম্খোক্লা হৈখ্রেমি"।

সনাতোম্বী হরাউবোই ইকাইবোই

"মামোসিম্মা" হায়রম্লগা ইপুংদা চঙখ্রে।

ন্থমিং অহু য়ায়া রারা তৌহুনা অহুম্ হোৌখ্রে। সনাতোম্বীগা উনহুনা ফম্মিগহুনা মিনিট অনি অহুমদঃ রারী শাবা রা অমা অনি ভাঙনবা মতম্ মফম শুকরঃ হেক ফংখিদ্রে; মখোয়গী মামোহুনা চাওশেন্ শেন্দুনা, অহুম লৈখ্রে। গত্তি লৈতে; ন্থমিত্তুদি—মমা ইচেতোম্বী মখোয়গী মামোহু কোয়রগা অহুম্ হল্লকলে। ঐস্থ হায়ফম ইরৈ লৈত্রবগম্ "মামো ঐ হায়রম্লগে" হায়রয়গ লাকখি। মাদি অহুম লৈহেরি।

ঐনা সনাতোম্বীখোইদগী হল্লকপহু মুংদাগী পুং লেম্ তারে। রাখল খন্না খন্না লাকখি। রাখলদি সনাতোম্বীগী নত্রে,—মামোগী, সনাতোম্বীগী মামো- অহুনা ঐগীস্থ মামো। মাগী রাখলনা ঐগী থোপ, অসি পুংশাৎ শাৎলে। অম-অমা ভাইহাক খল্লুরবস্থ মমেদা মাগী মরমদা পোপ, হেক্লা তাই ঐসিবু ত্রেন্ রাস তৌগ্রবরা?

লম্বীদা ঐগী মরূপ চাওবা থেংনৈ চাওবনা হংলকই—
"কদাইদোনো অশুক, থেঙনা।"

"ঐ মখোইদা চৎলুই, মখোইদগীনি, নঙদি কদাইদৈ?"

"ঐস্থ শান্থিখোয়দা চংলুই। মনি ভায়, ঐনা শান্থিখোইদা তারকই; হন্দক মরকসি সনাতোম্বীখোই অত্থুরাইদা য়াইস্কুলগী হায়নবীদো য়াম্না তোয়না চঙলে হায়: খর চেকশিল্লুহে। মানবু তোয়না চঙলবদি মত্থুদগা মৌনহারা লৈশাবীরা অমদি হেক্তা য়েপকনবনিকো।"

"ভায় চাওবা! করিগীনো মাবু হায়নবী কৌরিসে?"

"খঙদেদা, খর তৈওমম্বা তাই। ঐনা তাবদি মাসি মহা চনম্বানি খোংনাং মনপ্পী হায়য়ে। মানা নপথুবদা পাক থাদোক্তে নো: খোংদ্রিফাও থাদে হায়নৈ।"

অমুন্না রারী শানা শানা লাক্লুনা ঐখোয় অনি লম-খাইবম য়োরে মাস্থু চংখ্রে ঐস্থু য়ুম য়োরে। ইমানা থেঙ্গত্থুনা থম্বীরম্বা অঙাংবা চাক, ইন্সাংহু খর চারগা ফমুং চঙলে। অত্থুবু হাখলসিদি মামোগী,—মামোগী— সনাতোম্বীগী রাখল খর থাপখ্রে তুংওইনখ্রে।

ঐহাক থন্দবা ঙমদে—"মাবু হায়নবী হায়রিবসে মসিমক্তা ওইবা তাই। উনবা পুং ফাদে, মাসি ঐগী মামো ওইরে। চাওবগী রানা চুম্নবদি মানা য়েপ্পা য়াবসিবু ইচে তোম্বী ওইগদ্রা? নত্রগা অতোপ্পা মৌনহা হল্লকপা কুইদ্রিবীহু ওইগদ্রা? মীংয়েং নায়েং রাঙাং শাঙাংগী হায়রুরবদি হল্লকপা কুইদ্রিবী মৌনহাহু মানগ্রেদা।" অম্নুম্না থন্নখন্না য়াম্না থেঙলবা তুংদা ঐহাক, তুমথখি।

পায়বা রমাল শিরিবা খুদাং ঘড়ী—য়েংকী খুনীংথোদা শিরিবা নববল্লগী খুদোংপ্ মনা অমজনিঙাইনি ছিদ্র অমত্তা লৈতে। শেওাক চা থোবকপদা য়াইস্কুলদগীনি হায়বদা চোপ্পে। মায়থোং হরু হরুই, চেঙ হী মনম্ নম্লবা ধক করুবা শম্ রায়-রায় তারিবা, টুপ লিবা থানোক্ চালেপ্পা শক্তমনি মেংহাদে মতম পুম্বদা নোকনি নোকনি অশাউবা ন্যংঙ ইতবা নুমাংবা কবিগুম্ব। অমতা মনি হাদে। মতম পুম্বা ঈংচুনভা লে।

নুপা অনিদুগী মরক্তা নহা অদুদি মমায় ঙাংতক্—ন্যংশা মপী ফুয়ন হোন অশ টুবা নত্রগা পাখংপগী শক্তমনি। মুন্নদি তাহৌদবা মানা হাংখিবতুবু

"তাইবাঙ ঙসি ঙসি জেনেরেল হায়ে চঠি কুমজা ওল্লে—অঙইবা অমা হায়বানু।" ঐনা তংশং তাশানা তাবনা -"

"ঙসিদি শোয়নীরা য়াদে।"

তাংঙ অৎুমক্তদা মানা ঐবু কৌরকই —

"ইবুঙো মনি! মামোগী নাক্তা অমুক্তা লাও—য়েংঙোই নঙগী তাদ অনিসে অ- লৈমপোকপমদগীনি। সনাংতোম্বীথোইগী মতৈশিংনি মখোয়গী ইমাদো, য়াম্না কন্না নাদুনা জেনেরেল হাসপিটাল য়োরক্লে। এক্সরে লৌবা ব্লড য়েঙ্কতা মতাক চানা লৈতবনা ঈ কাপ্পবা ঈ লেবা তাবি অদুদা নত্তে হিদাক্ গ্লুকোজ ড্রিপ্ পীগদবনি। ইবুঙো নঙগী তাদশিংসে য়াম্না লাপ্পা লাকপনিদো, ঐখোয়গা ওম্বোক্লা লুনা তিন্নখ্রবা ; মথুন্দকা চৎলুরবদি লাই তারক্লুম্ ওম্বোক্লা লুনা তৌখ্রবা—ঐগী ইতেং য়াম্না পাংবীখ্রপোৎনি। ঐস্সু অঙন্বা

মতেং য়াম্না পাংনীংবনি—পাংফম্ থোকপনি ·· ···· য়েঙোই ঙসিদো তান্ কয়া চাদ্রবনোনেসে—য়ুমদা হল্লুরক্সু য়াম্না থেঙ্বা তাপ্রবা--হৌজিকমক্তী দরকার লৈবনিদো—। মখোইগা থেংননি খঙ্হৌদহুনা হান্না লোইনা - সনাতোম্বীখোই ইচেন লৌহৌরবনিদো। হোরেল মুংদাং রাই লৌরো হায়হৌই···· ইবুঙো ঙসি পোইলা তারিখ নত্তবরা ? নঙ্বু তলব ফংলম্লনি খল্লি—শেন য়াওরবদি লুপা ৫০০ রোমদং ·· করি হায়বগে—নঙ্গী তদশিংসিগী হৌজিক হৌজিক অরাবা তারিসে কোক্লনবনি ·····। হোরেন হেক্তা সনাতোম্বীখোই ইচেদগী লৌরগা পীগে করি হায়গে ! সনাতোম্বীনা নঙ্বু উননীংইস্নু হায়হৌবনি।”

মামোগী রাঙাং রাতাদা ঐসে পুংশুম্ হেক্তা শুক্মৎপা। সনাতোম্বীগী রা অমা অনি পল্লকপদা পাম্মু য়াইখি লোইনা হেক্তা কাউই। থোইদোক্লা মাগী মতেশিংনি অরাবা তারে হায়বহুদা মতেং হেক্ পাংনীংলকই। রাখল অতৈ তৌরুবা লৈতনা ফুরিৎ-খাওদা য়াওরিবা তলব লুপা ৫০০ দু মামোগী খুত্তা হেক শিন্নে। ইমাগী কাংপাল্লি সমাতোম্বীগী মোরে সার্ট অতিয়াদা মশা পান্দুনা পাইখ্রে। অঙকপা অমদি- মামোদা শেলদু পীখিবদা করিগুম্বা মুঙাইতবা চিংনবা অমত্তা লৈতে। ভুৎ থাজিল্লবরা ? সনাতোম্বীনা উননীংই হায়বদো অদুনরা ?

মামো হরাউবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে—

“ইক্মাক্ লৈজবা হায়বসে ···· হোরেল সনাতোম্বীখোইদা উনসি মামো হেক্তা পায়রক্লগে।

সেসে নখোয়গী অথুবদো কান্নরুরো। ঐনা ওসাইনা হায়বত্নি ঐর্গা ইচা ইমাক পীক্‌থন্না লৈ।"

ঐনা মামো বিদায় তৌনরগা লাকপা খোঙ্‌কাপ কুনমুক ফাদ্রি, ঐগা থবক তৌমিন্নবা ইবোয়াইমা গোং হেক্‌ থেংনরে। মানা হুংলকই -

"হায়নবীগা করি ব্রারী শারুরিনো?"

"নঙ্‌না হায়রিসিবু ঐখোয় মামোবুবা?"

"কদোমদগী মামো থোকউবিনো খ্বাইগী তাইবুঙো অসিবু।"

"ঐখোয়গীদি মামোনে।"

"হোয়নে হোয়নে নখোই মামোগা করি ঙাঙ্‌নরূরিনো - শেলদি কয়াম্‌ লৌহৌরে?"

"লুপা ৫০০ দনি, নঙ্‌দি করম খঙ্‌লিবা?"

"নঙ্‌গী থাগী তলব লোইনা লৌহৌববোইরে ফংলরোইদো। নঙ্‌গুম্বা অপঙ্‌বা অমা মানা থিরিবা কুইরবনি! ঐনা হায়রিসি মুন্না তাও-অবা। মুপা অনি অসিনা মাবু থিরিসি ঙসি তরেৎনি শুরবনি। নহা অমা য়াওবত্ন ওঝা হাপ্পীনি ব্রানোম্বীনি হায়ত্না লুপা লিশিং ২।৩ লৌবিখিবা চহি হেল্লবনি। মখোয়না মাবু হেক ফংবা মফমদা কুম্মে তৌনি হায়ত্না শীংত্না লৈরিবনি। ঙসিদি কমদৌনা থেংনরূরিবা। নহ'ন্‌ মখে উনা উনা মশোঙ্‌ লৈয়ত্না লৈরকলিবনি।"

মাগী ব্রা তাবদা পুক্নীংদা চিংনবদি পোকই অত্নবু মামোবু থাজদবদি শুক্‌ঙম ঙমদে।

অশুম্না ব্রারী শান-শানা লাতুনা য়ুম য়োরে মায় মিং তাথোক্লে। ইমানা শেল পুরক্লবরা হংবদা তলব ফংদ্রি হাংদুনা মিনম্বা ব্রা অমা হায়জিন্দুনা মুমিত্তুমা নাম্বোক্লে। মুমিং তাবা ঙাইঙমদে--ফিরোল তনান্-তনান্ শেত্তুনা সনাতোম্বীখোই পাংলে।

সন্ধ্যার্তিগী হেক মতুংদা সনাতোম্বীখোইগী য়ুম য়োরে। ঙসিদি য়ুমসে—ইমুং, মাঙ্গোল, মী ফম্ফম্ কা ম ঙান্না থা ল্ল। ইচে তোম্বীখোই কোয়চেন্ চেন্ কোয়বাও লাঙ্লম্মী। ফিদ-ফুদা নান্না মচু তানা থাই। সনাতোম্বীখোই ইমানা কৈ শিল্লকই - "ইবুঙো লেঙ্শিল্লকউ, নচন্খোয় ন্ ১ তোম্বীখোয় চাক্ চাননি, হায়হুনা তৌরি। ইবেম্মা সনাতোম্বা নখোই তামোগী চা হায়ন ইমুংদা চঙ খি।

তাঙ্গাসিদা থোঙ্গালদা বিক্সা অমা থাখি। রিক্সাদগী কুম-থরগা বেং বেং ভাঙ্লহুনা ইচে মনিশংবীনা মাঙ থারহুনা মামোনা তুং ইল্লহুনা চঙ্লকই। ইচে মনিশং মনামমশীং য়াওবা থুম্মোক্ কোক্থোং নারকই, মামোনা তগং তগং তেক্লবা, মৌ অমা মথুন্ত্রা য়ান্দুনা পুরকই। ঐ হেক উবদা—মামোস্ন ইচে মনিশংসু—

"ইবুঙো লেঙ্লক্লম্মবোইরে।"

ইচৈ মনিশংনা মখা তারকই—

"নহানখৈ কৈ চংলুরে---ঐখোই সনাতোম্বীনা হেক শোনবনা ওকপ্রবনি। নীংবু নীংজরবদি থুংঙেদনা।" হায়রম্মগা মখোয় অনি তুংথ-মাংথ চাকশঙ্ তান্না অতুম চঙ্খ্রে।

ইচে মনিশংবী হন্নকপা কুইদ্রিবী মৌনহানি। নহান্ ইচে তোম্বীনা হায়বদি—মাসি ঐখোই মামোগা ভাব অমা তৌনৈ হায়। খঙ্দেদা—ইচে তোম্বীস্ম মামোগা ভাব হাইফেং তৌনগুম্স উই করম্বনা চুমলিবা।

চাকশঙ্দা থৌরানী থরোনা চাক্ থোংলি। ইচেতোম্বী সনাতোম্বী ইন্সাং নাপী শেমলি। ইচে মনিশংগা মামোগা হেক চঙ্খিবা মিনট ৫ রোম তুংদা য়াম্না চীক্লা ইথন্তা মখোয় অনিগী মরমদা হাইফেং থনগুম্ তৌরিঙৈদা চা কপ্ অমা মেক্স প্লেট, অমগা ট্রে অমদা হাপ্লভুনা সনাতোম্বী ঐগী নাক্তা লাকই। চাহু টিপোইদা থম্লগা হায়রকই।

"কেদৌরে নহান্থে লাকত্রদে?"

থংবোই লাকপোই—মশক উবদা ইপা-পাথং ইগুম গুম্ভুনা ঐহাক অং-আ তৌদুনা মঙোন্দা মুম্না য়েংদুনা লৈরে।

মহাক্না য়াম্না নক্না চঙ্শিল্লভুনা মনাদা থেংপা ভখেন্নৈ নাচোমহু লৌথোক্লগা ঐগী ফুরিংকী জেবকী ফুরিংখাওদা থেং-চিনবীরে। মাগা ঐগা থাপ্লবদো ইথি অমরোমদা ওইরম্বা য়াই। মচন শুনা ফুংলবা চেংহি মনম চুরবা মশমগী মনমনে লৈচন্ শুনা শেম্লবা নাচোমগী মনমনে অমদি মাগী মশাগী মনিল অহু ঐগী হকচাং য়োরকই। ঐহাক্কী হকচাং ফোঙ্ ফোঙ্ শারকলে—কৈনোমা তৌই ঐসে—হায়কম খঙ্দে। অহুক্সু নত্তে মানা ইনাক্তা; ঐনা কমলিবা সোকাহুগী থক্তা ঙেক্, হেক কম্লরে—অহুদদি ঐহাক মক্ষম মরাং খঙ্রে; অমুকস্থ মানা—খুজি নাচি

শিরবা শৃং স্রাং লাউবা খুত্তুনা নিমকিন্ বিস্কুট্ অমা লৌখৎলগা - "সে বিস্কুট সি চাবিয়ু" হায়ত্তুনা ঐগী য়াদা কোক হেক ইনশিল্লক্লম্মী।

মতমত্তুদা মামোনা মপান্দগী ঙাঙ্না ঙাঙ্না চঙলকই" - "নখোয় তামোগী চা কা তৌববরা ;" মামো মখোল তাবদা মহাক্ ফূক্ হৌগত্তুনা চা কপত্থু মখুৎনা পায়ছুন ঐঙোন্দা লানশিল্লকই। মামো ইমুং য়ৌরকলে - হায়রকই—

"ইবুঙো ঙসিদি সনাতোম্বীনা নঙ্ন্ চাকৌরিবনি চাথিদবা য়াদে, ব্রারোইপোৎনি।"

"মামোসিমা ফৈরেং তৃরেং হেক্ ঙাঙ্লদনা" হায়রকই - ফৈরপ্পা য়েংলম্লগা থোঙ্ কাম্থোক্লুনা ইমুংলোমদা হেক চঙ্খি। মামোগা ঐগা চা থক্ক থক্ক ব্রাবী শাই। মামোন হায় "ইনৌনুপী সনাতোম্বীগা ইম্মাকবু ওম্থোক্লা জুৎ-মেন চানখ্রেনে য়েংবদা—ঙানুগা খোংবানগা ঙাগা ঈশিংগা হায়দ্র হেক থোকই। ওম্থোক্লা মুংশি-খ্রবাইনিমা।"

মামোনা ঙাঙ্লিদো—হায়রিদো—তাদি য়াম্না তানীংই, ইকাইগুমম্থ তৌই। মিনিট ১৫ ব্রোমগী তুংদা সনাতোম্বীখোই ইমা চঙ্লকই—অঙুগা মামোদা হায়ঃ—"ইবুঙো মধু মনিশংবীনা অমুক্তা ইমুংদা চঙ্বীরকউ হায়।"

মামো চঙ্খ্রে, ঙাইহাক্, ইমাগা ব্রারী শান্নিঔদা চাক্ তাক্লয়ে। চাকশঙ্দা সনাতোম্বীনা শীল্লাংত্তুনা মথেল লুকোই পুক থক্ক চারে। মানা মমীং কল্লপ বক্লপ য়েঙলত্তুনা ইলাং হাল্লত্তুদি করি হায়না

ঈংথানি। মানা হাপ্পা থুদিং "সিনা শরেংনি, সিনা রৌবি অয়োইবনি অঙোবনি; অতাউবা অমথক্তুংগা।"

মানা হাপ্পা থুদীং থজিক থজিক চা-শিন্দুনা পুকসি পেরে। হৈ থুম্ য়েল্লবা ভুংদা চাবা লোইত্তুনা হৌগৎলে।

সনাতোম্বীনা সাবন্ লানশিল্লি - বালতীদগী ঈশিং মগনা কল্ল কল্লত্তুনা হৈরম্মী। খুৎহাপ্পা চীন্ তেংবা লোয়রবা ভুংদা সনাতোম্বীগী লেংবান্দা য়াল্লিবা তাউয়েল মচিদা খুৎ-শা তৈথোক্লে। ঐখোই ফমফম কাদা ফমত্তুনা ঙাইহাক, পোত্থাই। সনাতোম্বীনা কা পুশিল্লক্তুনা চামিন্নে। মামোনা হায়রকই :—

"হাউখ্রে হাউখ্রে ইমোগী চাক ইন্সাংসি থরায় য়াওবা তৌমাল্লে : ইমৌগী মঙ্গল ওইরনি।"

ঐস্ পাংশিল্লি—"ওস্তোক্লবু হাউখ্রেনে, অমুক্তা চাদ্রি সিগুম্বা চাক ইন্সাংদি।"

"মথোঙ, চাপোক্তেদা ইবুঙো।" সনাতোম্বী মমাদা হায়রকই। "ইবুঙো নখোই, মামোখোইগা ব্রারী শারম্মু; ঐ লোইথোক লোইশিন অত্তুক অৈক্লখিগে।"

সনাতোম্বী মমা চঙ্খ্রে। ইচে তোম্বীস্সু ইমখ্রে—ঐস্সু য়াওরুখিগে হায়ত্তুনা।

ঐখোয় হন্না পানি - হয়েং কাংগী য়া - লৈবাক্কী ঈ-পাউগী বা—ঙাইহাক ব্রারী শারে। ঙাইহাক লৈরগা ইচে মনিশং—"ঐ য়ুমদা অমুক্তা চৎলুখিগে" হায়ত্তুনা চৎখ্রে। মামো ঐ, সনাতোম্বী ব্রারী মথা চঁথে; মরক মরক্তা মরৈস্সু য়েংমৈ।

ঐখোয় অছুম ব্রারী অত্তুম শাংথরম্মী। ক্বা মতপ অমা অনি লোইশিলক্লে। মতম অতুদা অয়াং থংবগী মুপামচা অত্থু লাকুনা হায়রে ঃ—

"মামো ইচে মনিশংনা ঙাইহাক্তা লাকপীয়ু হায়রকই।" মানো হৌগত্তুনা চৎখ্রে। সনাতোম্বীসু "ঐ কৈনোমা কাউরম্মে।" হায়রম্লগা হৌগত্তুনা চৎখ্রে। থেঙ্থরক্লবা অহিংতুদা চীক্লবা কাহুদা ইথন্না। মিনিট মঙা, মঙাদগী তরা হৌখ্রে; ইথন্না, চিকখ্রে; করিনুংগীনো ঐবু।

ঐবু হৌগত্তুনা চৎখ্রসিরা?

হৌজিক ফাওবা রা অমত্তা হায়বা ঙমদ্রি—

"করিনো মখোয়না তৌরিসিবু? কনা অমত্তা তাক্লমদনা হেক্তা চৎখ্রগেদা!

ঐহাক ফুক্ হৌগৎলি—চৎলগে হায়দুনা খোঙ্ নামা হেক্ থাংলকপদা ঙায়রি—সনাতোম্বী য়াম্না কে-না চঙ্লকই, হায়রকইঃ—

"চৎলগে হায়রিরা! ঙাইহাক্তা ঙাইখো-ও সে—সি লৌরুবনি নঙ্গীমক্তা 'তুগা নহান হায়গে হায়দু করিনো হায়রো সে।"

অসি হায়না হায়না থরো অঙাঙ্বগী নাচোম অমা ঐগী খুত্তা পীরকই।

মাগী মখুৎনা ঐগী খুত্তা হেক্ থেংবদা ইলেকত্রিক্ সোককুম্না হকচাং পুম্বা জিং লাওই। কোকচাওবী ফোঙ্ কায়, কৈনোমা তৌই—ফোঙ্-ফোঙ শাগৎলকই হকচাং পুম্বা। ঐনা নহানমখৈ

শাগংলকপা আশা—ঐখোয় অনিতা ভাইহাক্ ফম্মিন্নবা ফংলবদি—অসি হায়গে, অদু তে.গে খল্লগ্গা পুম্বদু মিকুপ্তা লোইনা পুমকাউ। হায়গদৌ ন্নানা হায়দ তোগদৌনা তৌদ—মনীং মমাঙ, পুংওন—মঙোন্দবু য়েংগদ্রা—পাখংলিবা মিছুল তীং তীং চোংলিবদু ফাথ—গদ্রা নাতোন শুমাং হুমাং হাইফেং কারিবদু তৈথোক্কদ্রা—লুমাং শম্ য়ুংখংলিবদু ফা-থগদ্রা- ঐসি পুমপঙ্ পঙ্থরবা শুক্কাংলবা মুংপান্ ওল্লবা হায়বদু ওইরমাল্লে। হায়ফম খঙদ্রবা চময়রবা জ্ঞান তাদ্রবা ঐনা মফম মরাং খঙ্দনা মাগী নাচোম পায়বা খুতু কন্না পায়-শিন্দুনা খংজিং হেক চিংলুরে : মাস্থ রেলেন্স চারম্দ্রমাল্লে ঐঙোল-লোমদা হেক তুশিংক্লম্মী—মহুদা মাগী মোল্লবা চিনবান্না ঐগী চিনবান্দা থেংখিগুম্ তোই—অতুদদি ঐদি পুমলোই লোইরে। মানা—"হাইমা কৈনোনে মতামনি।" হায়রকপদা ঐহাক্ খংপেক্ খংই। মানা হন্দোক্লনা শাউনীংবা মুঙাইতবা শকফম্ উতুনা তুমিন্না ইনাক্তা ফম্বদু উরুবদা ঐহাক মুংশা খংথী-থীরক্লে। কপ্পীং কপ্পীং তোরক্লে। ভাইহাক কয়াম কুইনো খঙ্দে তুমিন তুমিন লৈনৈ। তাঙ্গাসিদা মখোই মমানা কৌরকখি। "তোম্বী সনা-তোম্বী।

ঐহাক্ মঙ্ফাওনরে—জ্ঞান খংতা তারক্লে। নোংয়াই চবুক হেল্লমলে। মঙোন্দা ওনশিন্দুনা—

"ঐহাক চংলগে।"

"হায়রমদনা চংলদ্রা-ও—"

ঐনা হায়গে খল্লম্বত্নদি ঙসাইনা কাউখ্রে। কোক খ্রো-খ্রো হোৎলি নাতোন্ অমুক পায় হায়দোকপা ঙমদ্রি করি খুমসিগে খঙ্দ্রি।

মমানা অমুক কৌরকই—

"তোম্বী সনাতোম্বী।

ঐহাক চমমনৈ অমুক পম্বস্থ ঙমদ্রে—

মানা হায়খি—"হায়রায়োইদ্রা-ও" কোইরাওনবা মিংনা-য়েং চিনবান কাঙ্লপ লেপ লাঙ্তক্লনা অমুকস্থ—

"সে হায়রোমি।"

মমা লাকপগী শঊম ফংহ—

"হয়েং হাইগে" হায়রম্লগা ঐহাক মপান্দা পল্লপ-পল্লপ থোরকখি-মানা থোঙ্ গম্ খিংজিন্দুনা চঙ্খি। ঐহাক আউ-ব্রাজনা পুমথন্ থন য়ুম য়ৌখিবা খঙ্হৌদে। মামোদগী শেল ককা শুক্লাং নীংশিংখিদে।

নোংঙাদ্রে—অম্লুক অচু ফাওবা ঙল্লাংগী আউব্রাজ কোক্তি। ইমানা চঙ্শিল্লক্লনা ফমুংনাক্লা লেপ্তুনা হায়রকই :

"ইবুঙো হৌগৎলো থেঙখ্রে। ঙসি পালিনি— পোৎচৈ লৈনবা পৈশা হায়বত্থ খল্ল পীয়ু।"

পৈশাগী ব্রা পালিগী ব্রা তাবদা মঙ্ কায়বে, আউব্রাজ মুংখ্রে। ফুক হৌগত্তুনা মিৎ-মায় তারগা ফিরোন্ শেত্নুনা য়ুমদগী মপাল থোরকলে।

য়াইস্কুল য়োরে—মামোখোয় য়ুমদা।

"হনে—মামো লৈবরা?"

"লৈতেনে হৈবুডো! ওরাংদগী হলক্তি।" ইনে শাওরংননা খুমকই।

ঐহাক চমম্নবা তৌরে মুংশাম্নু থী; করম্নো কদায়দগী পৈশা লৌরুনি। মামোহ কদাই লৈরম্নী?" অশুম্ খন্না খন্না চংলকপনা ছড়ক অচোবা য়োবে। মতুদা লাই-নোংদম ঐগী মরূপ চাওবা হেক্ থেংনৈ—হংলকই—

"কদাই চংলুই?"

"মামোখোইদা।"

"ভায় নঙ, পাউ তারবরা?"

"করিনো? করি পাউনো?"

"হায়নবীদো ওবাং নুপী অমা চেল্লেয়ে।"

"কনানি হায়বগে?"

"খঙদেদা মৌরা করিনো মবুক্তা থা অহুমগী অঙাং অমা য়াওর পোৎনি হায়নৈ।"

ঐনা খল্লি কনা ওইরিদগে? ইচে মনিশংবু ওইরিব্রা? চাওবনা মখা তারকই:—

"ভায় ঐনা হায়দ্রদো! মানা চেল্লকইসি মখোই অহুরাইদে ওইরমনি।"

অওজা বারী শাত্নুনা লাকপমা মখোয়গী লৈরক মপা য়োরহুনা মহাক লৈহোরে। ঐদি মফম মরাং খঙদনা খোঙনা পুবা মাই-

গৈদা অত্তুম লাকপনা সনাতোম্বীখোই লৈকাই য়ৌরক্লে। থাপ্তরা উখি--

সনাতোম্বীখোয় ইমাগা অহল ওইরপ তোবী মৌ অমগা মখোয়গী অরাংথংবা য়ুমল্লোন্নবগী খোঙ্গান্দা রারী শাত্তুনা লৈবত্তু। ঐহাক মামোগী রা হঙ্গে খন্দুনা পরপ পরপ চৎখংলম্মী। ঐনা খর নকশিল্লক্লবদা তশেং তশেংনা তাখি সনাতোম্বীখোই ইমানা হায়খিবত্তু—

"লমশা কশুবীত্তুগী রাদো ঐঙোন্দা অমুক হায়বীররমু।"

অসি হায়না হায়না খোঙ্গান্দ্র গম্ থিংজিন্দুনা চঙ্খি। হন্নবীতুম্ন "ঙাইখোনে" হায়না হায়না মহুং ইন্নখি।

ঐহাক মঙ্লাক্লবা হোরে—অয়ুক অত্তুদা।

মঙ্দা খোঙ্ থাংত্তুনা চৎলি। লৈরকী ওইরোম থংবা খোঙ্গান্দা ইচে মনিশংবী হেক উই- ঐহাক খাই পাখংলি; হুমাংনা পুমচোং চোংলি চঙ্শিন্দূনা ইচে মনিশংদা হংলুই—

"ইচে মামো লাক্ লাকপ্রা?"

ইচে মনিশং মমিং মমায় পোমই—মায় ঙাংতক্ শাওনা খুন্নকই:—

"ইবুঙো কশুবত্তুগী রা হংবীরমু ঐ খঙ্দে।" হায়রম্নগা খোঙ্গাল মন্নুংদা পরপ পরপ চঙ্খি।

ঐহাক পাঙ্না পাঙ্না মঙ্লাক্লবা হেক্তিল্লক্লে? লম্বী থন্না কৈনা-য়ুংনা অত্তুম চৎলি। সনাতোম্বীখোই খোঙ্গান্দা ইচে তোম্বী থেংনৈ। ইচে তোম্বীনা ঐ ঊবদা হংলকই—ইবুঙো করি তৌরে নশা ঙমদবরা নকোক ঙাওবরা?"

"ইচে সনাতোম্বীবু।"

"লমশা কশুবীদো ওরাং চেনশ্রে।"

'কনাদা?"

"কনাদা ওইগদগে নখোইগী মামো কশুবত্নদা।" তৌওম্বী মোন্না শেঙ্গাও লাকপীদো মবূক্তা থা অহুম শুরেইনে।"

ঐহাক লৈরক্লুদা ফমথৈ, নুংশা মপী শাংনা হোনখি মুরুম মুরম শোন্না মখোল থোক্লা রাখল খনখি—

"ইস! মাদি লৈকাইগী মামো ওইরমলে।"

থৌবাল

জুলাই ১৯৮৪ ইং

# ফজবা শক্তম্

থাঙ্গেশেংবা থৌদোক্লা শাজিনবদগী য়াম্লা হেন্না হায়বসে মুংদাংত্তুদা থেংনখি। লাইশেমগী ফজবা শীংথাবা ওমদে—খুং-শেম্‌গী ফজবস্তু রাৎপা লৈতে। অদুবু খুংশেম্ লাইশেম্ অনি পূম্না ফজবা পূক্নীং হুবদি খরতনি। মতুমক মুংদাংত্তুদা থেংনখি। কয়াদা ফজখ্রবা শক্তম্নো অমুক উররোইদবনি; উখিবত্তুনা লোইরবনি। মতুনি ঐনা তমগে হোৎনরিব্বা।

ফজবা খিবিক্কী মনুংদা অমম্বনা অখোইবনি। অদুননি শ্রীকৃষ্ণবু খ্বাইদগী হেন্না ফজবা কৌনরিবসি। অঙানবদা মংালদা অমুক্তা উদ্রিবা ফজবা কয়া অমম্বদা লৈরি—অতুনা অমম্বনা খ্বাইদগী হেন্না ফজবনি। অমম্বদা খঙদবা পোৎ য়াম্না লৈ, মতুগী মনুংদা ফজবা য়াম্না মশীং থীওমদনা য়াওরি। মিংনা উদবা অমম্বা মীওইবগী থম্মোইনুংদা ফজবা কয়াম লোৎলিবা কনানা খঙবা ওম্বগে? খঙদবা পোৎপু মীওইবনা কি অতুনা অমম্ববু মীওইবনা কি। অতুবু কিরবস্তু কিনা অতুম ফজে হায়নিঙাই লৈতনা ফজে মরমদি মীওইবনা খঙদবা পোৎপু খঙনাংবা উনাংবা য়েলহৌভেদগী হৌজিক ফাওবা হন্দ্রি। অহোয়নত্তুম হেনগৎলক্লী, অতুনা অমম্ববু পাম্বা নুংশিজবা পৃথিসিদা মশীং লাকওমদনা লৈ। করি অমুক হায়গনি মণ্ডালগী মশক ওইবী নায়িকা অথোইবী শ্রীমতি রাধিকানা অমম্বা শ্রীকৃষ্ণবু কয়ামুক পামজবগে নুংশিজবগে হায়বত্তু বৈষ্ণব

পদাবলী পাবিবা তাবিবা খুদীংমক্না থোইনা হেন্না খঙ্বীরিবনি। ফজবা লৈবা মফমদা খুদোংথিবা মশীং লাকওমদনা থেংনৈ। অদুনা অমম্বদা খুদোংখিবা কয়া থেংনরোই হায়নিঙঙাই লৈতে। অওইবমক ঙঙানবগা চান্নদবা খুদীংমক অমম্বগী চান্নবা ঙাক্তনি;

অঙানবদা পাঙ থোকপা য়াদবা অরোনবা থবক কয়া অমম্বদা পাঙথোকই; অদুগা অরোনবা লোন্না তৌবা থবুক কয়াদা হায়নিঙাহ লৈতনা ফজুবা লৈ; অদুনা অরোনবা ফজবা পাঙ-থোক্লাংবশিংগা মফমদা অমম্বমুক্ পামজবা ফজবা, মফম কদাইস্তু ফংলোই। অসিগুম্বা ফজরবা অমম্বা অহিং অমদনি ঐখোয়না অমম্ববু য়েংনা য়েংনা লাকখি থৌবালদগী ইম্ফাল তন্না।

নুমিং অদু থৌবাল বাঙ্গলাদা ইথম্লা লৈ। অরীবা ব্লোক্কী অমনবা বাঙ্গলো বাথরুম্ মুঙাইতে হায়দুনা অঙাংশিং ইম্ফালদা লোইনা চৎখি—কমলাস্তু য়াওখি। য়াইমা নত্তনা ইথম্তনি বাঙ্গলো'দুদা য়াইমানা ঐগী পূজারিনি বিয়াররনি বোদিগার্ডনি চৌকিদারনি মালিনা। নক্লবা কাটরসদা লৈবা ড্রাইভর ইবোয়াইমা মাগী মতেং পাংবা এসিষ্টেন্টনি। চানবা চেং চাক্ থাউ থুম অদুম্মক লৈ। ঐগীদি অচম্বা fare নি। থোইদোক্লা থাও–থুম মসলা য়াম্না চঙ্দে। ঙা শা ঘী মাখোন্ দরকার পঙলে লৈতে। অদুবু করিগুম্বা গেষ্ট লাক্লবদি য়াম্না চোপ্পীঙাইনি। মখোয়গী মমাঙদা পুথোকপা য়াবা আইটেম অমা ফাওবা লৈতে।

মুংদাং অদু মমই থাশি হয়েংনি! হাঙলবা কা-দুদা রাখলস্তু অহাঙবনি। অদুবু অহিংবা জিবনা লেঙদনা কৈগু তৌদনা কয়া

কুইনা লৈবা ঙ২গে। ঐস্ন লেমনা কৈস্নু তৌদনা লৈবদি য়াব্বনিনা স্বর হোল্লি- খুংশা হাইদুনা কাঙ্ তাংগকই - অদুদগী নোংমা থেঙ্না থুংলবা খবর - Statesman Amrita Bazar অমদি Telegraph মথং মথং ফাক্তোক্নুনা পাই য়েংই - - থোংদোক্না Phantom, Modesty Blaise অমদি Flash Gardonগী Comic Serial অদু ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরি। মুংদাংগী পুং ৭ লোম তারকলে। মতম অদুদা Flag Post য়াওবা অমুবা এম্বাসাদার অমা থোজিল্লকই। কারদগা কুমথরকই - মথঙ্ মথঙ্ শরত ইবোহল বোবী। কাদা চঙ্না চঙ্না হায়রকই—

"গুটেন টাগ"।

ঐস্ন খুমই—"গুটেন্ টাগ"।

ঐখোয়পুম্বা জর্মননি - মরমদি ঐখোয় ইন্দো জর্মন এসো-সিয়েসনগী মেম্বর ঙাক্তনি। অখঙ্বা অমা অনিতনি ঙাঙ্নবা। পুন্না হায়রকই—

"ঙসিদি জর্মনগী মিটিংনি—হৌনবা চথরসি।"

ইবোহলনা মখা তারকই—

"থৌবালদদি নিংথৌ ওইবিরী—অন্নাৎপা লৈফম থোক্তে। করি হায়গে থৌবাল নিংথৌ।"

ঐনা খল্লি—Shock অমত্তং পীহৌসিরা? মিটিংগী তারিখ খঙ্দবনা থৌরাং অমা ফাওবা তৌহৌদ্রে; গুদামস্নু ইহাঙ, হাঙ্ই কমদৌনি—কৈস্নু লৈতে।"

থুনা শাওগন্বা ইবোহল—ফুক্ হৌগৎলি— য়াম্না থুনা হায়রকই - "ঐখোয় হল্লসি।"

শরত বোবী মিং খংনখি -থাওদগী মেগজুগাল পূথোক্লনা টেবল মথক্তা কোক্। ইবোহল ফমথৈ। কৈশু লৈতবা শাহনা— ডালমুট খিক্তং লৈবত্ত কাটর প্লেটতা হাপ্লগা টেবলদা থমই। অহাঙ্বা গ্লাস মবিথক ঈশিং হাপ্লা জগ অমগা ঐখোয়গী নাক্তা। মিনিট মঙাদংগী মতুংদা হান্নবা শীনখিহনা য়াইমানা থাওদা ডেরবা মোরেগী চিলসা চিকন্ প্লেট মথং মথং আইটেম অমগী মথংদা অমা থাংজিল্লকই। গ্লাস খুদীংমক বোবীনা অচৌবা পেক্ অমমন হাপথ্রে—অহুগা ঈশিং হেনা হেনা—বোবীনা ঐখোয় পুম্বদা হংই—Say when মথংদা ঐখোয় খুদীংমক লাওনৈ—“চিয়ারস”। মিটিং চোরে।

চানবা প্লেট মথং মথং -ইবোহল হাইফেৎ নোকফেৎ তৌ— হায়রকই -“সিদি Surprise নিনা” মখা তারকই—“ঐগীদি উতোঙা অমেৎপা অমত্তা।” হৈশিংলবা য়াইমানা—মোরোক্ অতেকপা থুম মৈদা লৌরবা উতোঙা—লোয়নননা মরোই মপাং ফদিগেম তিলহৌ থবীগী সালাদ—প্লেট মথং মথং চল্ল্রে টিপোই টেবল অহু।

ঐখোয়পুম্না লাঙ্বা খর হেনগৎলকই—ব্রা ডাঙ্বা খর খর লাউরপ লাউরপ তৌরকই—পেক্ অমগী মথংদা অমা বোটলদগী থুলো—অহুম মরি লানশিল্লরুপা মতমদা মেগজুগাল অহুম রিভর্স বোটল তৌরকলে। কাঙ্বু অসে কোব্বলনি—কনাসু ফেং হাইনদে। খিক্তং হোংবা হায়ববু—ইশা-ইশানদি হোংদবোই খন্ন খন্না ব্রা

ঙাঙ্বা ৱারী শাৰদা—খোঙ্লে মখোল হৌবা খর খর হেনগৎলকই।

ঐখোয়গী ৱারী হ্বতাইগী টোপিক মখল মখানি। মান মানা হৈনবা অহুদা খর খর হেন্না হেন্না ঙাংনৈ। বোৰী য়াম্না হৈশিংবা ইলেক্ট্রোনিক্ ওইদ্বতা নভনা মশামক য়ু মহাও এক্স-পার্টনি। অতীংবা, অশাবা, পুকয়ু ৱাইয়ু, কালৈ সেকমাই খুর খুল ফয়েং অদ্রোদগী হেন্দোক্লকুনা মাও কোহিমাগী মধু অমদি রাচীগী দারু, হুইস্কী, স্কোটস, মোহন মোকিনস ব্রাণ্ডি রম জিন্, বিয়ার সেমপেন ভোদকা—মখল কয়া; মখোয়শিংসিগী পেটেন্টশিং জোনী ৱাকর, ও, টি, ব্লেকনাইট, এক্স এক্স এক্স, বুল, ওলদ মোঙ্ক নচিংবা মণিপুরদা হেক ফংলিবা পুম্না য়েংলগা হৌজিক হৌজিক মক্তি মণিপুরদদি মেগতুগালনা খর ফরি হায়রসি বোৰীগী এক্সপার্ট মোংনি।

“হৌজিক কালগী তুনিয়াদি অশেংবা ফংবা ৱারে সাহেব”—ও টি ব্লেক নাইট দিপ্লোমেট ককাসি লিক্রীতা মঙায়রে। স্ফতি অয়ানবা ঙাক্তা মহাও লোইনা থৈইরে। হৌজিক হৈজিক খর ফরিসি মেগতুগাল মঙায়রে।

“খাদিদি কমদোবা?”

“অশেংবা খাদি ফংলবদি মতুনতুম হেন্না ফৈ; সেকমাইগী মচীন্ ককাদি য়াম্না ফরিদা।”

“মান্তক্কী কমদৌবা।”

“মতুমদি থেংনত্রি অমুত্তং য়েংজগে।” গ্লাস অমা থংকোক্ তৌনা মান্তক অহু হৈরগা চুরুপ চুরুপ গুৎ থকই—হায়রকই

"মসিস্থ ফনা ফৈনা।"

"ফবগী ৱাদি মখা মায়গৈদা লাঙ্খেলদগী ককচিং হিয়াংলম ৱাবগাই লাংমৈদোং স্থগ্ন ফাওবা মাগুক্কা জয় তৌরিদনা।"

ঐখোয় খর নোকই—ঐখোয়বু উরগা নোকপা মীস্থ য়াওরমগনি।

ইবোহল লৈগী এক্সপার্টনি। মখল কয়াগী লৈ হৌরি মাগী য়ুমদা—বোনশাই য়াওনা পাম্বী কয়া লৈগী মিউজিয়ম মপূনি। লৈগী মরমদা হংলুরবা নত্রগা ৱারা শাররবদি মথং মথং শমথরক্কনি মথহুনা ঙাঙ্গনি—লৈগী মওং মমিং লৈশাং করম্বা মফমদা ফংবা করম্না ফংলকপা; লৈ পাম্বীহু ফংনবা হোংনবদা খংনরকপা কয়া নত্রগা অপাম্বা মাগুম্বা গ্লোরিষ্ট কনাগুম্বনা মঙোন্দগী চলাক তেত্থনা লৌখিবা নত্রগা মাবু হুংশিদবা কনানা লৈহু থুদেক্লম্বা নত্রগা পাম্বীহু লোম্না পুখিবা কয়া মথং মথং ঙাওথরক্কনি। মরক মরক্তা লৈগী মরমদা, খর খঙবা—মমীং-মথা মশক খঙবা মহুদা খর ইন্টরেষ্ট লৈবা শরতনা ৱা পাংই হংদোক হংজিন তৌনৈ। লৈগী মরমদা করিমত্তা খঙদবা ঐঙোন্দদি মখোয়না ঙাঙনরিবহু সংস্কৃত লোম্নি গ্রীকনি লাটিননি—অর্থ মুম্না খঙদে। থাঙ্গৈশেংবনি ঐহাক লৈগী মমিং মুম্না খঙদে, লৈহু থাহুনা চাওনবা ফজনবা হোংনবস্থ হৌতে, হৈনদে; অদুবু লৈশিংহুনা ফজনা মকা ফম্না শাংপহুদি য়েংনীংই য়েংবা পাম্বী, ফজবা লৈ অমা অনি হেক্তুনা থেংনিঙই। পায়নীংই। মীনা শেম্বা ওইরবস্থ লাইনা শেম্বা ওইরবস্থ মীশেম লাইশেমগী ফজবা লৈহু য়েংহুনা পায়হুনা হকচাংদা থেংহন্দুনা পুং কয়া চুপ্পা লেন্‌বা ঐগী হৈনবীনি পামজবনি—মুঙাইজবনি।

অহিং অছু থেঙজিল্লক্লে পুং ১০ হেণ্ডিল্লক্লে; অঙ্গুর মইগী ময়াইস্যু কনখৎলকলে। ঐখোয় মরিতনি অত্তুবু, মরিমক রা ঙাঙলি লাঙলি।" শরতনা তত্তনা হাংরকই—"সন্ধ্যা বোরা সন্ধ্যা বোরা" মরক মরক্তস্যু ফুক ফুক হৌগৎলকই—"ঐহাক চৎলগে।"

ইবোহলনা খামই—"ঙাইখো।"

মথং মথং হায়রকই—"খাম্মু খাম্মু মাঙখিনি।"

অমনা খুরুকই—"কদাই মাঙলুগানো হৈনবীলক্তবু।"

অওইবনি—অথোকপম খাঙবোক শরতকী হৈনবী মফমনি। লম্মীৎ তুমিং লোইনা খঙই—মতম কুইনা অতুরাইদা লৈশিন্দুনা লৈরম্লবনি।

বোবীনা হংলকই—"মফমতুদা করম্বা য়াই লৈচ্ছনা অতুক কুইনা চাক্তরগা।"

ইবোহলনা শুরুকই—"ও খঙদ্রিবোই। থোকউ

হায়বতা থোকই অরাৎপা লৈতে ফংদবা লৈতে হায়তুনা অথোকপম কৌরিনি। রাৎপা লৈতে অপাম্বা পোৎ।"

বোবী—"খাঙবোক্তি"।

ইবোহল—খাঙবা কল্লগা ফমেন ফমই, শায়বা কল্লগা ওইনম্মী। খাঙবা য়াম্না কল্লি—লোংনা পোক পোক থেক্লকাও কৈস্যু নাচুংদে 'হুনা খাঙবোক। খাঙববু কল্লবা ফমেন ফম্বা শোয়দ্রে শরতস্যু ফমেন কয়া ফমগ্রপোৎনি।"

ঐখোয় পুম্বা রা রা নোকই।

সংসারগী অরা অনা চঙ্‌দবা মীওইবা সমাজগী, ঐগী ঐগী ইমুং মন্নুংগী, ইচাগী মুপীগী, অরা অনা অরৈ লৈত অফ-ফত্তা পুম্নমক কাউথোক্তুনা মিকূপ থরদং লৌথুপ লৌকোই লৈতনা পুক্নীংদা খল্লকপা রা তশেং তশেং অথাকপা লৈতনা হায়দোক্লবগী ফজবা অদু মপুং ফাদ্রে—লোইশিনবা মতম ওইরকলে। ময়ুম ময়ুমদা হল্লগা অওইবা ওইদবা কয়া শাগত্তুনা য়ুমলৈমগী নাক্তা প্রোগ্রেম কয়াদা লুপ্লুরনি।

পুং ১১ তাশিল্লক্লে হল্লসি হায়নরক্লে। ঐবুস্থু হৌরি— ইম্ফাল চংসি। ইবোহলনা মখা তারকই—"কৈদৌনা লৈহৌগেগে নতোমত্তা লুক্রাক য়ানগুম, হৌদোং ঈশিং তাগুম্। চংসি লাও"।

মখোয়না য়াদত্তুনা ঐহাক গাড়ী থৌদোকলুরে। ইবোহলনা ঐগী কারদা—বোবীনা শরতকিদা। হাইগংলক্লে ইম্ফাল তম্না।

থাশি হয়েংনি মুংদাং অদু ফন-শাথীনা মম্‌ই। মাঙ্‌দা গাড়ীগী মৈঙাল্লা অমম্বদু খর মথৈদি ফাও শেংফাত্তনা লম্বীদি উরি। য়েৎ-ওই তুংদদি অমম্বনি শুক্ল মম্বনি। য়েংথোকখিবদা অমম্বা নত্তনা কৈস্থ উদে। অদুবু অমম্বা অদু ফনবু ফজে—মরমদি অমম্বা লক্তা লৈরম্বা য়াবা অঙানবদদি শোয়দনা উগদবা অমোংপা ভুকচ্চবা শক্তম, অমত্তা উবা ফংহন্দবা অমম্বা অসে হায়নীঙাই লৈতনা ফজে হায়নীংই।

অদুবু অমম্বা লৈ হায়বসি উত্রবদি অমম্বগী ফজবদু খঙ্‌বা ঙমলোই। অদুনা অমম্বা লৈ-খঙ্‌হনবা মঙালগী শরুক থিত্তংমু দরকার লৈ। মতুমক থেঙ্‌লবা মমলবা অহিং অহ্দা থেংনখি—।

মত্তুমক কাওবা য়াদনা ফজংবা শক্তমনি।

থৌবালদগী মথং মথং লাক্লুনা য়াইথৌ উশোইপোকপী লান-খংলক্লুনা—লীলোং থোং লাল্লকপদা থাপ্পা উথি—মৈঙাল তরেং ওইরম্বা য়াই কাঞ্চিপুর মংফুরা মপাদা—। থাপ্পা উথি মৈরী তরেং অদু মথং মথং পরেং শানা হাইহুম্না চংখংলকপা— লানমৈ থানবীরা ? অমম্বা লক্লা মৈরি তরেং অদু অশুক ফজত্রে—ঐখোয় পুম্বা গাড়ী খামহুনা সরক্লা লেপ্পগা য়েংথি। করি ওইরিদগে খঙদবা পোৎশক্লা ! অঙাং ওইরিঙৈদা তাখিবা য়ারী কয়ানা শেমগৎলকপা পুক্নীংগী শকফম্না, জ্ঞান তারবা তম্ম খোংল খঙলকপা লৌশিংনা লেপ্পা শক্তম্না, য়েংগে খন্দুনা ঐখোয় থাগুক্লা য়েংলি। মশানা ফজরবা অদুদা খঙফাত্তনা, করি ওইরমগদগে খঙদবা য়াখলগা লোইননা য়েংবা মিংয়েং মাঙদা ফজবা হেনগৎনা উরবা শক্তম অদু মমাঙদগু উথিদ্রি মত্তুংদম্ভ পঙউ উদবা য়াই ফজে লেপ্পমক ফজে—অমম্বলক্লা অঙানবা মৈরি তরেং কুফেং কাফেং থাপ্পা য়েংবা অওইবমক্লি ফজবা শক্তম অমনি।

খর নকশিল্লক্লবদা উরে— মৈরি তরেং অদু মুপী তরেংখক্কী মকোক্লা পুরিবা লুবাক থক্লা থেংপা মোম্বাত্তি তরেংকী মৈরিনি। ঐখোয়না ইম্ফাললোমদা হাইগৎলকদবা পুং অনিরোমগী মমাঙদা ইম্ফাললোমদগী কুমথরকপনি। মখোয় তরেংমক মুপীনি, মৈত্তে মুপীনি, পোৎয়োনবীনি। লানমৈ থানবী নত্তে হেলোই তরেং-ককা নত্তে। মীনি থাঙ্গৈশেংবা মুপীনি। লমলৈমা শরোই ঙা-রোইকাম্ভ নত্তে।

মখোয় তরেংনি—লীলোঙ্ চজিঙ্দৈই ঙাক্তনি। ঙায়োম্বীনি। নোংমগী পুরিবা ঙা লোইনা য়োন্দবা য়াদে—মরমদি হয়েং য়োরবদি পৎকনি-পূমগনি মাঙ্গনি—পৎহন পূমহন্দনা থম্লবা মখোয়গী উপায় লৈজদে, নোংমগী চরা তান্বা মখোয়না কদাইদগী বরফ লোরুনি—কদাইদা উন্ থমগনি, লৈফম য়োনকম খঙ্দে—করম্না থমগদগেস্তু খঙ্দে। মখোয় মরী মরী ব্রারী হৌনা শাহুনা নোকুনা লাকই—ঐখোয়না গাড়ী থাহুনা মপান-ইপান থোক্ত্না লৈবহু উবদা—মখোয় মশেল হায়নরকপা তায় "সিফাইরা করিনো?"

থর নকশিল্লক্লবদা ঐখোয় মরী গাড়ী মমাঙ্ ময়াদা লেপ্লহু উরহুমা মাঙ্ থারিবী থরো, চাউবী অনিনা হায়রকই "ইবুঙোখোয় ঐখোয় কৈথেল কূম্লকপনি—কৈস্তু থোইদোকপা য়াও লাক্তে।"

মনী° থংবী চমু থম্বালনা রাপাংলকই—

"ইবুঙোখোই—পোৎচনা শিক্তবনে—মৌনহাশিংসি ঙাইরিঙৈদা থব পেঙ্দোকখ্রে।"

মবক্তা চংলিংী তোম্বী তোমু তুনানবী র্রা ঙাঙ্দে—তুমিন তুমিন লৈ—মখোয় মখোয়গী তোঙান তোঙানবা রাখলদা লুপ্তুনা লৈবগুম তৌই।

ঐখোয় অনি মখোয় মনাক নরুপ চঙ্শিল্লগা "ইমাখোয় ইতৈখোয় মুংশা খিবীহু ঐখোয়স্তু থৌবালদগী লাকলিনি" ঐখোয়না মৌনহা অনিখক্তুদা খুদোম্বী থিল্লহুনা—

"মৌনহা অনি অসি ঐখোয়দা পীথোকপীরম্মোয়বু করি হাইগে ইমা—"ইচেচাওবী কিজরেদা," "হাইমা ইনে থরো মতামনি" হায়গুনা মখোয় অনি মাঙ, থারকপী অনিত্থুই মনাক্তা শং লৈশিন-খিগুম তৌই।

থরোনা খ্বাই তুংদা চৎলিবী থম্বালদা ওনশিন্দুনা হংলকই---

"অবোক থম্বাল—তোম্বীগা তুনানবীগা অনি অসি পীরম্মা হায়রে কমদৌসিগে?

থম্বালনা মাগী মাঙদা চৎলিবী চমুদা হায় "অতো চমু তোম্বুদি হায়দে—অনি অসি পীথোক্লম্মসিরাদো?"

চমুনা ঐখোয়রোম্বদা ওনশিল্লকতুনা—

"ইবুঙোখোয়—ঐখোয়গীদি বেরা লৈতে লৌজহৌবু তোম্বীগী মতৈদো য়াম্না ফিংবনিকো—য়োংখোকপু চনম্ মরুরা য়াম্ হায়গনবনিকো।"

ঐখোয় খুমগে তৌরিঙৈদা তুনানবীনা হায়রকই—"অবোক থম্বাল—রা থোক্অম তারে চৎলসিবা"

থম্বালনা খুম্লকই—'ইবেম্মা নখোয় তাইবুঙো তুকান্দারগীদা চৎলুরিঙৈদা থেঙখিবনিদো"? থরোনা মরক থৎলকই— "ঐখোয়গী ইয়া কুম্ লাইনাত্থবু য়াম্ খম্বনবরো?"

তুনানবী—মমিং ঈরা চেম্না—"কুমলাইনা ওইরম্মু--" হায়না মরু লুকথখিবত্থু গাড়ীগী ফ্রন্ট লাইট মমাঙ, ঐখোয় পুম্বা উখি—

ওসাইমখৈ রা ওাঙলমদবী তোম্বু—"ইচে চাউবী-মখোয় পাবা হল্লক্লম্মনি—রা থোক-তারে—থম্ থুনা চৎলসিবা"। ..

চাউবীনা খুম্নকই—নখোই সুপা য়ু থকপত্থ ইনাওনি কাইনা খাকওইদবনি - মমায়ত্থদা লুকমাইসিনা বোপ হেক থার লোইরে”। তোন্থ কপ্লীং কপ্লীং—“য়ু থকপত্থ” .....হায়না মমায় লৈথোক্তুনা ফিজিনা মপি তৈথোকখি।

রা ইঙাঙ্ ঙাঙ্দবী তোম্বী—য়াম্না নহা ওইরিবী মৌ নহানি—পাখংনা লাঙ্তক্লবা শক্তমনি। চহি ২১ রোম শুরনি, লুহোংবা ইকুই কুইদ্রি। তঙাই ফদনা মনেমবোক্কী মতুং ইম্না ঙা য়োনবগী কারবার য়াওবা তাখি; খা মখাইমুক চংমিন্নরবা তুংদা খঙ্হৌদনা মনেম্বোক নারক্তুনা কৈংেল কাবা ঙম্লক্তরে—মথন্তা লৈকাই মচে মনেম মতুংইন্—কৈথেন কাহ্নুনা কারবার চখ্রবা তাখি। ঙসিদি মহাক তুমিন্না মখোয়লক্তা রা ঙাংদনা লাকখি। চংন-চংনা খল্লি—“নশাই মকোই খাকপা কোট লিংপা সুপাত্থনা হায়খিবদো—“ঙাদি লায়রি—ইবেম্মা নঙ্ ওইনা লৈজরগে?” ঙসিতা নত্তে নহানস্থ হায়খি—“ইবেম্মসে ওম্মোক্লা হুংশিজখ্রে; ঙাগা লোয়ননা পুন্না লৈয়জরগে—করি হায়গে” ?

ওম্মোক্লা ইকায়জখ্রে—লু-লুকথ মায় হুৎ হুৎ লৈরত্থনা খাঙ-লিঙৈ—ইচে তুনানবীনা খুমখিবদো—

“মমল য়াম্মে; মপু পানগ্রবনে লৈয়বা য়াররোইয়ে।”

সুপা অত্থনা মাগী ঙা পুম্বা—মানা শোনবা মমলদা—মহিক্লবা লৈতনা লোইনা লৈয়খি। ঙসিন্থ শেন্দোং হুনা তোংই। খন্দবা ঙমদে মাগী মওংত্থ করিনো? মাগীদি অঙনবদা অত্থম শীংগ্রবনি অঙ্গবু চংমিন্নবা লৈকাইগী মচে মনেমশিংত্থ ঙাইবদা

ক্কন খেঙ্‌খ্রে। য়ুমদা করম, তৌরমনি; মন্না মপূরোইবা, মনেম্মা শাউরমগদ্রা? থেংনা লাকপগী মরম করি হায়নি নংজিং মাংজিং মখল মথেল য়াখল খন্না তুমিন্না মখোয়লক্তা চ লকপনি! মন্না মপুরোইবগী খল্লূবদা মুংশা থীবনা হেক্তিল্লক্তুনা মন্দোন চাওবীদা "ইন্দোন খর থুনা চংলসিবা"।

মতম সিমক্তদনি তোম্নুস্ম থুনা চংলসি হায়রকপন্থু। তোম্নু য়াজরক্লবিনি চহি ৩০ খক্তা ডায়রী লুহোংলকপা চহি তরামাথোই নিথোই শুরে। চহি থুদিং মচা পোকই; শিথিবা থারগা মচা মাপান শুরে। চায়াম পোকপগী য়াবনে মন্না ওক্তবগী চক্রি খাঙবনে লৈত্ত লায়রগী চেনবনে নহা ওইরিবী মহাকসে চাননা হন্নারে, চায়রং তারে, ময়াঙ্ কংলে, মপাঙ্গলস্ম পঙ্‌লে লৈত্রে; লীংজেন্না অত্তুক চংলিবনি। য়াসি লৈবী ওইদুনস্ম য়ামনখিবনা অকে অমো শেমশাবা চঙ্‌দ্রবী মহাক্নী। মাস্থ খন্না খন্না লাকলি—ঙসাই কৈংেলদা মুপা মীয়াই চন্নবা চহি ৪০/৫০ শুরবদুনা হায়খিবদো—

"ইন্দোন্ নঙ্‌গী ঙা-সিবু মমল কয়ানো"? চহি য়ামদ্রিবী নহা ওইরিবী ঐঙোন্না "ইন্দোন" ককা হায়রকপদুদা খঙ্‌শাও শাউনীংদুনা হেক থুমদোকখি "কৈনে হায়বিরিবসিরো। ঐসে নহা ওইজরিবীনি—চহি ৩০ শুদ্রিবনে।"

"ইন্দোন চহি য়ামদ্রস্থ শক্ফমদি য়াদ্রে"।

শাঙনীংবোই করি ওই ঙাদু মমল খর কন্নপ শোন্নুরে—মহুদা মানা হুন্নকপা মমলদু তীক্লবা মমলগী ভংথাইকাও য়োদ্রে —

অহুদদি শাউনীংবনা রা ঙাঙ্দনা লৈরেদো। মাসু চৎখ্রে। খুৎলাম খাম কায়রবহুদা ঙাস্ন ইশিং শিংত্রে—য়ুমদা অয়াম্বা হল্লে।

য়ুমদনা করম তৌরমগবা- ইচানুপী পিশক চহি ৭/৮ তা ঙায়রিবীহুনা মনাও মঙাহুগা করম লৈরমগবা? মনেম মকু লৈজদবা মাতং পাংবিনিঙাই কনাসু লৈতবী রারবী মহাক্নী—মরা মপূরোইবা য়ঙাওবা য়ুথকপহু হল্লক্লম্নগদ্রা? নুপী কোয়বদা হা-লেঙ্দ্রবা নুপাহুময়ুম য়োরক্লম্নগদ্রা?

"মাগী য়াইমবী হায়বী অফাওবী য়ুয়োনবীদো, মানা অহুম ফহুনা থমগে থমখ্রো—য়ু পীথক পীথক্লগা থাদোরকপহুদদি অমুক্তোইন য়ুমদা কাংখোং চাই……

বিষ্ণু বিষ্ণু? খলহৈদবা অমা খল্লুইদা মানা চাননা ফাহুনা থমখ্রবদি ঐদি মাঙ্জরেদো য়ু ঙাওরবসু—নুপী ফন কোয়রবসু মাদি ঐগী নুপানি ইচাশিংগী মপানি—অসুম্না মখল মথেল খল্লুবা… থেঙ্থরক্লবহুদ নুংশা থীবা হেন্সৎলক—মচে চাওবী য়েং হায়খিবহু "খর থুনা চৎলসিবা"।

তাপ্পা অসিমক্তদনি তূনানবীসু মরা মপুরোইবা নিংশিলকপদা ময়ুম য়োনিংবনা লাঙ্তক্লনা—"চৎলসিবা" হায়রকপহু।

তুনানবী মশক মতৌ ফজে তনান্ তনান্ তক্ল—তক্লই। মশাগী চহি ৩৫ শুরে লুহোংলকপা চহি ১৬/১৭ শুরে, মচা পোক্তে অহুনা নহা ওইরি তদেক্ তদেকলী। নুপী ওইবীশিংগী থম্থেংবা অয়োবী রাগ লৈবী চহি মতাঙনি। মমিত্তা মচা অমতং উনিংবগী রাখলনা থল্লবী মহাক্নী।

মাগী মরা মপুরোইবা থাবল মশা নানবা মশক মতৌ ফজবা নোম্বা কনবদা মায়কৈ অদোমদা শীংথানরিবা মীশক্নী। পীশক পীক্নীডৈদগী হুংশিনরকপনি। মপা মমানা হায়বা ইন্দনা চেন্নকুনা থাবলদা ময়ুম পাল্লকপনি। থাবল আসাম বেপার চত্তুনা শেল তাল্লি—তুনানবীগীদমক ফজ—ফজরবা ফিরোন লেতেং লেরকই। য়ুম পানবা চহি অনি—অহুমদি—হরাও হুণ্ডাই ঈরাংদা হুংশি—চান্নবা লেনখি। লুহোংবা মতুং চহি ৪/৫ শুরকপদা অহুবাইদা আসাম বেপার চংলুবগী হল্লকপদা থাবল লাইওং, খণ্ডদনা নারকলে। মাইবা মাইবী ডাক্তর কেতুনা য়েংহল্লে—হিদাক লাংতক ঈরাং চবান্ কয়া তৌরে। নাবা ফবা কোবা লৈতরে—হোংনজমন—শিবমক্তি শিদ্রে—অহুবু কুমলায়না মীরেম ওইরে। থবক ঈনখাং অকনবা তোবা ঙমদ্রে—শেন তাবা খেংপা ঙমদ্রে। মাগী লাই-য়েংবদা থর তুংশিঞ্জরম্বা লোইনা তুমখ্রে। তুনানবা মপুরোংবগী লাইয়েংনবা হিদাক লাংথক্ লৈননবা হমুং পুনবা তঙাংফদনা শেন তানবা কেংথেন কাহুনা পোং য়োনবী ওইবা তাখি। চহি তরা হেন্না শোন্দুনা লৈরবা মাগী সেবাদা মপুম থিংলবা তুনানবী মপু রোইববু অহুম হুংশি। অহুবু মমান্নবী, মচে মমাওশিংনা মচা শমহুনা লাকপা উরগা—মপুক্লীংদা মচা অমত্তং উরবদি হুণ্ডাইখ্রনিদা তক্তনা থনদবা ঙমদে।

খ্বাইরম্বন কৈথেলদগী মখোয় ওসি কুম্লকপা মতমদা চাউবী থয়ো চমু থম্বাল রারী শানা শানা চবেং চবেং ঙাঙন ঙাঙন লাকপহু মহাক য়াওরুদে থম্বালনা হংলি ঙাঙলি—অতো চাউবী

নঙ্গীদি কয়া শিংলকই—হা অতো য়ারো নঙগীদি করি ঈসাং লৈরকই হা—তারিবরা চমু নখোয়গী নত্তেদা শাওবনা মৈ হৌরমনি।

অসুম্না মখোয় অতৈ চেংগ চবং ঙাও, য়ায়া নোক লাকপহ্ য়াওদে তুনানবী। মগাক নীংশিংলি ঙসি ফুমিদাংবাইরমগী খোংজেল্লু হুকান্দারহুগী ইমুংদা থোকখিনম্লো।

হুকান্দারহু চহি নিপুম্বরী মঙা শুরম্লগনি, চাউ শাংই—মফজে। খ্বাইনা তাইবুঙো কৈই হায়হুনা মাম্ তাইঙো মকৌজে। ফুপীদি লৈত্রে পাখ্রানি? মচা ৩, ৪ লৈ পীক্রিবা ঙাক্তনি। মানা তুনানবীবু মিতয়রকপা থর মকুইরে। তুমানবীনা য়োল্লিবা ঙা চাক্ নেংমগী লৈয়দনা তোক্তে। করিগুম্বা কান্দস্ তুনানবী মাগী হুকানদগী থাও-থুম সাবম্নচিংবা হেক্ হেক লৈ। অম্বুম্না নক্করকপদগী থঙনবা কোইনদবা হেনগৎলকই—চহি অনি অহুম শুরকলে হুকানদারগী মিংয়েং নায়েং ইঙ্গিত ঈরাং মঙং হোংলকপা। নোং-কাদোকস্ মঙোনদগী লেবা, ঙাহু হুকান তান্না খিনবিরকউ, হায়হুনা খিল্লুই। ইমুংদ—কাস্ চঙহুনা থম্লুই। মহোশনা মীহুংশি থঙবী ওইবনা তুনানবী মুপী য়াওদনা পাল্লবা পাখ্রা হুকানদারহুগী কংখোং চাইবা ইমুংহু করিগুম্বা কানদস্ হেক হেক লোইশিনবীরম্মী।

হুমিং অহু মহৌশাগুম ঙসাই লৈরম্বা পেঙবা অনিহু সন্ধ্যা মতুং পু° ৭।। রোম তারকপা মতমদা পোংচৈ লোইশিল্লমগা তাইবুঙো হুকানদরগীদা থিন্বা লাকই। কৈনু কোইদনা চাকশং ফাওবা ঙো শিল্লকই ঙসিদি য়ুমহুদা অঙাংনুবী কনাম্ব লৈরমদে চেক মোক লাউদে; ইমুংদা তাইবুঙো হুকানদার তুমিন্না হিপ্পুনা লৈরমই।

চঙ্‌শিল্লুরবনা হন্দোকপস্থ য়াদ—ছুকানদারস্থ হিত্থুনা লৈরম্বস্থ উক্ত্বদা মীম্নুংশি .চাওবী ওইবনা হংল্লকই—"তাইবুঙো হকচাং ওমজ্রবরা ?"

ছুকানদার য়াম্না-ওমদনা তপ্না হায়রকই—"ইবেম্মা তুনানবী অঙাংশিং অমত্তা লৈত্রমালে। ওাদু চাকশংদা খর থব্বীরম্মু: অদুগা ঈশিং গ্লাস অমত্তগা লানবীরম্মু।"

তুনানবী ঈশিং গ্লাস অমা পুরক্লপা ফমুংগী নাকনদা থারিবা টেবল মচাদুগী মথক্তা থম্মী। চুংশা থীনা হংই—"তাইবুঙো করি ওইনা ওমজ্রিবনো ?"

দুকান্দার তপ্না হায়রকই—"ইবেম্মা করিমত্তা হঙ্গোইম্নু—নবুংগী কোকসি অমুক্তদি পায়বীয়ু।" তুনানবী চঙ্‌শিল্লত্তুনা ছুকান্দারদুগী মকোক নম্মী নাল্লি—থোইনা শাদে। তওাই ফদনা ফমুংগী মচিদা ফম্লম্মী তুনানবী। মিনিট মরি মঙারোম ওইগত্রা মফম মরাং খঙ্‌হৌদনা মহাক্ তাইবুঙো দুকান্দারগী ফমুংথক্তা লৈরমলে। ইক-আক ল্যাউবা থোংপা নাহৌদে।

দুকান্দার হৌগত্তুনা তুনানবীনা পুরকপা ঈশিং গ্লাসত্তুমা গুরু গুরু থকই। তুনানবীনা শোকপদা অনাবা পুমফ ফরে, হৱাওরবা দুকান্দার মাগী উপু অয়ুংবা হাংদোক্তুনা মদুদা য়াওরিবা ফি—পৈশা মপুল—অপাম্বতা মাইবগী দক্ষিনা লোয়ো হায়না তুনানবীদা হায়রম্মী।

তুনানবীস্থ মতম কুইনা উংথংলুরবা অমা থাদোকপা মশাগী মতম কুইনা পায়ক্লবা অদু ফংবগী মুঙাইবা অপেনবা অমা পোকখি মশাদু ওয়াং ওয়াংই। অদুবু মৎংগী মিকুপ্তা থাবলগী মফমদা

মরাল অমদি লঙ্‌জায়ে থল্লুবদা সুংশুক মুংজানবা রা মচেং অমত্তা ঙাঙ্‌লমমদনা মপান্‌ থোল্লকখি।

কৈথেল্দা মথোয়ময়াম ঙাইহুনা লৈরমই। শুন্নমক হংলকই—"করিগীনো অশুক্‌ কুইহরিবা!" তুনানবীনা থুমখি "তাইবুঙোগী নাহুনা লৈরম্মী।" "রা মথা তাদে—মগী লুবাক কোকথোং নাহুনা মখোয় মরী মরী ময়ুমলোমদা হল্লকখি। অহুবু ঙসিগী মঙ্‌গুম্বা থৌদাক্‌ কাউবা য়াদে। থাবলদা মরাল অমা লঙ্‌জায়ে থল্লুবদা মুংশুক্‌ ংজানৈ। থাবলবু কুমলাইনা হায়রকপদা মথল্লায় শোকখি।

থরোম্বু ময়ুম থুনা য়োনাংলকলে—চাওবীসু অহু মঙাই। থরো চহি য়াংখৈ হেল্লে অংল ওইরকলে অহুবু রাগদি লৈরি। মচা মুপা মুপী ময়ুম পানখ্রে—তোঙান চাখ্রে—হৌজিক মতৌ মনাওতনি চারিবা। মগী মুপানা লৌরাং শুই—মানা কৈথেল ফমই—চাবা লেমপানা ওক্লবা শেল থোকই। অহুবু ফিভম থর ফত্তবা মচানুপা অহনগী মেনথংপদা মখুত্তা শেল পায়দে। থরোগী মুপাসি মুপাদা মুপানি। মুমগী থবক কয়া থোয়জংদে। লৌরাং শুবা ইংখোল শুবা লোইরগা অরেম্বা মতম লৈপুং ফমহুনা লেপ্লি—করিগুম্বা কান্দসু নেং ফাদোক য়ু ঙাওহুনা হল্লকই—মোংমতা ইমুংগী থবক্তা মাত্তং পাংবিদে।

থরোনা চাওবীদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—ইনাও চাউবী নথোয়গী ইনাও মুপাদি কমদৌরি। নতৈদি ফরিবু নোংমা কাংদে। তম্না তল্লিদি অশুক্‌ রানা নোংজু মুংশালক্তা পোংচৈ তীকনুরগা শেন্দোং খিত্তং ফংনবা চেল্লিবা ঐগী ইত্তং শীংহুম্‌ অমাফাও পাংবীপোং নত্তে।

অশুক ঙেংনা হল্লসিকাও ইমুংগী থবক ইহিং হিংলমনিদো। চাক ঈশিং অমুক থোং-থাকউখিদোরিনিদো।"

"ইচে থরো অহুগী হায়রদি নখোয়গী ননাওনিপাসিদি কঙ্গেরবো। মুংদাগী চাক ঈশিং ভসাইনা লোইরমনি। ঐগী খোঙ্‌ হান্নবা ঈশিংঙ্কাও লুপ্সীরম্মনি।"

চাওবী চহি ৪২ শুরে। মতম ফন মপাঙ্গল ফরি। মুপীগী মরুওইবা চহি মতাঙ্‌নি। থবক নোম্বা—মুপাগী সেবাদা মপা লৈতনা হৈরবা মপুং ফারক্লবা মতাঙনি। মচা ৫ শুরে। অকোনবগী অনিহুদি পীক্লী ভমনা চহি ৫ অমনা চহি ৩ শুরে। অহুম অমদি চাওরে। মচানুপী অহল অনিহুদি-মঃম পানখ্রে—মশুমুপা অমমমস্থ পোকলে। মুপা মপা মচা লৌরাং শুই। মানা কৈংেন কাই—অহুবা চাবমক্তি ৱাক্তে। মচা অপীকপা অনিহু মাগী মুপানা য়েংবাহৌই। ময়ুমদগী হেন্দোক্তে—মাগী মুপা। চাক ঈশিং থোংবা য়ুমগী থবক কুপানাম ফাওবা মাগী মতেং য়াম্না পাংবী। মহু পূম্বা খল্লুরগা চাওবী মাগী মুপাবু য়াম্না হেন্না হেন্না মুংশিরকই। থরোম্দা ওনশিন্দুনা তম্লকই—

"ইচে মুংশিবো ননাওসে ঐদি, মরম্না ওক্লিবা। য়েংঙোই মানা য়াম্না পাম্বা লৈবাক হরাই হৈঙান লৈহুনা পুরকলিবনি। হৈঙান্ য়াওরকই হায়রবদি ভুম্লমদৈকাও হোগহুনা চারিবনি। মুংথিল চুপ্পা লৌরাং শুরবা ইংখোল কোইরুবনা মশাহু তপ তারহুনা কমুংদা হেক তাবগা খো খো নাখোতুনা ভুমই। ঐনকা হৌরুদ্রবদি ইনাক্তা লাকপীদ্রবনে।

থরোনা হায়রকই—ঐখোয় নতৈদি কোয়খৈ কোয়রুরগা হল্লরমদা ঙায়রমগনি। করিগুম্বা অহিংদনা মানা হান্না হল্লরুমই—চপ মান্নবা থোঙ্গান্দা থুংমিন্নবসু য়াওই। মুত্তিগী তোক য়াপোং নত্তে। ঐনদি রানা শাংনা হুংশালক্লা খোঙ্.না চংলেদো পোং ক্লোকথোংসিগা—অত্তুদদি রাহনা তপ তারে। অত্তুদৈ—য়ুম য়োর পোত্থা ফংপোং নওে, চাক ঈশিং অংুক থোং থাক্ অত্তুদদি চাক থোংন থোংনা চাংুমদা অত্তুম উইরে।

ঙরাংদি ইনাও রাবনা হকচাংসি তপ তারেদো, কৈথেলদা শামুরোদগী লাকপী ঙারোই য়োনবীত্তুগসু খর কেনা তৈনবগী শাওনীং শাওনীং য়ুমদা হনবনিদো। শাওনীং শাউনীং, উংনা উইনা চাক থোংবা লোইরফাও নাতত্তু হল্লক্তে। ঐদি ভূমীংবনা খাঙমদ্রত্তুনা ভূমথবতা ঙাইরি নাতত্তু হলগ্রগা ইনাক্লা লাক্লেদো য়ুনম্সু হাইফেৎ নমই। অত্তুদদি শাউনীংমনগ্রত্তুনা খোংপাক্লা হেক কাউরুরে। মাসু ফিবম চাহৌদ্রমালে ফমাংদা লোংনা পোপ হেক তারে। অত্তুদৈই মাসু শাওমনগ্রত্তুনা "ফৈ ফৈ" হায়রম্ম চংখ্রে মথন্তা ভূমখ্রে। ঙসিফাও কৌনদ্রি, য়াম্না শাউহৌবনি। ঙসিদি মানা য়াম্না পাম্বা চমু কবোকা লৈররুবনি। থেম্মুদবা য়াদ্রি। সেবা লাংবা লুনা তৌদৌরিনি। য়ুম য়োনিংবনা খ্রো খ্রো খোংলে—চংসি চংসি।"

মখোয় মশেল চংসি চংসি হায়নরকপা মতমসিদা—চমুনা ঐখোয় অনিদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—ইবুঙো নখোয় খুরাদো য়াম খম্বন চাওয়েবা—কাঙ্হু কা পায়ত্তুনা থিররুদি রা থোক্ল তারে চংলো চংলো থেঙ্.লে।

"অদু মৌনহা অনিসি পীরম্বা ইয়া য়াররোইভ্রা ?"

ইংগ্তো ওনিদি য়াররোয়—মথোয় মথোয় মরাদো মমৈ ফিরান শাদুনা ফি ফি কামদুনা তৈরম্মনি—মতুং নোংমা তাঙ্গা চাবদা—হা করি হায়গে ?

চমু চহি হুম্ফু শুরে—মচা মশুনা ইকোই কোই কৈথেল কাদ্রবস্থু য়াররনি।—অদুবু মতম কুইনা লোকমাইপানবী ওই-রক্লবনিনা ময়ুমদা লৈবা হৈনদে। মুত্তিগী মতমদু য়োরকপদা কৈথেল চংনীংবনা খ্রো খ্রো লাউই। চহি কয়া কৈথেল কাবদা মখল কয়াগী মী থেংনবকলবী—অহল ওইরক্লবী হমুবী নহা চমু ঙাঙনীংদতা ঙাঙলবা বগু লৈত্রবী মুপীনি। মশা শেংনা কৈ চেংবী উতি লুজে তত্তনা—হৈবী হৈবুং তে মশাদা। পোংশিং চৈশিংস্থু ফে—রা ঙাংবদা তানিংবা পোকপী মুপীনি। লৈকাই চাকচানবা থাবল চোংবা আবের তৈনবা কয়াদা লুচিংবী ওইরিবনি—হরাও তয়াম পাম্বী মহাক্নী। নহা ওইরিঙেদা লম হেল্লপ হোরকপী মহাক্নী। মপা মমানা থাজবা হুপাদা ময়ুম পাল্লকই। অদুবু লুহোংলবা মতুংদা নক্লবদগী মরা মপুরোইববু মুংশিবা অস্থুম অস্থুম হেল্লকই—হান্নগী মুংশিনরগা মুপা অদু অস্থুম অস্থুম থাপ্তোখি কাউবা ফাওবা ঙমখি। মাগী মরা মপূরোইবদু চহি হুম্ফুতরা শুজিল্লক্রে অদুবু মাস্থু ঙাওবদি হন্ত্রি।

ঙসাই লম্বীদা অস্থুম লাকপদা থরো, চাওবী তোম্বী হুনানবীদা ওনশিন্দুনা মখল মখা রারী শারকই হংই মথোয়গী মরা মপাও।

"অভো তোপ্পী নখোয়গী ইগুহুদি মরম ওকপ্রা? মপোৎ মচৈদি কমদৌই হৈশিংবরা? তোপ্পী খুমফম খঙ,দে তুমিন লৈ।" ভুন্নবীদা অমুক ওনশিন্দূনা হায়—

"তুনানবী—নহা ওংমিন্ডৈদা নমিত্তা নচা অমা উনবা হোৎনজহো ইপাই ইপুই রা, খুদৈ তরেৎ লংবা ফাও য়াবনিংহে অভাং ফংনবা। তাহল লমন খল্লুনে—"

তুনানবী নোকফেং নোকফেৎ তৌই।

অমুক চাওবীদা ওনশিন্দুনা হংই—

"চাওবী নখোয় ইচানুপাহুবু অমুক্তস্নু উদ্রি—অনিরক অহুন্নক লাক্লমলে—উবা ফংদে—কৈদা লোত্তুনা থম্মী হা নুপী অতৈকাদি কোয়দ্রা? চাওবরা শাংবরা কমদৌই—ধবক ইনথাংদি হৈশিংবরা?

চাওবীনা ওক্তুনা খুন্নকই -"ইন্দোন ঐখোয়গী নচানুপাহুদি চাও শাংলহুনা কনগ্রপোৎনি। তন্দে মান্দে খরদি তৌগল্লি। অহুবু মঙোন্দা হৌরুরবদি শিগেদনি।

"ফৈ হে চেকশিন্না থমজো নগুত্তগী নাম্বোকচখিনি।" মখোয় ময়াম য়ায়া নোকই—

অমুক থবোদা ওনশিল্লকই—

"অভো নখোয় ইয়া নুপাহুবু য়াম খম্বন চাওয়েনে চুম্বরা—থবক ইনথাংদি ফরিব্রা?"

"খঙ,দেনে ইনে—নম্না নুপাসে—৭বক্তি কল্লিয়ে। মাই মতুং ইনবসি ঐদি শিদৌরবনে ল্লাবনা।"

` "অতো নাম্ভোকচখিনি - মথা লৈকাইদা য়াম তোয়রে হায়বনিহে।"

থরোনা অমুক হংলকই—

"অদো, ইনে—ঐখোইদি ঐখোই ওইরে ইনেখোয় মামত্থবু য়াম্না কন্না উরিদা।

চমুনা খুম্নকই—অতো নহোই মামদি মরিলদি খা-খ্রপোংনে। হনবা নাইদে য়াবরা য়েংসি য়াবরা য়েংশি হায়বসি তোয়থ্রপোংনি। চহি হুম্ফ্তরা শুরমদাই য়োরসিফাও হনপোং নভ্রি।"

ময়াম নোকই—চমুসু নোকই। অত্থবু থল্লু থল্লুরগা চফু মচেং ইন্নান মচেন্তে হৌমিন্নরব্রবা ন্নামিম্নরক্লবা মপুরোইবা তোম্বা খংনুং নুংশিরকই—য়ুম য়োনিংবনা খ্রো খ্রো খোংলকই—"ইচাশা ইনাওশা চংসি চংসি। নুংশা থিনরম্মনি। অহিংগী মতাং সিন্নাই য়োরকপদা ইম্মোশা নখোয়বু ইয়া নুপাশিংত্থবু নাংশাংদ্রনে"?

মতাং আসদা থম্বালসু মপুরোইবা মাধব উনিংবনা খ্রো খ্রো। "ইশুশা ইচাশা চংসি চংসি থেঙমল্লে" হায়রকই। থম্বাল চহি হুম্ফ্ মঙা শুরে মশু মচা লৈরাক লৈরাক চোল্লবনি লৈরক কোনশাং থল্লবনি। চমুশুম মাসু নোংমগী কৈথেল কাহৌদ্রবদি চাক চঙদে।

য়াম্না পীক্লা ময়ুম পাল্লকপনি চহি য়াংথৈ হেন্না লৈমিন্নরক্লবা মচা মশুগী কয়া ন্নারক্লবা পুনসিগী থৌদোক কয়া অন্না অনা কয়া কয়া খাঙলকলবী মহাক্নী শ্রীধাম বৃন্দাবন, নবদ্বিপ, গয়া শ্রীক্ষেত্রদা চহি শুদীং চংলি—মপুরোইবা মাধবকা লোয়ননা। মাধব খাইনা

পস্কোট হায়না খঙ.নবা লাই য়াম্না নীংবা নিপানি। বৃন্দাবন চৎপসি চহি ৩০ হেন্না চৎলকলবনি। কনাগুম্বনা মাবু বৃন্দাবন ললোনবা ফাও হায়নরবনি। মপূরোইবা মাধবনা পুৰিদুনা তীর্থ কয়া শুরুরে— মদুগী ৱারী শাবনা মথো ওইরবী থম্বাল নহা ওইরিঙৈদা বৃন্দাবন চৎপী মেনহা থরগা, মাধবনা হেনে-ত্তেনে তৌনৈ হায়দুনা খ্বাংজেৎ লাতুনা মশম মশম ফোয়নখিবা কয়ানি। অদুম অদুম ওইনমক মতম কুইনা লৈমিন্নরব্রবা মপুরোইবগী মতেংনা শ্রীধাম য়োৱনি খল্লুবদা ত্তৌবিমল খঙ্না মুংশিবব মহাক্কী মপূরোইবনি। লাইগী ৱারী কয়া মাধবনা মঙোন্দা লিবী। ৱাবী শানা শানা অহিং লেনমিন্নে। শাক্ষি গোপালগী ৱারী ওসি তাগদবনি খল্লুবদা মহুম য়োনিংবনা পাইনিঙ্লক্রে। মচীন্ন থোক্না হায়রকই।

"ইচাশা ইস্তুশা হেঙ্মল্লে চৎসি চৎসি নপূৰোক্না ৱাথোক-তারে, থিৰা লাক্লমাল্লে। ইবুঙোখোয় নখোয়স্থু হল্লো।"

মতম অসিমক্তা শরত্তনা হোরন ত্তোয়না খোংলকই। থাপ্না লিলোং থোং নাক্তা লালটেন পায়বা থরগু অৱাংলোমদা চৎথৎলকপা উই; মখুত্তস্থু চৈত্তুপ পায়মাল্লে। মখোয় মুপীশিংদুনা মাগী মাগী থম্মোইনুংদা মীনা উঙমদ্ৰবা ফজবা শক্তম অমমম লোত্তুনা মৰী মরী চৎখ্রে। বেং বেং ঙাওদুনা, ঐখোয়স্থু গাড়ী কাখৎলে।

মার্চ্চ ১৯৮৬ ইং

# ইকোপ পাৎকী হোংলবা শক্তম্

"ইম্ফালদগী শুগ্নু তাবা ময়ায় লম্বী.দা. ময়াং ইম্ফালদগী খব চংলগা উচিরা খুল মতাইদা ইম্ফাল ভূরেল মপান্দা ইকোপ নিংথৌগী লাই উমং লৈ। উ-রানা শুক্ল হোবা, হেক উবদা কিনা চীং-লেম্ন ফজবা, লাই উমংনি। হায়নবা লৈ ইকোপ নিংথৌ মতীক্ লৈবা লাইনী। মানা শাওরবদি-মাগী লাই-উমং অসিদা উনা হানা ওত্তুনা চারুবা ষণ ফাওবা ফাহুনা উথক্তা পুখত্তুনা থম্মী। ইকোপ নিংথৌ ইকোপ পাৎকী মবুঙোনি। ইকোপ পাং মাগী শান্নফমনি য়াকাফমনি ইফু-নাফমনি।

ইকোপ্ পাৎ মনিপুরগী অচৌবা পাৎশিংগী মনুংদা অমনি। খাদা খরুংপাৎ নোংপোক্তা তেন্থা চেরাপুর খাঙবোক থৌবাল অচৌবা, অরাংদা থৌবাল লৈশাংথেম ইরেং চেহবা নোংচুপ্তা ইম্ফাল ভূরেলনা কোনবা পাক-চাওরবা ঈশিং ঈপাকনি। অকোয়বদা তারিবা খুল কয়াগী হিংননবগী উপাইনি। পাৎ অসিনা লমদম অসিবু য়োকলিবনি।

ঈকোপ পাৎকী মমিং ইহান্ হান্না অঙাং ওইরিঙৈ—মণিপুরদা জাপান্ লান হায়না খঙনবা পৃথিবীগী অনিশুবা লাল্লাওগী হেক্ মমাঙদা মোইরাং পর্ব্ব লিলা কাও ফাবা য়েংবা মতমদা তাখি। কাও অতু ঙাঙবা নিংথি কৌবনি—ইকোপ পাত্তা চাক্তাবনি। মোইরাং থাংজিং লাইদা শরেন চন্নবা থম্বনা ফা বনি। ইকোপ

পাৎ ৼূমন নিংথৌগী লমদনি। মোইরাংদগীদি হিনা চৎকদবনি। লিলা অদুগী থোংলেন শাবদু, নিলকৃষ্ণ কৌই হায় অদুনা মহুগা লিলা পার্টি অদু নিলকৃষ্ণগী মোইরাং পর্ব্ব পার্টি হায়রনা খণ্ডনে। লিলা অদু য়াম্না নুঙাইখি—থোংলেন খম্বা থোইবী চাওবা মোংথোন, নোংবান শৈরা খম্নু তোরো—পূন্নমক ওইরবোই নীংখি।

মখংদা মোইরাংশাই ইশৈ তারুবা অমদি খোংজোম পর্ব্ব, শৈশক্তা মোইরাং কংলৈরেনগী ইশৈ থোইদোক্লা ওঝা কূলি-জাওবগী শৈশক্ তারুবা অমদি ওঝা উয়াল ইবোমচাগী পেনা তারুবদগী ইকোপ পাৎকী মপূং ফারবা ব্রাখলগী মরম্নাই শক্তম অমা পূর্কিংদা য়েকচখি। ইকোপ পাৎ উনিংবগী ঈখৌ-লাংবা হৌখি। জাপান লানগী মতমদা ইহান্ হান্না মিংমক্লা ইকোপ পাৎ উবগী খুদোংচাবদু ফংখি।

ইং শোক্ ১৯৪২ মে থাগী তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিত্তা ইম্ফালদা, ইহান্ হান্না বোম হেক থাদবদা—লৈবাক্ কাংখোং চাইরে। ইম্ফালগী মী পুম্বা ময়ুম মকৈ থাদোক্লদুনা অথাপ অথাপ্পা লরায়-থরায় চীংয়া অয়াদা খোইরেন মশা পাইবগুম লান চেন্নখি ঐখোয়সু য়ুম থাদোক্তুনা লাঙেল্লে। অহানবদা নিংঙোম্বম লরাইদা—মথংদা রাঙ্গোইদা—অদুগী মথংদা য়াইরিপোক্তা লান্ চেল্লি। রাঙ্গোইদগী য়াইরিপোক চৎপদা লাইফ্রাকপম ইরম সিফাই চোংথাম কোনা লাল্লগা নিংথিখোং শমছুনা থৌবাল লৈশাংথেম হেক য়ৌরকপদা ইহান্ হান্না মিংমক্লা পাক চাউরবা ইকোপ পাৎকী ঈশিং মপৈ উবা ফংখি। পাকই চাওই ঈশিং ঈপাক্—

ঈথক ঈপোম্ কারবা ইকোপকী ঈশিং মপৈ—লম্বীদা অতুম উরে। মরমদি মতম অদুদা ইকোপ পাৎকী অরাংথংবা মপানসি হৌজিক্কী থৌবাল ময়াংইম্ফাল লম্বী অসিনি। লম্বী অসিগী খা-থংবা নাকন্দা লৈশাংথেম ঈরোং চেহ্‌বা মপাদা হুমলোন অমা অনি তাবা নত্তনা মী তাবা খুন থৌবাল অচৌবা য়ৌদ্রিফাও লৈরমদে—থেংনখিদে। লৈশাংথেমদগী থৌবাল বাজার য়ৌবত্থু হুংথিল চূপ্পা অমা ইকোপ পাৎকী পাক্লবা ঈশিং ঈপাক্ য়েংনা য়েংনা চৎপত্থু য়ৌদা নাইদবা শাংখ্রবা লম অমনি। ইকোপ পাৎ ফজে মিং থল্লি।

মথংদা ইকোপ নিংথৌগী হুরী মাগী মতম পাঙ্গল থৌনা—মহাক্কা অবোং নিংথৌগা মখোয় অনি চংনীংখোম্বীগী হাক্তকীদমক খৎনবা য়ৈনবা—অথোকপম অমুবীনা ঈন চীংনবা, হঙ্গেন পৌরানা ফুথত্থুনা খাম্বগী রারীনচিংবা ইকোপ নিংথৌগী মতিক মগুণ অহল লমন অখণ্ড, অহৈনা লীবা তাবগী অমদি মোইরাং কংলৈবোন ঈশৈ অমদি পেনা শকপা ওঝাশিংনা থাবা তাবদগী শৈরেং অমা ইবা হৌখি—মহুগী মতেক্ খরদং পাজগে তাবীগু—

ইকোপ পাৎকী পাৎয়ায়নি
হি অমা তাউরি, হোল্লি মখোয় অনিনা
তোম্বনা হুল্লি, ঈল থাকলি লাং ফারি ঙা।
পাক্ল' লংল' ঈপাকনি
অয়ুক্কী তাউদনবা মেঙল মভাল শন্দোক্লা
পাংকী লাইজ থক্তা য়েংলি চোংলিবা ঙা।

মিংয়েংগী ঙমখৈদনি
পাংকী চিদাই অমদা তাউরি, হিতোপ'মা
নিল্লবা খোয়থুম্লবা খুলঙ্গী শৈহেক'মা
মালঙ্না থাপ্লা পুরক্লি
খোয়নৌবা খোম্থাং—পাখঙ্ পূক্নীং তথকপা
শৈহেক্নী খোয়রাঙ্বা লাবা খূমু কাউহনবা

অয়ুক, তাউদন্ মঙালনি,
লংল লাইজ ঈথক্লা তগুপ তরেং তাউরিবা
চীরোঙ্ নাইবা হিরেন্দো মুরা পাখঙ্ তোংলিবা
মিংফম্ হোংবা য়াদরি;
চাউবা খূমু নোমখিদ্রে মুংবং-লাই চুখরে
মমিং অনি কূপখিদ্রে শংত্রিক য়েংনা লৈখরে।

মখুৎ লেপতে তোম্বদি
হুনবগা—ছোন্ লেপ্পা লৈতনা ফা-রি ঙা
খাঙ্তপ য়োরে, হিদো ঙা-তনা, চারিবা ঙা;
লাইজ মশক উদরি—
ঙা না ঙা-তনা থল্লি চেল্লি চোংলি চারি
লাইরেন্ মতুং ঙা ইনব্রা, খল্লি তোম্বা মতা'মনি।

খঙ্হৌদনা মংলকুলি
লেম্ফ্ থক্নী অতিয়া—নোংগী মকোয় য়াংকোক্নী

তাউদন্ মঙাল ফেন্ন লাক্ লাইজম্নুংদা চঙ্লরা
ঈন্নুং—লম্বী তাক্লরী;
নোংলক্ খায়না থোর'ক্লি নোংখাং লৈমা মিংথকপী
নোংলিক্ থৌরী পায়ত্থুনা নোক্ন নোক্লা কুম্নক্লী।

তৌদ্রি খুৎখৎ তোয়রক্লী
নীংথিরবা শুরনা খুৎলাম্ তেৎয়না কৌবরা?
মোমোন্ নোকপী নোংথা'না চাউবা খুজং পায়বরা?
নোংলক্লা নোংথাং কূপ্লক্লী;—
হিথক্লগী চোংথখ্রে, ঈন্নুংবূদা চঙ্খ্রে
তৌদ্রি খোঙেল তানা তানা ঈরোন্ন'দা চঙ্লক্লে।

হিনাক্লনি ঝম্ লাওখি,
তোম্বা খংপ্রেক্ খংবরা, অথাক অরাও ওইবরা?
পাংকী লাইজ মায়দ-চোং লেম্লৈ ঙাজাও চেংবর?
খীন্দে হেক্ক মহুন্খি
রাখল অমুক তোক্লদে হুল্লি ঈন্দো মথক্লা;
ঈলদা লক্ল-চাউবনি, চিংখৎলি হিথক্লা তপ্পা।

হুমাং অনপ্পা কাংবমি
হায়ফম খঙ্দে তোম্বা;—জ্ঞান্-মাঙল চাউবা
তারি লোংনা হিনূংদা লফু মতূপ লেঙদ্রবা।
নোংলৈনি—লৈয়না লাক্লী

লোয়নরি হৈথরকলি নোংস্থ মরী মরী।
মুক্রম মুরম শোল্লি তোম্বা য়েংই মায়কৈ মরি।

খঙ্‌লে লৈরমলে মাগী হি
ইরেন্দা ঈফুনাফম্ – ইকোপ নিংথৌ ইরেন্দা
মকোক্ নোম্ন খুক্রমজে ইনিংথৌ খুয়া খাদা;
পঙ্‌ল খঙ্‌দ ননাইনি
থৌজানবীয়ু কুবিয়ু অয়োন অরান ঙাকপীয়ু
খঙ্‌দবা ননাইনি লাইরেন্ নঙ্‌না কুবিয়ু।

অফাবা ঙা হৈথরি
হাঙ্‌লে হি হাঙ্‌লে শিরঙানা চেনখিবা
হাওনম্না ব্রা ব্রা, মুংশিং অশাবা ফোঙ্‌ফোঙ্।
স্বর ফুল্লি তোম্বদি
ব্রাঙাং থোক্তে করিনো ইনিংথৌনা কুবিবরা?
লফু মহুপ চাউবাপ্ হিবু হোন্বা হৌবরা?

... ........

চহি তরা তরা থীবা মরিগী তুংদা খৃঃ ১৯৮৪ ইংদা থবক্কা মরী লৈননা ইকোপ পাং অসি অমুক উবা ফংখি। ইকোপ পাং অসিনি হায়ফম খঙ্‌দনা মশক্, ওল্লমলে। পাক্লবা ঈশিং ঈপাক লৈরমদরে – মাঙথ্রে, মহুত্তা লোবুক মী তারবা খুঙ্গং চেক্কী

য়ুম ইগী য়ুম তিনগী য়ুম উ ব্রাপলনা থন্না লৈরমলে। হৌজিক ইকোপ পাৎ কদাইদা লৈব্বগে য়েংগে হায়রবদি হান্না ইকোপ পাৎকী অব্রাংথংবা পাৎপান ওইরম্বা থৌবাল ময়াংইম্ফাল লম্বীদগী গাড়ীনা য়াম্না থাপ্না হান্না মহৌশা ঈশিংনা থল্লম্বা মফম কয়া লান্দুনা পুং কয়া চঙনা গাড়ী থৌরবা তুংদা ইকোপ পাৎকী চাওদ্রবা পাক্ত্রবা, ঈশিংগী ঈপাক উগনি। অম্বুম্না পাৎকী ময়ায় য়োৌরমদাই ফাওবা মীনা থল্লবা খুঙ্গং ওল্লমলে। খরনা লৌফম্নি— চহি খুদীংগী তত্তনা পাৎকী মঙ্গুংলেমদা লৌবুক শন্দোরক্লী। শন্না হায়রবদা মণীং হেনগৎলক্লীবা মী ময়াম্না চপশি-ক্তুনা ইকোপ নিংথৌ পিশক পীক্লা মাগী লৈফমদমক উত্তুনা মতীক মঙান মমী-শান্না লৈরম্বা থেংনরুই। অঙহবমক্লী ইকোপ পাৎ য়াম্না হোংলে— মশক পুমঙন ঙনবংমলে।

পৃথ্বি মালেমদা হোংদব্বু লৈব্বরা? মরম দি অওনবা অহোংবনা হিংলিব্বশিংগী পুন্সিনি। মনিপুরস্থু ওল্লে য়াম্না হোংলে—নিংথৌ পাল্লম্বা মনিপুব পানখিদ্রে মহারাজ চুরাচান্দ মহারাজ বোধচন্দ্র থায়নগী ব্রারী ওইথ্রে। তহশিল ওইরম্বা থৌবাল হৌজিক জিলা ওইরে। সাহেবনা পাল্লম্বা পানখিদ্রে। ভারতবব মনীং মথা তম্লে মনিপুরস্থু ভারত ওল্লে মনীং তমলে।

জাপান লান মমাঙগী মনিপুরগী চৎনবী ব্যবহার থকসি খাসি—মনিপুরনা ভারত ওইদ্রিঙৈ ফাওবা মতম ফনা চৎনরম্বা ঙাক্লম্বা লোইনা মাঙখ্রে—নিংথৌ লাকনি হায়না মানা চৎকদবা লম্বীগী থোঙ্গাল খুদিং লফু চু য়ুং ঘট চফু খিল্লম্বা—উবা অমুক

ফংলয়োই থাইনগী য়ারী ইতিহাস ওইগ্রে। শুমাংগী তুলশী পূং কজনা য়াই তৈত্তুনা ধম্বা—কনাগুম্বা অমগী ইমুং চঙ্লমদাই—মাঙ্গোল কাখংত্রিদৈদা খোঙউপ লৌথোক্তুনা চঙনয়নচিংবা চংনবী ব্যবহার ফনা য়াম্না তোকশিল্লকলে—হৌজিক্তি খোংউপ খুরুম তোংদুনা—আ ইমুং চাকশং ফাওবা থঙনদবা লমলানবা মী ফাওবা চঙশিন্নরে! মনিপুরগী মী মৈতৈ, মশা নানবদা হায়নরগম্ভু হৌজিক ইৱাদবা কাঙবু মশম শাংবা মকোঙ্গ কত্তবা খুজিন শাংবা নুরা থাংবা লেক কারবা হাউনম নম্বা কাঙবু কয়ানা থল্লকলে। নোম্বা কনবা তন্দবা জাৎ ওইরম্ভু অতনবা নোমনিংদবা কাঙবু ওইরক্লে। ভারত ও রবা মনিপুর চাওখং খোংথাং চঙননবা ভারত সরকারনা কাইরকপা পিথরকপ। শেন্থং পুম্বা লেম্না লৌনিংবা কাঙবু কয়া থোরক্তুনা তৌফম থেকপা মকমদা শিঙ্গিরদত্নুা লাম্না ফুরিংখাওদা হাপচিন্নবী লেম্না থবক তৌদনা লৌবী হৈনরকলে। অম্রম্না চাও-খংলমদা চঙশিনবগী মহুত্তা নোম্নীংদবা অতনবা অরেম্বা পাম্বা কাঙবু ওইরক্তুনা মনিপুরগী মী অয়াম্বা মীপাল তাংবা অতনবা জাতি ওনহল্লে। অওইবনি মনিপুরগী মহৌশা ফিভম হোংলকপগা লোয়ননা মশক ফন য়ম্না হোংলে—চাংদা উ হৌরক্লে, চাং নাইনা মতম চানা নেং তাদ্রে—ঈশিংনা থল্লম্বা মফম ইকং থোক্তুনা থরুবা ঈশিং ফাও লৈরক্লে। নেং খিভং তাবদা ঈচাও—অওইবনি হোংলে হোংলে য়াম্না হোংলে, মনিপুর। করম্না হোংলোই ইকোপ পাংকী ফিভমসু।

অত্তুবু অহোংবনা অফবা পুরকপস্নু য়াওই অত্তুগা অমাঙবা থোকহনবস্নু য়াওই। হোংলকলিবা ইকোপ পাংকী ফিভম অসিনা মনিপুরদা অফবা ওইগদ্রা অমাঙবা ওইগদ্রা? ঐখোয়না খঙই ইতিহাসনা শাক্কিনি—অহোংবনা চাওখৎলম্লবা সভ্যতা কয়া তুমনা মাঙহনখি অনৌবা সভ্যতা কয়া চাওখৎলকখি। অস্নুম্না হোংলকপা অসিনা মনিপুরগী সভ্যতা মঙখিগদ্রা--নত্রগা চাওখৎলকদ্রা? ইকোপ পাংকী হোংলকলিবা ফিভম্না মফম অসিগা মাঁশিংগা অফবা ওইগদ্রা—নত্রগা অমাঙবা ওইগদ্রা—য়েংবা তারি। অত্তুবু মসিমদি অচুম্বনি অত্তুদি ইকোপ পাং খর লৈরবদি মনিপুরগা পাং অতৈনা মাঙ খিবগুম মাঙখিবা য়াই। লমফেল, তাকয়েল, হৈঙাং তারুখা—য়াইথৌ উসোইপোকপী—লৌশি মোইরাংকোম লোইনা পাং ওইবা তোকখ্রে ইকোপস্নু নোংমদি পাং ওইবা তোকখিবা য়াই।

অস্নুম্না হোংলবা ইকোপ পাংকী শক্তম উরুবা, থোইদোক্লা খর লৈরবদি কাজিপাং য়াইথৌ নিংথিখোং লৌশি মোইরাংকোমগুম পাং ওইবা তোকখিবা য়াই খল্লুবদা—অমদি পিকশিল্লবা ইকোপ পাং উরুবদা সোনেট মচা অমত্তং ইখি—পাজগে তাবীয়ু—

নোংমা ইকোপ পাংপান্দা উখি ঐনা
থাপ্না তাম্না শন্দোকপ্র, লাইজ থক্তা
নোংথাংগুম ঈরংলং লেপলি কনানো'মা
নাক্তা লেপ্পী লাইজগুম শংলেন শংবী'মা

ফজৈদকো ফজৈ য়েংবগী পেম্নাইদে
গঞ্জা কানি য়ু হেরোইন্ নেশানা নত্তে
নত্তে রাখলনা শেয়্বা মুর্তিমা
নত্তে মঙ, শংশংনা উবনি মিংমক্তা।

হায়নৈদো মহাক্কী ইকোপ নিংথৌ
শোম্নৈনে মহাক্কী ইরৈমা লাইরেম্বী
য়োংকী থুক্কম তোং লাইজথক্ খোঙ্থাংবা
নোংদোন লৈমা মমে মলোই শংজেন শংবী
য়েংলি মাল্লে মখোয় অনি তাম্না থাপ্না
লোইশিল্লক্লবা ইকোপ পাংকী হৌখ্রবা পুন্সি।

খুবাক প্রোক প্রোক থুখি। নুমিং তারমদাই পুং ৫ রোম তারকপদা সভাপতিগী ভাহন লোইরক্লনা মিটিং অদু লোইশিনখি। মনি তোম্বা রারী শানা শানা থোরকখি—

—"ইবাই
— ঙসিগী রারেপুবু করি ?"
— অতো, কোপ পাংকী মহোশা ফিভম কায়হল্লোই।"
— হায়বনি
— মত্থবু ঙমখিগদ্রা ?
— "অতো মতমগী ঈচেলসিবু হক্কংনা চেলহনবা য়াবরা ?"

এপ্রিল — ১৯৮৬

# ভূরেল কায়বা

মনি! মনিচন্দ্র রাজু ককসকউ।—সে উয়ুংসি পায়রো লাও — ঐ য়েশিনগে।"

উয়ুং অদু লৈয়েনা য়েশিন য়েশিনরা চবেং চবেং ভাঙ্‌লি। "ভরাংতা অঃ মথাদা লৈহৌবনিংনসে, মুংদাং নোং খর তংবদা অয়ুক্কী পাথরে - হাকুম ফন — কন্না মেনখিবা মপাসিদা অমুক কায়রেদোসে। ইন্নাং নাপী লোইনা মাঙ্‌বা তারে—লৌবুক পুম্বা লোইনা থুমহুন মপাল শারক্লবা ফো পুম্বা লোইনা লুপখিবা তারে।"

ভাঙ্‌না ভাংনা, থবক্তি লেপ্তে—রা অমা ফৈনা, উয়ুংহুগা পান্নবা পয়ানা পুনশিল্লি অমুক উয়ুং য়েশিল্লি। মনিচন্দ্র ঈশিংদা মখাং ফাওবা কুমথহুনা উয়ুং পায়—মপানা তক তক য়েশিল্লি।

লৈকাইগী চৌকিদার থৌবা— অয়ুক্কা যুমথোং খুদিং পাওচেল্লি, "শোরোকখাইবম চন্দ্রে পাগী মপাদা ভূরেল কাইরে—উ রা পয়া অরৈ অরৈ পায়হুনা খুনগী নংগা অহল পুম্বা থুনা লাকউ।" নম্বর নিংথৌরেমবস্ত পোখাদে—কনা চিথহোই য়েং য়েংহুনা "থুনা চংলু ঈশিং কায়ফমদা পন নাপ্পা য়াওরু" তকশিল্লি। লৈকাইগী খুনগী মীপুম খুদিং মথৌমক্তি থন্না পন নাপ্পী অরৈ অরৈবা উ রা পয়া ফক চক্ল পুথোক্লহুনা লৈবাক হোন্দুনা থিংলম্মী। অয়ুক্কগী হোংনবনা মুমিদাংৱাইরমদা পন থিংলে ঈশিং লংলে ইংখোলগী মনা মশিং শিররোই লৌবুকী লৌম্ব শোক্লরোই।

থোদোক অসি খৃঃ ১৯৩৭ তা থোকখিবনি। মতমত্তুদা মনিচন্দ্র চহি ১৫ রোম শুরে। ব্রাংজিং কৈথেলগী নোংপোক্তা ভূরেলগী য়েংথংবা তোর্বান্দা কিলোমিটর মথা মুক চংলগা পাক চাওরবা ইখোল অমগী ময়াইদা লৈরি মনিচন্দ্রগী কা মগাগী য়ুমজাও মমাঙ্ শঙ্গোই মথা শঙ্গোই হোজং ব্রাত্তে - ব্রাংজিংদা শীংথানরিবা ইমুংনি। মনিচন্দ্রগী মপা শোরোকখাইবম রাবৈ - কোন্থুংগী ফম্নাইবনি। শ্রীযুক্ত চূরাচান্দ মহারাজগী অচানবা মনাইনি মায়কৈ অশোমদা মীনা থি থি কিনা ইক্নাই থুম্মরিবনি, হাই হুম্না পাল্লিবনি।

ব্রারী শানা শানা মনিচন্দ্র মপা মচা ঈশিংদগী কাখত্তুনা মংমলোমদা লাকই। পাবা ঐখোয়গী ভূরেলশিবু নোং থিত্তং হেক তাবগা অম্নুক থুনা চাওরিসিবু করিগীনো?"

"হৌফম নকপা - হৌরকফমদা উ রা মরাং কায়না হৌদবননি।"

"পাবা কদাইদগী হৌরকপগেনে সিবু

"ভূঃ আদা হৈরোক মমাঙদা লৈরিবা চীংশি উইদনা—মসি চুংটেক করোংংেল মচি হাউখুলগী চীংনি—মসিদগী হৌরকপনি হাওসিংশিনা পাম য়ানবনি হায়ত্তুনা উ রা ধমাধমদা য়াম্থোক্তুনা চীংশিংসে ইকোক কোক্লেদো অহুদদি নোং হেক তাবগা ঈশিংশিংহু পনবা ভমদত্তুনা থুনা হেক্তা ঈচাও থোক্লিবনি। ইবো নখোয়না হয়েং অহল ওইরকপা কান্দদি হৌজিক্তগী হেন্না থুনা নোং হেক তারপা ঈশিং ঈচাও থোক্লদোরিনি ঈকং থাদনা থক্লীংঙাই ঈশিং কাও ফংলোইদোরিবনি? খঙ্ঙবরা?" ঈশিংগীদমক্তা খুদুক খুনথা য়াম্মরদোরিবনি ইবো।"

হুমিং তাখ্রে ইক্ক মায়ৎজদুনা চাবা থকপা লোইবদা ঙাইরি। চৌকিদার থৌবা চে অমা পায়দুনা ঙাংনা ঙাংনা চঙ্‌লকই। য়েংঙোই চন্দ্রপা—থৌবাল লাকপগী পরওয়ানা—শ্রীযুৎ ঈশিং চাওবা সনা মিৎয়েং তানি হায়নে—হয়েং অয়ুক লেংওক্কনি হায়য়ে—"

"অত্তুদি করম তৌবা—"

"নঙগী সঙ্গোইসিনা খুনসিদা খ্বাইদৈ ফৈদো শ্রীযুৎ লেঙশিনবা মুঙাইনি—

"অথেমপোং ক্বাগোকস্নু হানবা তাবনি—"

মখোয় অনি থোকখ্রে—থৌবা চৌকিদার য়ুমথোং খুদিং পাও চেনখি শ্রীযুৎ লেংলক্কনি হয়েং থোঙ্গাল খুদিং ঘোট চফু লফু চু য়ুংউ।"

মা ক্বাগোক হান্নবা য়ুমথোং খুদিং লুপা অমমম্ তনখোম খোমখি।

চন্দ্রপা পোথাদে। হুমিংচুপ্পা ঈশিং পন নাপ্পৃবগী অরাবা—শ্রীযুৎ লেংশিল্লকনি তাবদা পূমকাও। হুংদাং থাওমৈ থান্দুনা শঙ্গোই লুকোয় শেংদোকই ব্রাইরম তৈথোকই। মনিচন্দ্র মপাগী থৌদাবদা মথুন লৈবাক তাদে।

মথংগী অয়ুক্তা ব্রাংজিং খুন ঈরাং লাঙই হায়নৈ "ঙসিনি শ্রীযুৎ মহারাজ লেঙওক্কদবা। লৈকোক লৈকাইগী মচীন তোংবা পূম্বা থবক চিল্লি। খুন চংফমদা হোজং শারি হোজংগী মখোং অনিদা লফু চু য়ুংই ঘোট চফু য়াওরি হৈরুক পানা ধুপ থাওমৈ থাল্লি।

রাংজীং তুরেলদি ওরাং সুংদাং নোং হেক হাংখিবগা অহুম হুম্বা হৌখ্রে। শ্রীযুৎ লেওওক্কদবা অয়ুক অসিদদি তূরেলগী ঈমাই আ—মখাদা লৈখ্রে।

তাঙ্গা খিত্তং ফংবদা য়ুমদগী শৎ নাম্বোকখিহুনা মনিচন্দ্র মখোয়গী মখা থংবদা লৈবা মহেন্দ্রখোইদা চৎখি।

"মহেন ওসি মহারাজ লেঙবনি হায় ঐখোয় থোঙ্গালদা লফু চু য়ুংহৌই, ঘোট চফুস্ু য়াওই।"

"ঐখোয় থোঙ্গান্দসু লফু চু য়ুংইনা, ঘোট চক্ষু কাস্থ য়াওই।"

"কনা কনা যুংগে য়েংউশিন্দো।"

মখোয় অনি লৈকাই থুংনা চত্তুনা য়েংখি।

"এঃ ঐখোয় লৈকাই লোইনা য়ুংইকো।"

"অহুদি মনীং লৈকাই য়ুংবরা য়েংলুসিদো।"

মখোয় অনি মনীং লৈকাই থুংনা য়েংলুরে—থোঙ্গাল অমত্তা চিঋদ লোইনা য়ুংলমলে। মথং মথং চৎখিহুনা সুমিৎ উখোকতেন য়োৗবা অহুরাইদা মখোয় রাংজিং কৈথেন য়োৗরে।

কৈথেন্দা লম্বীগী নোংচুপ্তা রাইরম ফজনা তৈথোক্লগা মফম অমদা ফক অয়োনবা অমা মথক্তা ফিরাংজি ফিবুম মথক্তা ফিওৌ থাহুনা থম্মী—মমাংদা হৈ লৈ কা লুকমাই সেঙ্গা হোরাই— পোৎ পুম্ব ফিওৌ—গমশা, মোনখুম রমালনচিংবনা কুপ্লহুনা থেন্দূনা শ্রীযুৎতা লাম্নবা থম্মী। কৈথেল মুপী হনুবী মৌনহা পুম্বা লৈজ-লৈজবা অরুবা ফী শেত্তুনা ইম্নফীনা মকোক খুমহুনা—লেপ্পা য়াও ফম্বা য়াও পুল্লপ পুল্লপ রারী শানা মহারাজ লাকপা ঙাইনরম্মী। মনাক

নকপা খুন্দগী নুপী নহা অঙাং অহল লমন ফম্মাই ফানাইবা কয়াসু য়াওরি মখোয়গী মরক্তা হৈরোক ব্রাংজিং, তেম্বা খোংজোম পাং-পম্নচিংবগী অঙম অথৌ হঙ্গবা হিদং কয়া থামেনচৎপা শেং রেশম ফুরিং লিং কোয়েঃ তোলোক য়েৎ সনাখুজি তাল শি পজেং ফিরান থেৎপা কয়ানি। মখোয় ময়ামত্থু য়েংবদা মনিচন্দ্র— মহেন ইঙক ঙকই অসি য়েংউ অত্থু য়েংউ হায়না খুদোনবী থিন খিন্দুনা ব্রারী শানা শানা মফম পূন্থা কোয়চং চংলম্মী।

করিগানো চন্দ্র নুপীশিংসি মকোক লোইনা খুমলিসে—

মনিচন্দ্র মহারাজ মমাঙদা মকোক খুমত্রবদি মশম হেক্তা কেকথোকই হায়য়ে।

ওঃ অত্থুগী ওইরে; নহোয় মহারাজসিদি য়াম্না কন-জাৎনিনা।”

মতমদুদা থৌবাল লাকপগী চাপ্রাসি অমা— মহারাজ থৌবাল য়ৌরকখৌরে হায়না পাও পীরে। মনিচন্দ্র মহেন মহারাজ লাকপা য়েংলুসি হায়দুনা অব্রাং লোমদা চেন্না চেন্না লাকপনা ব্রাংবল লান্দুনা খাঙবোক কৈথেল য়ৌরে। খাঙবোক কৈথেলদসু নুপী ময়াম পোৎ লান্নবা শেমশাদুনা লৈরম্মী। মতম অত্থু মুমিং ফুরি-তাফম্ য়ৌরে। চাক লাম্নদুনা মখোয় অনি খাঙবোক কৈথেলগী মতেক অমা থাদরগা পাই অমা হনবগী কবোক লৈরদুনা চামিন্নে। থর চংখংলগা অরোং তুরেল কূমদুনা ঈশিং খুজোক খুজোক থক্লম্মী।

তাঙ্গা অসিদা হুইশেল খোংদুনা মমাঙদা পরেং লেপলিবা সিফাই - কোয়েং অঙাংবশিং মথুম মরাঙ হৌরক্নে। লম্বীদা কাঙপ

লেপ্লীবশিংদা মহারাজ লেঙ্লক্লে হায়নরকই। অহানবা গাড়ী অরোং থোং লানখ্রে—মতুদা তোংলি শ্রীশ্রীবিষ্ণু, ফিঙৌনা মকোক খুম্বা ব্রাহ্মন পূজারীনা থৌগন তৌনা মথংদা ফিরান থেংপা শ্রীযুৎকী খুনেৎ কার প্রপ প্রপ থৌরকই।

মহারাজগী গাড়ী অরোং থোং হেক লাল্লকপদা ইখঙ্ খঙ্হৌদনা থোংথক্তা চপ হেক্তা লেপখি। ষ্টার্টটি হৌন্-হৌনা গাড়া চৎলু শুকয়া য়াদে। মহারাজগী গাড়ীদা তোংলকপা হকশেনবা অঙম অথৌ তুংদা লাকপা নোংমৈ পায়বা সিফাইশিং মফম চানা কদম তৌনা ঙাক শেন্না লৈ। পোষাক শেংলবা ড্রাইভর গাড়ীদগী কুমথদুনা বোনেট হাংদুনা ইঞ্জিন প্লগ, গীয়ার ব্রেক, থাও মোবিল থাও লোইনা চেক তৌই—কৈস্তু অকাইবা থেংনদে: ব্রাইয়ার লাইট হোরন করিস্তু তৌদে, বেড়া লৈতে ষ্টার্ট হৌই কৈস্তু অকায়বা থেংনদে অতুবু থৌবতদি ময়াদ্রে। বুদ্ধি চমন্নরবা ড্রাইভর মকোক খ্রো খ্রো হোত্তুনা লৈ? অশুন্না হিদাক ঙাস্থক অনিরোম হোৎনরবা ফাওবা মচি লেঙ্দে ড্রাইভর, চমম্নৈ।

মতমসিদা থৌবাল অথোকপমগী অহল-লমন কোন্নুংগী ফম্নাই-ফানাইবা লৈকোক লৈকাইগী হঞ্জবা হিদং চৌকিদার নম্বর লোইনা থোরক্লুনা অথেমপোৎ লান্দুনা মহারাজদা দণ্ডবোং তৌনা খুরুম্মী। শ্রীযুৎ অহল-লমন ময়ামতুগা ব্রারী ব্রাত্তাই ঙাইহাক শাই। থৌবাল লাকপা, দারোগা আই পী, কোয়েৎ অঙাঙ্বশিং, নিংথেমগী হকশেনবা অঙম অথৌশিং থবক ফন চিল্লি। মনিচন্দ্র মহেন ঙক্লা ময়া কানা য়েংলি। গাড়ীনা থৌবা ইয়া ময়াদ্রবদা—ড্রাইভর গতি

লৈত্রে হায়না শ্রীযুত্তা হঙ্গৎলি। তাঙ্গাসিদা অরোং নিংথৌ লাই পান্নবা হঙ্গবনা চংশিক্লনা "শ্রীযুৎ ইবুঙো স্নাখুয়াখাদা ননাই ব্রা অমত্তা হঙ্গৎচগে ননাইনা খঙ্গবদি ইবুঙো অরোং নিংথৌদা হৈরুক-হৈরা কাদ্রবদি গাড়ী লেঙ,বা য়ারোইদমাল্লে" "শ্রীযুৎনা চুম্মীনা অরোং নিংথৌদা হৈরুক-হৈরা কাগদবনি" হায়না মাইবা মাইবী, উয়ানগী পেনা খোঙবা হঙ্গবা তনকৌকৌ হৈরুক হৈরা কবোক হৈবোক অথেম পোং শেম অরোং নিংথৌ চংনীংখোম্বী লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিগী খ্বাংজেৎ নমখাং য়াওনা পুদুন শ্রীযুৎ মশামক স্নাখোং লেংদুন লাইনিংথৌ অরোং নিংথৌ লাইমাংদা হৈরুক কারে-অমাইবা অমাইবীনা নাওহেম নাওশুম নাহেরোল শকলে—পেনা থৌগন তৌরে—মাইবী লাইবাও পীরে—লাইনিংথৌ পেল্লে। শ্রীযুৎনা অয়েশেন্দগী শেল খুজোক কংলে। মাইবা মাইবীনা তাইরেন পুংফাই লাইজ লুপনা কখোল্লবা হৈরুক-হৈরা কারগা শ্রীযুৎ লেঙখিদুনা গাড়ীদা হেক লেংখংপগা কৈশু ইতৌ তৌদবগুম গাড়ী অতুম থোবা য়াদুনা থৌগ্রে—থৌদোকসিগী ব্রারীসে অথোকপম খাংবোক উয়াল হৈরোক ব্রাংজিং তেম্থাদা মুমিং তুদে হোনা চারোন শুরোন ব্রারীনখি।

মহারাজগী গাড়ী থৌগ্রে।

"মহেন গাড়ীগী মনমসি মুংশিদ্রা" হায়দুনা মনিচন্দ্র মহেন গাড়ী থৌখিবগী তুংদা হৌবা উফুল্লক্তা উফুলদু তান্ন তান্ননা চেম্না চেম্না—দুংশা থবেং থবেং হোন্না ময়ুম ব্রাংজিং ফাওবা লাকখি।

খাঙবোক্তা ব্রাংজিংদা কৈথেন মুপীশিং খুনগী অহল লমনশিংনা শ্রীযুত্তা থুরুমহুনা পোং লানলি অমদি শ্রীযুংকী মনাই শেলুংবনা অয়েশেন্দগী শেল খুজোক পোৎলান শেঙ্গা থক্তা হাপখিবদু মথোয়

উখি; পোৎলান পোৎপুম্বা মহারাজ মনাইশিংন', লৌশিনখি অদুবু কদাইদা হাপখিবগে অদুতদি উবা ফংদে।

মহারাজ রাংজিং য়ৌরে। ঈশিং চাওবা স্না মিৎয়েং তারে। ঈশিংদি কংখ্রে—আ মথাদা ঈচেল পীক্রা চেনখ্রে। শোরোকখাইবম চন্দ্রপা শেলুংবগী য়ুমদা লেঙ্‌শিন্নুনা ঙাইহাক পোখারে। অকল-অখৌ ফম্নাই ফানাইবা খুনগী হঙবা হিদং চৌকিদার নম্বর অহল-লমন পুম্বগা উনখি—মখোয়না হায়জবা পুম্বা তাদিরে। চন্দ্রপা শেলুংবা, মবুঙো সেবাদা অল্লা অনা খঙখিদে। খুনগী অহল লমন ফম্নাই-ফানাইবা হঙবা হিদং য়াওনা চৌকিদার থৌবা তমন্নুং চন্দ্রপানা লুপা ময়েক চান্দিনা চোন্না হাপ্লবা নাত্তি পুখম অমা শ্রীযুক্তা খুরুমদুনা কৎখিবতু মনিচন্দ্র শংশং উহৌই। মমাদা হংখি—

"করিগীনো ইমা; অদুক য়াম্বা লুপা অসি মহারাজদা পীথোক্লিসে।"

"হায়—পীথোকপা নত্তে, কৎপনি স্না ক্বাগেক হানবনি। মহারাজ লেঙ্‌লব্রদি মসি তৌদবা য়াদবনি।"

"করিগীনো ইমা?"

"খুনগী অল্লা অনা কোকপীনবনি।"

লৈকাই খুনগী ইমা ইবেল মোনহা লৈশাবী পুন্না শ্রীযুক্তা পোৎ লাল্লি অথেমপোৎ কংলি। শ্রীযুৎনা স্না খুৎমক্কা অয়েশেন্দগী লুপা পৈশা খুজোক সেম্পাক্তা হাপ্নীরকখি। পোৎলান পোৎ শ্রীযুৎ মনাইশিংনা গাড়ীদা হাপচিনখি। শ্রীযুৎ লেংখ্রে- ইমাইবেল খ্বাইনা হঙ্গচ্চবদগী শ্রীযুৎকী য়াথংনা চুংদাংদুদা "সত্যচরিত" (থাওমৈ মখোং)

লিলা চন্দ্রপাগী য়ুমদা শান্নখি। খুনগী মীপুম খুদিং লিলা য়েংদুনা নোক্না নোক্না নুঙাইনা লেন্‌খি। ঈশিং চাওবগী থুম্বগী অরা-অনা, পুম্বা কাওখি—চানি থক্‌নি খঙখিদে। নিংথৌনাই অচানবা থৌবা চৌকিদার চন্দ্রপা শেলুংবা পেঙ্গখি—কান্নজখি।

শ্রীযুৎ মহারাজ সার চুরাচান্দনা ব্রাংজিং তুরেল কায়বা মা মিৎয়েং তাখিবা চহি চা তম্থায় অমা হোৎখ্রে। অতুবু শ্রীযুৎ লেঙলক্লম্বা অরোং থোংদা কার লেপ্পা - অরোং নিংথৌদা হৈক্লক কারগা কার চৎপা য়াখিবগী ব্রারী ঙসিসু অতুম লীনরী ঙাঙ্‌ন-শক্লরী।

চহি চা তম্থায়শিংগী মনুংদা মনিপুরগী ফিভমদি ফন য়াম্না হোংখ্রে। মী লাখ ৫ দা লৈরম্বা মনিপূর মীশীং লাখ ১৫ হেম্না লৈরক্লে। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা চংবা খিংলম্বা মী ক্‌ঙলুপ কয়া মশীং থিঙমদনা হাইজিল্লক্লে মহারাজ চুরাচান্দ বুদ্ধচন্দ্র নোঙ্গাখ্রে। মীখা পোল্লম্বা ভারবর্ষ খৃঃ ১৯৪৭ তা মনীং অলে।

খৃঃ ১৯৪৯ দা মনিপূরনা ভারত্তা তিনশিনখিবগা মনিপূরদা নিংথৌ পানবা লোইখ্রে। মনিপুর ভারতকী লোইলম ওইদুনা চহি কয়ামুক্‌ লৈরবা তুংদা অন্দোলন অমা তৌরবা তুংদা খৃঃ ১৯৭২ দা ভারতকী মনুংদা মপুং ফাবা ষ্টেট (প্রদেশ) অমা ওইরে। মশাগী মপুং ফাবা—মন্ত্রি সভা আইন সভা লৈজরে; প্রজাগী সাসন লিংখৎলে। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা তহশিল ওইরম্বা লাকপা অমখক্তনা ঙাক্লম্বা থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট (জিলা) ওইদুনা ডিপূটি কমিশনর অমনা পূরে। অতুবু মশা মথক্তগী চাথোক্না লৈব্রাক ঙাকচরম্বা মথক্তা হিংজবা

মনিপুর হৌজিক দিল্লিদগী থারকপা, পীরকপা শেন্থং নত্রবদি লৈবাক ঙাকপা হিংবা ঙমজদ্রে। অতুনা থাঙ্গৈশেংবদি মনিপুরগী সাসন দিল্লিনা চালাইরে।

নিংথৌ পানবা লোইখিবগা লোইননা সাসনগা মরী লৈনবা অচৌ অশাং ফম্নাই ফানাইবা অঙম অথৌ পুম্বা আইন কানুন— লোইশঙ বিচার শঙ সংস্থানগা লোইননা লৌথোকপা, মুৎথৎপদা নত্তনা কূইনা চৎনরক্লবা হৌন লোনচৎ চৎনবী কয়া মথং মথং মুথরকখি। ভারতকী মফম অতৈদা চৎনবা আইন, চৎনবী, সংস্থান কয়া মনিপুরগী ফিভমগা চানব্রা চানদব্রা য়েংদনা নৌনা কয়া হৌদোকখি, লিংখংখি চৎনহন্নবা হোৎনখি। //মনিপুর চাংয়েংফম experiment তৌফম ওইহনখি// অমসুং চাংয়েং ওইনা চহি মঙাগী থৌরাং তৌদুনা চাওখং খোংথাং থাংজিন্নবা হোৎনরকই। লম-দমসিগা চানদবা কয়া য়াওবা অমসুং পুকচেল শেংনা পাঙথোক্লবা হোৎনদবা অমদি মুন্না খঙফাত্তবনা চাওখং থৌরাংগী অমদি অনৌবা সংস্থানশিংগী অফবা শরুক্তা হৈনবগী মহুত্তা ফত্তবা নাকন্দা হেন্না হৈনবনা হেনগৎলকই। ভারতকী চাওরবা Main Streamগী ঈথিন্না য়ৈবদা মনিপুরগী হান্না লৈজরম্বা মথন্তা লেপচবা মীপান তাংদনা পানবা অচুম্বা শাজৎ চৎপা হায়বদু খাঙবা ঙমদনা লোইনা তাওথোকখি। অদুমকপু চাওখৎ থৌরাংগী চাথুং লাক্লুনা মনিপুর পুম্বা শেলনা তাওথোকখি। অদুবু শেলগী মমলদি য়াম্না হম্থরকখি। শ্রীযুং চুরাচান্দগী মতমদা ফৌ শংবাইদা মখায় পীরম্বদু হৌজিক লুপা ৮০/৯০ পীরে। পৈশা অমগী নিফু য়াংখৈ তৌরম্বা

ঙাতোন অমদা লুপা পীগে হায়রফাও ফংদ্রে। প্রজাগী রাখলদা থবক খুদিংমক্ সরকারনা তৌগদবনি মৈ ঈশিং লম্বী থোং লৈনবা য়ুম চানবা চিঙাক শেংনবা ফী পুংমক সরকারনা পীগদবনি হায়বসি খ্নাইনা থাজনবনি অমদি মতু ফংননবা লাওখোংতুনা নিবনা হৈনবী ওইরকখি। নাকন অসিদা মনিচন্দ্র ফজনা হৈনখি। সরাকারস্নু মশানা খঙনা তেংফম থোকপা থবক কয়া লাওড্রিমখৈ নিড্রিমখৈ তৌদবা হৈনরকখি।

অসিগুম্বা মতম খৃঃ ১৯৮৬কী জুন থা হৌগৎলকপদা মুমিৎ হুম্নি লেপ্তনা নোং তাখি। রাংজিং তুরেল চাওরে—শোরোখাইবম মপাদা তোর্ব্বান নীংখায়রে—ঈশিং রা রা চেম্থরতুনা মনিচন্দ্র-খোয়গী য়ুম ঈংখোল থুমলে—মথং মথং য়ুম ঈংখোল লৌফম কয়া থুমখ্রে। পাও হেক তাবগা অয়ুক অতুদা মহেন রা অমা ময়ুমদগী য়াংদুনা পয়া খরগা থাজো অমা পায়তুনা তের্ব্বান কায়ফম য়োরকখি—লম্বীদা লৈকাইর্গা নহা অহল লারুবা হায়রম্মী।

ঈশিং নিঙখায়ফম মনাক্তা লেপ্লতুনা অহল ওইরবা মহেন মথুক্তা থাঙজো রা পয়া পায় লাউরি—

"অঙাংশা লাওনে—য়াম্না কায়ড্রিদৈদা থিংজিনহৌসিনে। য়ুম খুদিংদগী রা অমমম বোরা ফক পয়া অরৈ অরৈবা পুরকউনে। করিনো নখোয় নশাগী থবকপু মী ঙায়রবদি কদাইদৈ ?

আঃ ইম্ফালদা লৈরিবা মী লারুগা নখোয়গী থবক শুবিরনি অকায়বা মেনবীরনি হায়তুনা লৈথোক্লবদি নয়ুম নকৈ লোইনা লুপখিদনা হান্নরি।

থায়না নিংথৌ পাল্লিখৈদদি সিদগী হেন্না চাওনা কায়বা কয়া কনাস্থু ঙায়নদনা লৈকাই ঐখোয় ময়াম চংতুনা থিংলকপা ঙাক্কনি।

করিনো হৌজিক কালসিবু শুনীংদবা নোম্মীংদবা ঙাক্তা ঙায়-রিসিবো? মশাগী দায়ি খঙ্দবা ঙাক্তা ঙায়রিসিবো?

ৱা অমত্তং ফক্লোং অমত্তং ফাওবা খ্বাইগীদমক পুথোক্লিংদে পৈশা ঙাইতুনতা লৈ।

লাওনে ইচাশা ইনাওশা সরকার ঙাইদ্রবস্থু ঐখোয়না ঙম্বা থবক মচাশি লোইশিনসে—"

কনাস্থু তাদে কনা অমত্তস্থু মাগী মতেং পাংবা চঙলক্তে। লমজাওদা ঈশিং কায়ফম ময়াদা ঈশিংনা য়োফাত্তবা মফমদা মখোয় ময়াম ঈশিং কায়বা য়েংদুনা হঙ্গৎ হন্দা চংলি—মতুদা ঈশিং থুম লবা লৈকোক লৈকাইগী নহা অহল নুপী অঙাং কয়া য়াওরি। মহেন্না লাউজবা মানানা তাদে—কনা অমত্তস্থু মনাক্তা চঙ্লক্তুনা কায়রবা তোর্ব্বান মেল্লবা লৈতে। মখোয় মশেল ঙাঙ্নরি লাওনরি—

"করিগীনো হৌজিক ফাও ইঞ্জিনিয়ারগী মী অমা ফাও লাক্ত্রিসিবো?

"ঙসাইনা পাও পীরবনি—এঃ ইঃস্থু লৈহোদে ওঃ সিঃ দস্থু তাক্লম্লবনি।"

ওঃ সিঃ লাক্লমলেইদায়নে?

"লাল্লমলে ইম্ফাল টেলিফোন্দা পাও থাখ্রে খুরা। সিমেণ্ট ৰোরা ফক্লোং ল্লানচিংবা পুত্নুনা—ইশিং কায়রিবা মেন্নবা থুনা য়োরক্লনি হায়হৌই।"

"অদো ফন থেঙ জিল্লক্লে পুং ৯—১০ তাশিল্লক্লে হৌজিক ফাও অমত্তা য়োরক্লি্রসিবো ?"

"করিনো সরকাবসিনা তৌরিসিবো ?"

"মন্ত্রিদি তাকউরবরা ?"

"মন্ত্রিস্থ ঙসাইনা তাউরবনি।"

"করিনো তৌবিসিবো ঈংখোলগী য়েনশাং নাপি মপান শারক্লবা অঙনফো লৌবুক লোইনা ঈশিংনা লাক্লুনা শিরে। অদুগা হৌজিক ফাও লাক্লি্র।"

"করিনো সরকারসিনা তৌরিসিবো ?"

"হাকুম থিংবা মকমদনি কায়রিসে—ইঞ্জিন্নিয়ারনা নাংথিনা থিংদত্নুনা তৌরিবনি ?"

"নহাক্লা শেধীরে হায়ন ক্লবনা দরখাস্ত কয়ারক থাখ্রবনি।"

"করিনো সরকারসিনা তৌরিসিবে ? মহে মহে অমনা অমা ঙাঙলি। কনাগী ল্লা কনানা তারিবা খঙদে। কনা অমত্তস্থ কুমথত্নুনা কায়রিবত্থ থিংনবা হোৎনদে-য়েংলি ঙাঙলি।

মতমসিদা কায়রিবা মপাত্নুদা লৈবা মনিচন্দ্র মফি মরোল শেত্নুনা থোরক্লম্মী। মাবু উবদা—মহেন্না হায়খি—"

“কদায়দনো নয়ুম মপাদা তোবর্বান নীঙখায়ত্নো ঈশিং হায়জল্লগা—”

“ঐখোয়না খিংগদবা নত্তে সরকারনা থিংগদবনি—ঐ দিঃ সিঃ ইঞ্জিন্নিয়ার কৌবা চৎলিবনি—তুঃ আদা নৈকায়গী মীয়াম চৎলিবসি উত্রা ?”

“সরকার ওাইরিঙৈদা লৌ-শীং ঈথোলগী মনা মশীং লোইনা মাঙ্‌লনিনে।”

“মাঙ্‌লগা ক্ষতিপুরন ফংনিদনা।”

এপ্রিল ১৯৮৯

# মৈতৈ পূং

"তাদ কদোম চৎলুই—

"য়ে—চাওবীপা ঐ হাওবম চৎলুই।"

"হাওবম মামবু না-য়েকপরনে"

"নাদেদা—শীংলুপ তিন্ননি হাঙ্গবদগী হংলুবনি।"

"কৈদৌঙৈনা তাদ—"

"হংচিৎনি—নুমিৎ মাঙ্গোল ময়াই য়োৱকান্দা।"

"মাঙবতরা কদাইদনো ?"

"খুরা বল্লভ নম্বরগী শঙ্গোইদনি—নঙন্না মথং মথং খর হায়খো।"

"ফনি তাদা—ঙসিদি তু-উরকপদগী আ ইম্ফাল চৎলুবনি—লৈহেন্নবদা খর ৱারে—হয়েং নুমিৎ হেক থোয়রকপদগী কোয়চেন চেন পাও চেনগে তাদ।"

"ফৈ ফৈ"

অসুম্মা ৱারী শানা শানা চাওভল যুগোল মখোয় অনি—মযুমলোমদা চৎনখি।

নুমিৎ অদু মৈতৈনা পোয়নু হায়রগা খঙনবা ডিসেম্বর থাগী তাং ১৫ পুর্নিমা নুমিৎনি। লৌ-শীং লোইনরক্তুনা লৌশাল তম্বদা অরোকপা ফোগী অয়াম্বা শরুক পীখ্রবসু—লৌউবশিংগী কোৎতা ফৌ পৈবা মতমনি। পুন্নীং হরাও মকরাম্মা লৈনবা মতমনি।

পোইন্নু হায়বা থাসিদি উচিদস্নু মতু লোল্লি হায়নরিবনি। অতুবু ফিভম কয়া ফত্তবা লৌউবা যুগোলগীদি পোইন্নু লৌরোকপা লোই-রবস্নু পোখাবা ফংদে—অয়ুক তু উরকপদা হৌগত্তুনা শীংচনবা উ য়ানবা ই ফানবা চৎপা তাবনি লৈকাইগী থবকস্নু তৌদবা য়াদে।

ময়ুম য়ৌরকপদা হয়েংদি চীংদা চত্তবা য়াদে নীংশীংলত্তুনা মচান্নুপা য়াইমা কৌরত্নুনা হায়রকই—

"য়াইমা, ঐদি হয়েং অয়ুক তু উরকপদা চীংদা চৎপা তারে। নপন্ চাওভলনা লৈকাই শীংলুপ মীত্তিনগী পাও চেল্লু হায়রকপনি নঙ, হয়েং হেক য়াহৌবগা হংচিং শীংলুপ মীত্তিনগী লৈকাই পাও খর চেল্লু।"

"পাবা মীতিন কদাইদা তৌদৌরিনো?"

"নপূ বল্লভ নম্বরগী শঙ্গোইদনি।"

"পুং কয়া তাবদা তিন্নদৌরিনো?"

"গুমিৎ মাঙ্গোল ময়াই য়ৌবা কান্দনি।"

"হুমিৎ মাঙ্গোল ময়াই হায়বসিবু পাবা পুং কয়া মুক তাবা ওইদগে?"

"থঙ্দেনে ইবো নখোয়গী পুংদো?"

"নহান ইপু নম্বরদা হায়বদস্নু— পুংকা থঙ্দে—পাবগা মনগারকপা মতমদা উনশিত্তমক হায়রকই—অতুগা আঃ ইপু চৌ-কিদারনস্নু চীংখৈ হুনবা কান্দা চৎকনি হায়হৌই—পাবখোই মতমদা মনিপুরসিবু ঘড়ীকা অমত্তা লৈততুনা পুং-কাসি অমত্তা চৎনরমদবা জাংলা?"

"ইবো মনিপুর লাইরবা লৈবাক্নী। হৌজিক তৌনা মীপুম খুদীং ঘড়ী লৈরমদে। লৈহৢনা থম্বস্নু ওম্নরমদে—অদুনা ইম্ফালদদি ঘড়ী লৈবা ইমুং খর মথে লৈ। লল্লাই থল্লাই স্বাইদদি কনাস্নু লৈনদে। অদুনা খ্বাইগী চৎনবী অয়ুক অওনবা অমমম অওান শিন্নবা মতম, চিংথৈ হুনবা মতম, মুমিৎ থোকপা মতম; মুমিং ব্রাতেন লোম্বা, মাঙ্গোল ময়াই য়োবা, মুমিৎ উখোকতেন য়োবা, জুরি য়োবা মুমিং যুংবা, তুলশিবোং য়োব, যনগারকপা মতম, মুমিৎ তাবা য়াচংবা, অহিং নোংয়াই শুম হায়না লোইনা খংনৈ।"

"অদু পাবা নোংজুথা মুমিৎ থোক্তবা মতমদদি করম খঙ ননি—"

"মহুদি অন্দাজনা অতুম খঙনৈ—অয়ুক মুংদাংদি অতুম খঙই। অদুগা ইম্ফালদা শ্রীগোবিন্দগী শরিক মখোল তাবা মফমদদি ধুপ আরতা মতম, শৃংগার থাল আরতী, মঙ্গলার্তি—নচিংবদা গোবিন্দগী শরিক মখোল মতুং ইন্না মতম অতুম খঙনৈ অদুগা থানা পলটন লৈবা মফমদা পুংজা খুদিংগী কংশি য়েহৢনা খঙহল্লী—মুমিৎ য়ুংবা উ খোংই অদুগা উরতীগী, মুমিৎ তাবগী বেঙ্গন মখোন তারগস্নু—উরভিদা নচিংবা হায়রগা মতম খঙনৈ। লনাই ঘড়ী শিবা কাওবুগী পুং ফাওবা পুলিশ লাইনগী ত্রম ঘড়ীদা পুং য়েরকপা মতমদা মতম চুমথোক্লরিবনি।"

"পাবা মনিপুরসিদা থাইনঔদা পুংজা খঙনবা অমত্তা লৈরমদব্রা?"

"করি লৈতনি ইবো। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা ঐখোয়গী চৎনবী পুংজা পাবগী নিয়ম লৈরম্মী।

"করম হায়না তৌরমই মতুদি।"

"অহিং অমা নুংখিল ভমা পুল্লগা শাবা নোংমাসি য়ুথক নিপান নত্রগা দণ্ড (পুং) হুম্ফূনা শারম্মী। নিংথেমগী কোন্নুংদা তানয়েশং কৌবা লোইশং লৈরম্মী—মতু পণ্ডিত লোইশংনা পান্নতুনা তানয়েশংদা পুংজা য়েন্নুনা মতম খঙহল্লি। নখোয়গী নপুবোক্তু তানয়েশং শঙলাকপা ওইরম্বনি।

"মতু হৌজিক লৈরিব্রা?"

কৈদগী লৈগদগে নিংথৌ পানরা তোকখিবদগী লোইশঙতুম্মু মুৎথ্রে অতুগুম্বা পুংজাতুম্মু চৎনখিদ্রে।

"পাবা তানয়েশংগী পুংদি করম্না খঙলম্মী।"

"মর্নাং হোবা কোরি পাত্র অমা ঈশিংদা তাওহল্লি, মতু হেক থনতুনা লুপ্পদা দণ্ড/পুং অমা শাই—মতু তান য়েবা সেবকশিংনা য়েংতুনা খঙহল্লি—অতুদগী শংলাকপগী য়াথংনা তান য়েবা নুপানা য়েবনি। কোরি পাত্রতু অহিং অমা নুংথিল ১ হায়বদি নোংমদা হুম্ফূরক লুপ্পনি।"

"পাম্বা করম কান্দগী পুং ২৪ না নোংমা শাবা অহিং নুংথিল পুং ১২ তরানিথোইনা শাবসি চৎনবা হৌখি।"

"ইবো বৃটিশনা মনিপুর লোই চন্দুনা পাল্লবা কান্দা নখোয়গী ঘড়ী পুং ১২ না নুংখিল পুং ১২ না অহিং শাবসি পুশিল্লকুনা চৎনবা হৌখি। মনিপুরগী লোইশঙ পুম্বা পুং ১০ দা থবক হৌরগা

পুং মরিদা ছুটি ওই। মতমদুদদি পুংজা থুদিংগী কংশি য়েবা ন্নমিৎ য়ুংবদা উ খোংবা চৎনখিবসে। অদুম ওইনমক—কোন্নুংদা মহারাজ চুরাচান্দ বোধচন্দ্রনা পাল্লিওদদি তানয়েশদা তান য়েবা অদুম তৌরম্মী।"

"পাবা হৌজিক্তি আফিসশিংসি পুং ৯-৩০ দা কারগ ৪-৩০ দা ছুটি ওইরে।"

"ইবো হৌজিক্কী পুংসিদি ইন্ডিয়ান ষ্টেণ্ডার্দ টাইম্গী মতুং ইনবনি। মনিপুর ঐখোয়গী লন্নাই লোকেল টাইম্ মনিপুরী মৈতৈ পুং নত্তে খঙব্রা? বৃটিশনা পাল্লিবৈদদি মনিপুরদা লোকেল টাইম মৈতৈ পুং চৎনরম্মী'

ষ্টেণ্ডার্ড টাইমগা মনিপুর লোকেল টাইমগা করি খেন্নবগে?

লোকেল টাইম হায়বদি লম লমগী মতম হায়বনি। ভারতদি মনিপুরদা ইহান হান্না ন্নমিৎ থোকই। অদুনা ন্নমিৎ য়ুংবা, তাবা ভারতকী মফম অতৈদগী মনিপুরনা ইহান হাল্লি। মনিপুরগী লোকেল টাইমগা ইণ্ডিয়ান ষ্টেণ্ডর্ড টাইমগা পুং ১ খেন্নে। হায়বদি মনিপুরদা ষ্টেণ্ডারর্ড টাইমদগী পুং অমা হান্না ন্নমিৎ য়ুংই তাই থোকই।

"মনিপুরদা করম্বা মতমদগী ইণ্ডিয়ান ষ্টেণ্ডার্ড টাইম্ চৎনখিবগে?"

"ভারতনা মনীং তম্লবা তুংদা মনিপুরনা খৃঃ ১৯৪৯ ওক্টোবর তাং ১৫ দা ভারতা য়াওখ্রবা তুংদা মনিপুরদা ইণ্ডিয়ান ষ্টেণ্ডার্ড টাইম চৎনখি।"

"পাবখোই মতমদা পূংস্থু চৎনৈ হায়রগা। পাবখোই অবোক-খোই ইপুখোইনা নহোই পুংকা খঙ্দে ষনগাররকপা মতম হা ম্নুমিৎ উখোং য়ৌবিকা - হায়নরিসিবু করিগীনো ?"

"ইবো মনিপুরদি লায়রবা লৈবাক্নী মী পূম্বা ঘড়ী শিজিন্নবা ঙমদে অহুনা খ্বাইনা খঙনবা মতম ম্নুমিৎ থোকপা ম্নুমিৎ য়ুংবা ষন-গাররকপা মতম য়াচংবনচিংবা হায়রগা মতম অহুম খঙনবহু চৎনবনি।"

"অহু পাবা ম্নুমিৎ থোক্তবা ম্নুমিত্তদি করম তৌবা তাবগে—"

"অহুস্থু নোঙানবা ম্নুমিৎ তাবা ষনগাররকপা মতমনচিংবদি ম্নুমিৎ থোক্ত্রবস্থ অহুম খঙনৈ। ফরেনে—হৌজিক নখোয় অয়াম্বা ঘড়ী শিরে শিজিন্নরে - অহুবু ঘড়ী খুদিংমক মতম অমত্তা মান্নদে—কনাগী ঘড়ীনা—অচুম্বনি হায়না লৌদৌরিনে ?"

"মহুদি টেলিভিজন—রেদিওদগী অচুম্বা মতম পুং লেপ্পগা লোইরে।"

অহু ওইরবস্থু ঐখোয় মনিপুরদা চংনরিবা মৈতৈ পুংদি নখোয়গী ঘড়ীগী পুংহু নত্তনে।

"করম্না পাবা —"

ইবো য়েংউদনা—নখোয়গী উৎসব মেলা মঙানি চাক্তোবা ফিরোইনচিংবগী বার্ওন্দা পুং ১১ দা হায়না থারগা চাবনা ম্নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা পুং ১ অনি তাবদা চাবা ঙাক্তনি। ম্নুমিৎ য়ুংবা মতুংসিবু পুং ১১ দা তাবা ঘড়ী লৈব্রা অহুগা অমুক মিটিন ম্নুংথিন পুং ৩ দা তৌনি হায়বা অমত্তা পুং ৪ মঙা তাদ্রিফাও ষনগাররকপা মতম নত্রগা মন্ত্রি ম্নুংদ্রি অথোইবা অতিথি লাক্ত্রিফাও

খক তৌদে থাইনা মহারাজস্থু য়াওবা থবক্তা মহাক লাক্তি মথৈ অদুম চাক চাদে মিটিন হৌদে অদুনা ঘড়ীগী পূংদগী পুং খর থেঙ্‌থবা—করিগুম্বা কান্দা পূং অনি অহুম থেঙ্‌থবা হায়বদি বার্তন্দা থারিবা পুংদু মৈতৈ পুং ওইরব্দি ঘড়াগী পুং ইণ্ডিয়ান ষ্টেণ্ডার্ড টাইমগী পুংদগী চোম্থবা পুংনি—নত্রা। অদুনা খ্বাইনা হায়নবা চাকচা হৈজানব্দা হুমিং জুরী কুম্বদা—মিটিন নুংদিংদনা নুংখিন যনগারকপা মতম হায়বনা হেন্না ফত্র ?

"পাবা হায়রিদ্রি মতম য়াম্না মাঙ্‌বগী য়ানি।"

"ইবো মনিপুরদবু মৈতৈনা মতমগী মমলবু খঙ্‌ব্রা ? মনিপুর লোকেল টাইমদি ইণ্ডিয়ান ষ্টেণ্ডার্ড টাইমদগী পুং অমা ওনখৎপনি। অদুগা চৎনবী মৈতৈ পুংদি ষ্টেণ্ডার্ড টাইমদগী পুং ১ অনিদগী হেন্না বরাবর থেঙ্‌থবনি। অদুম মাঙ্‌বনি।" অদুগা

"তাও অঙাং মৈতৈ পুংগী খুদোংখিবা অমদি তমগে। নখোয়গী খুরাতোন চাওবসি ঐখোয়গী খুনগী এল পী স্কুলগী ওঝা ওইদনা।"

"হোয়—"

মখোয়স্থু মৈতৈ পুং চৎপনি। মখোয়গী স্কুলগী চহিগী পরিক্ষা পুং ৯ দা হৌনি হায়রগা ১০-৩০ নত্রগা ১১ তাদ্রিফাও হুন্তিগী খক পরিক্ষা হৌদবনি। নহান মনিপুর ইউনিভর্সিটিগী পি ইউ পরিক্ষা হৌইদনা।

"উম হৌই—"

"মচানুপা - ননাও মনিসিনা পুং ৮ তারকপদা পাবা পরিক্ষা পুং ৯দা হৌগদবনি, থেংলবদি পরিক্ষা ফম্বা য়ারোই একা-গাড়ীদু পীরো" হায়বা কান্দা নখোয় খুরাতোন্না করি খুমই খঙ্‌ব্রা ?

"ম.ন. খূমখি—"ঙাইখোদা ইবো নখোয় ইউনির্ভসিটিস্থু মৈতৈ পূং ওইরমনিদা ঐখোয়স্তু ঐখোয় স্কুলদা অদুম তৌরিবনি, পূং ৯ হায়রগা ১০-৩০ নত্রগা ১১ দা হৌবা ঙাক্তনি—একাগ.ড়াঁসি—বাজার ফাওবদা পোৎ অমত্তা লৈরুখিগে" হায়দুনা কৈথেল চৎখি। মনিনা "পাবা ইউনির্ভসিটি পরিক্ষানি—থেংবা য়ারোই" হায়রফাওদা পূং ১০ তাবা ফাওবা সাইকলদু পীদদুনা চৎহনদ্রেদো; অদুদদি সাইকল হেক ফংবগা হোবে হোবে মনিনা চৎলুবদা পূং ১০-৩০ তাথোকখ্রে। থেংলে হায়দুনা পরিক্ষা য়াওবা য়াদ্রে। ইউনির্ভসিটিদদি মৈতৈ পূং চৎলমদ্রে। ননাও অসি চহি অমা মাঙ.লবনি।

অদুনা ইবো পূংগী মহুত্তা থ্বাইনা খঙ.নরিবা চৎনরিবা হুমিৎ থোকপা য়ুংবা ফনগ.রকপা মতম ককা হায়সিনা ইফদ ফৈদা মতম শুকশোই শোয়রোইদা।

জান্নুয়ারী—১৯৯০

# থৌরানী দেবী

থৌরানী দেবী মপামদা হল্লক্লবীনি। চহি ৩০ মুক শুরবী মৌনহানি। মল্লানা ওৎপা খাঙ্বা ল্লাবহুনা হল্লকপনি - পীক্লিবা মচা ৩শু লোয়নরকই। তোম্বী চহি মঙা, চাওবী চহি অহুম, ননাও চহি অনি। নৌনা য়ুম পানবনি। মচা নিপান পোকপগী মনুংদা ৬ শিংখ্রে—খর চাওবা ২না মপাগা লৈহৌরে। পিক্লিবা হুন্দোকপা য়াদ্রিবা অহুমছুদি মপামদা পূরকপা তাখি।

থৌরানী দেবী মপোপ মতাং ফনা হৌরকপী মুপী মচানি। খ্বাইগা মান্নদনা হম্ হম্ চাওরকখি। চহি ৫ শুরকপদা মাবু উক্লবা মনে, মন্দোন মপন, মামা মথৌ মবোক পুম্বনা ঙক্না য়েংনখি— হায়নখি—"ইচাদি ইশুদি ইমৌদি—মপোপ মতাংনা ফক্লিবা বোপ বোপ লাওরহুনা য়েংবগী পেনবা নাইদেদা।" অওইবনি খ্বাইগা মান্নদবী শাহৌনি—মতিক মপা নত্তনা জ্ঞান তাশিল্লি; ল্লাঙাং ল্লাতা হৈ—ঙাংথোক শক্তোকপা মপুং ফারবী লৈশাগুমই; পাখঙ, শরি মীতোপ উবগা ইল্লাং কায়, মীতেক মীরো খঙগল্লি। চহি ১৩ চঙ্লকপদা মীওই শুরে। নোয় পেল্লী থীক থা ফৈ—হায়নৈ থৌরানী দেবীগী থাদি হীরুবাক্তা চাইশেল উপ্পনি। কুইনা খাঙদে মমান্নবনা অঙাং মচা ওইহৌরিভৈদা ইল্লাং কল্লবী থৌরানী দেবী মুপা উমনীংগনবী ওই। চহি ১৩ দগী খিক্তং হেল্লকপদা ময়ুম পাল্লুই। মমা মপানা অঙাংনি হায়হুনা কয়ারক খাইদোক্লরুই। অহুবু হন্না

হন্না চেনবদুদদি তঙাই ফদন। লুহোংবিখি। চহি ১৪ চেঙলকপদা অহানবা মচা পোকখি।

ময়ুম পাল্লুরবা নুপীবু মৈতৈনা মো কৌই। থোৗরানী দেবী মো ওইরবসু মাগী নাইথোং তনৌ তানৌরী। চহি ৩০ শুরবসু চহি ১৮/১৯গী শক্তমনি। জাপান লানগী মমাঙ্ য়াম্না চম্লিবা মৈতৈ সমাজদা চহি ১৮/১৯ শুরবী লৈশাবীবু লৈশাবী ছরী ময়ুম নাইবা থীল্লবী মাবু পাম্বা নুপা কয়া লৈতবী হায়না হায়নরম্মী। হৌজিক কুনশুবা শতাব্দি লোইরমদাই লাইরিক লাইশু য়াম্না তম্লরবা নুপীনা সরকারগী থবক-ইনথাং য়াম্না তৌনরকপা মতমসিদদি চহি ৩০ হেন্না লৈশাবী নুপীবু করিসু চহি য়াম্লে, লৈশাবী ছরী ওইরে পঙহায় হায়নদ্রে। অওইবনি—থোৗরানী দেবীগী মমাল্লবী কয়া হৌজিক হৌজিক লৈশাবী ছোইনৌ শাদুনা কয়া লৈরি।

অদুম অদুম ওইনমক নহা ওইরিবা ময়ুম পাল্লুরগা হল্লক্লুনা মপামদা লৈবী নুপীশিংবু সমাজনা খ্বাইগা মাল্লদবা মিৎয়েং অমনা য়েংনৈ—খর হেন্না মিৎয়েং চঙ্ই। সমাজনা পাম্মী ময়ুম পাল্লবা নুপী পুম্বা মপামদা হল্লক্লবা মৌনহা য়াওনা—সতি সিতা সাবিত্রী শুম মতম লেনবা। অদুবু সমাজনদি খঙ্শিল্লদে হৌজিক কুন-শুবা শতাব্দি লোইরক্লুনা কুনমাথোই শুবা শতাব্দি য়ৌরক্লে—সতি সিতা সাবিত্রী—মথায় থায়নঙৈগী য়ারীনি। অদুম ওইনমক খ্বাইনদি থোইদোক্লা হল্লক্লবী মৌনহা—নহা ওইনা লুখ্রা ওইরবসিং লমচত্তা সাবিত্রী সিতাগী মথক ওইহল্লীংই। নহা ওইনা ইচম চম্লা থোইনা খল্লুদনা মখোয় মশেল ফাগী ফারাং তৌনবদা

নোক খেবা—করিগুম্বা পাখঙ্ মমান্নবা নত্রগা নুপা-নহা মখোয়লক্তা য়াওরবদি ময়াম্না ঙাঙ্নৈ—"খৎখ্রে—ইন্নাং পুখ্রে—ওক্তে!" থৌরানী দেবী হৌজিক সমাজগী মীনোক কা হেন্না চঙ্ষম্ম ওইরি।

থৌরানী মপামদা হল্লগ্রবা মতুং মতম খরদং নুপা ময়ুম্না নৈবীরবা মরানা ওৎনৈবীরবী ইন্থোকপীরবনি খন্না মমা মপা মবুং মৌপা্ব অমদি মনম্মা মচনন্নুপীনা নুনা তৌরম্মী। থৌরানীসু হরাওজরম্মী, চাওথোকচরম্মী মাগীশু মমা মপা মবুং মৌপা্ব লৈরি—মখোয়না লাকচবা য়াত্রা? অতুবু কুইদে। মখোয়না খল্লম্মী—নুপা ময়ুম্না কৌবা লাকনি—থুনা হজিন্নখিনি—মচা মশু লৈরিববু।" অতুবু থা অমা হেল্লক্লবা ফাওবা নুপা মংম চেকমোক্ লাওরদ্রে। মমা মপানসু অহানবদা থিল্লূবদা খর লাওনখিবদগী ইকাইহুনা অমুক হিনবগী রা হোদোকখিদ্রে। থৌরানীসু মখোয়না লুনা তৌবিবদুদা মতম পুম্বা লুনা তৌদিগনি খন্দুনা— নুপা ময়ুমদা চৎনিংদ্রে। থা অনিরোম শুজল্লক্লে কৌবা ইন্নাক মরাক্তে; অহোইনমুম নুপা ময়ুম্না অমুক লুহোংনবা অতোপ্পা নুপী অমা হায়নশিংনবগী পাও নিনফুং নিনফুং তারকলে। থৌরানী ব্রাখল মিরাং থুবা হৌরকই। মমানা ফন-হাকন্ চঙ্হুনসু মবুং মৌপা্ব মনম্মা মচন নুপীনা ফন-য়াম্না মীরাইরক্লে। তত্তনা খৎনবা হৌরক্লে য়ুমসিদা মহাক্পু লৈহন্নীংদনবা শীল্লক্লে। অহানবদা মাসু ময়ুম্নি ইপাগী হুমনি খন্দূনা মনম্মা মনাও নুপীগা খর খর মুক্ক-রকপদগী মমৈদা মবুং মৌপা্বাসু মাগী মাগী নুপীগী রা লৌরক্লুনা মাবু কৈসু নত্তবা মরমগীসু থীনা থীনা চৈবিরম্মী। করিগুম্বা কান্দসু খুং থোক্লবা য়াওরক্লে। মচা মচা খৎনবদগী হৌরকপনা ফন-য়াম্না

খুমাং চাওশিনখিদ্রবনা কৌনদবা ব্রা ঙাংনদবা মতাং হেল্লক্রে। থোৱানী লৈবদা নুঙাইরক্রে। অঙাং মশেলদি খৎনরবস্থু ঙাইহাক লৈরগা অদুম তিম্নদুনা শাম্নমিন্নখি—অদুবু মমা মমাদি কিশি কিনখি—কাওনখিদে—লাকচনা তৌখ্রেদা লমন খুম্না—খন্নখি।

অওইবনি, মচাচেনবী মৌ হল্লক্পী মপামদা নিঙোন ওই-জরবস্থু মপা মমা মবুং মৌপ্রাগী মনাক্তা লৈরবস্থু চৎনবীনা কা হেন্না মিৎয়েং চঙলবা মরা মপুরোইবগা তোঙান্না হেক লৈবগা মীরা ঙাংবশিংগী ব্রারেম ঙাঙবগী মচাক্নি। মখোয়না তত্রনা ঙাংনবা হায়নবদি মরু ওইনা মহাক অসি নুপা অমদগী হেনবগা মরি লৈনে—খাইনদ্রনা লৈরবস্থু "মরা অমা লৈনা লৈনা মরা ঙাঙনৈ।" অসিনি। থোরানা মবুক্তা ব্রারেথি—করিগীনো নুপানা নুপীবু অশুক লাকচবিরিসিবো?

মরা মপুরোইবগা অমুক্ হঞ্জিন্নগনি মচা লৈরিবনিনা খন্না অরাবা কয়া খাঙদুনা লৈরক্লা থোরানী। মত্রা ময়ুমদা লৈহোবা মচাশিংগী খল্লুবা অমদি মখোয়বু উনিংলবস্থু উবা ফংদবা অদুদা কয়া পুক্নীং নুংনাঙবা। অসোমদা মাগা লেমিন্নরিবা পীক্লীবা মচাশিংগী শেৎপা চাবা মনাং থুংদবা মখুত্তা শেল থোক্রবনা করিস্থু তৌবা ঙমদবগী নুঙাইতবা কয়া, মপামদা লৈরবস্থু খ্বাইগী মিৎয়েং চঙলকপা কয়া, অমুক মপুরোইবগী মনাক্তা চৎকনি খন্না খাঙলক্লি। অদুবু থা তরুক হৌজিন্খ্রে মাবু অমুক কৌরবা লৈত্রে—অহোই-নদুম নোংমা অয়ুক মহাক্লা লৈকাই মমাম্নবগী মৌপ্রা লুহোংবগী থবক নোম্বা চৎখ্রিঙৈদা মনেম্বোক্তু লাক্লুনা পীক্লিবা মচা অহমদু

চহিগী উৎসব য়াওহল্লগে হায়না পুখ্রে। মহুমদা অ-ুক হলহল্লক্লে। নোংমা নিনি—খোৈরানী মচা অপীশকশিংছু উদবদা থম্মোই কাখি। অদুবু শেংপা চাবা মনিং থুংহনবা ওমদ্রবা মাগীদি মখোয়দো মপাগী মনাক্তা লৈথিবনা ফে খনখি।

খোৈরানী দেবী মখুত্তা শেল খোত্তনা মপা মমা মবুং মৌপাদা হেত্তুনা তাংদুনা মখোয়গী মবক্তা লৈনিংলক্লে। মরুওইনা মচা থাদোকপা ওমদদুনা লৈকাই লম্না শেন তানবা চৎপা ওন্নমদবু মচাশিংস্তু মনাক্তা লৈত্রবনা অয়েৎপা লৈত্রে। মপুবোইবগা হৃভিন্ন-বগী আশাস্তু তামখ্রে। মবমদ্রি ইকুই কুইদনা অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংখ্রে হায়বা পাও তারে। মচাশিংগী খনবদা নুঙাইখিদে— মমিত্তগী মপি তাখি—অমুকস্তু থম্মোই মৈ হোনা শাওখি—খনখি— "করিগীনো নুপানা নুপাবু অশুক লাকচরিবসিবো?"

মপামদা হল্লকপা ৩। অনিবোমগী তুংদা মাবু মরাইরকপা মচাশিংগী শেৎপ চাবা মনিং থুংদবা পাক্লবা মচাশিংগী নিঙাই কয়া কপ্পা কপ্প খাঙ হোৈরকখি। মম মপানা মশুশিংতু ফন-নুংশিদুনস্তু মবুং মোপানা মাগী মাগী মচাবু তৌবহন্নদি তৌবা ওন্নমদে মরমদি অহল ওইবে শেন পোক্লে মনম্মা মচন্না মাবু মচন-মনম্মা ওইনা হন্না চংলি অত্তুগা মচাশিংবুদি মাতোপ মচানি খল্লি কয়া থোওইদে। ফজদে মন থানা ঙাংননি হায়দুনা অদুক তৌশিন্নবা নত্তনা মীন্নুংশি য়াওনা লোয়নবীদে। মতু উরুরগা মহাক মবুক নুংশি—করিহন্বা কান্দস্তু লোম্না লোম্না কপখি। মনম্মা মচন্না অমদি মমা মপ ফাওবন শেন থোকপা মবুং মোপাবু থর হেন্না লুনা

তৌবা শেন থোক্কবা মাবু কয়া থৌওইদবা থৌরানী খণ্ডদবা নত্তে। মশা নহানি—অনৌ-অনৌবা ফেশনগী ফি ফুরিৎ [ফনেক শাড়ী শেৎনীংই ইন্নিংই—চানবা পোৎ কয়া কয়া অনৌবা টি ভিদা এডভরটাইজ তৌরকপা কয়া চানিংই মহাও তংনীংই—অনৌবা ফিলম ড্রামা লিলা কয়া য়েংনীংই—অতুবু মথুত্তা শেল পায়দবনা করিস্নু তৌবা ঙমদে—মতাং অসিদা থৌরানী তত্তনা নীংশিঙলকখি অবোক য়াইমবীনা খুরাতেন্দা হায়খিবা রা —"ইবো শেলসিদি ইপান। পায়রবস্থ নুঙাইতে ইমানা পায়রবস্থ নুঙাইতে ইরানা পায়বা ফাও নুঙাইতে—শেলদি ইশানা ইথুত্তা পায়জবনা খ্বাইদগী হেন্না নুঙাইবনি।" চুম্মীদকো অবোক য়াইমবীগী রাদো! ইথুত্তা শেল পায়জরবদি চানিংবা লৈদ্রনা চানি শেংনিংবা লৈদ্রনা ইন্নি। থৌরানী শেল থোক্কবা উপায় খিরক্লে। মথুত্তা পাই অমা পায়দনা মীনা পীবতনা হিংবা পুন্সি থৌরানী খাঙরা ঙমলক্লে।

হুমাংমলতনা ফংবনা অথোইবনি খন্দুনা মৈতৈ নুপীশিংগী হান্ন-দগী চংনরকপা শিনফম ফিশাবা হৌই। মাররারী কানিয়াগী কোয়েৎ মচা শারগা য়োনবদগী হৌদ্রনা খুদৈ, খুদৈ অরাংবা মতেক ইন্নফি-গমছা অতুদগী হেন্দূনা মোইরাংফি ইন্নফি ফাওবা শাদ্রনা হোৎনৈ। অতুবু থোইনা কান্নদে—মনীং হঞ্জিন্দুনা তোকই—শেল্লেপ ফাওবা মাঙশিল্লকই—মরমদি খুৎসুমন মতীক চানা ফংবা ঙমদে দলালী চাবা কাঙবুনা মতোং চাখি। শারুবা ফি মতম চানা লৈবিনবা লৈতে। ফি য়োনবা, চৎপদা মহাজন মমিৎ চুমদে—ফিদদি য়েংদহুনা থৌরানীদা চাগদোগুম হৌদোংনা ঙা য়েঙ্গুম য়েংই

খৌরানী হনদে—। ফিগী মমলগী ব্রা ঙাংদ - মহাজন ব্রাখল ফত্তে। খৌরানী ফি শাবগা য়োনবা চংপা মডম শান্দে ব্রাখল চোইগে তৌই ফি শাবা—য়োনবা লেপ্পা তাই—মচাগী ব্রাখল মব্রাগা অমুক হঙ্গিন্ননি থনবা—খুংতুমন মতিক চানা· ফংদবা ফিশা লোনশা খুংলোইদবা মহাজনগী মমিং ফত্তবা পুন্নমক থল্লূরগা খৌরানী ফি শাবা য়োনবা তোকপা তথি।

অতুবু শেল তান্দবদি য়াংদ। শেল থোক্তবা মচাবু মমা— মপানা ফাও মীবায়বনি। কবি তৌনি থৌরানী। মশা নহানি শেংনীং চানীংই—হবাও কুম্মৈস্থ য়াওনীংই—মচাবুস্থ শেংহন— চাহন্নীংই। নোংমগী শেন্থোক শোয়দবা ঠিকাদারগী হাজিরা শুরে। ন্নুঙ হোল্লি। লৈবাক হোল্লি। মশা ব্রাবনা তপ তাই। নোংমগী হাজিরা শেন ফংই অতুবু ঠিকাদার মোহোরী পুম্বা মঙোন্দা তোঙানবা মিংয়েংনা য়েংই—হৈনদে—হাজিরাগী শেন পিবদা— মমিং চুমদে ব্রাঙাং কারাআম্মী। নত্ত নত্তবা তাবদা ব্রাবা হৈনদবা ব্রা কয়া ঙাংই—থৌবানী হাজিরা শুবা চংত্রে।

করি থবক তৌনি—করম্না শেন তানগনি মথুত্তা শেল জমজম পায়রবদি মমা মপা মবুং মৌপ্পা মনম্মা মচন্না লুনা ভৌনি থওই— থৌরানী থায়নগী থৌরানী ওইবা তেকপা তাই—হৌজিক্কী দেবী ওইবা তাই শেল জম জম পায়নবা। নহান মথৈ অমুক হঙ্গিন্ন- গদরা থল্লুবা মচাশিংবু হেক হেক নিংশিংলুবদা লগাম ফারম্মী। মীনা করি হায়খিদগে থরম্মী। মরানা অতোপ্পা মুপী অমা লুহোংখ্রবা অমদি মাগীদমক মপুন্সি কেমলক্লবা মাবু কৈস্থ থৌওইবীদবা অত্থ

খল্লুরগা থৌরানী দেবী নোংমা নোংমগী শাওবা রারোবা হেনগৎলকখি, তত্তনা হংখি মথন্তা—"করিগীনো নুপানা নুপীবু অশুক লাকচ-বিরিবসিবো" । হান্নগী নুপী লৈ খঙনা মচানুপীবু থাজরকপী মপা মমা; নুপী অমদি মচা লৈ খঙনা খঙনা লৈরুনা খন্দুনা লুহোং-লকপী নুপী—নুপানা কাওথোকপীরবা ছন্দোকপীরবা নুপী-মচা মুনবীখ্রবী নুপীনা হৌকৎফম লৈতবা সমাজ—পুন্নমকসিবু য়ারিবা চৎনবী, পুন্নমক্কা মথক্তা রারোবা শাওনিংবা ওইনবা নোংমা নোংমা হেনগৎলকখি থৌরানী ।

ঐহাক দেবী ওইবা তাই—কুনশুবা শতাব্দি লোইরমদাইগী দেবী—পুন্নমকসি নমহত্তুনা শেল পায়বা তাই—ঐবু থৌওইবীদ্রবা সমাজনা হায়নীংবা হায়জসনু—ঐদি দেবী ওইবা তাই । দরকার লৈরবদি "নুপা ওইবগী মিহৌনফম হকচাং কায়াৎ উৎনা, চিন্‌বান্ লাংবন খোইহি তৈনা খোয়কম তৌ, মিৎচিগী লাং থাকপা তাই--শেল পায়বা লমচৎ চুমদবা নুপা ফানবা । পৈশা নত্তনা উপাই লৈতে । সমাজদা শক ফজগে—লৈবাক মচা তাগে হান্নরবদি শেল পায়বা তাই—অমদি মতাঙ, চানা খরচ তৌবা তাই । শেল্দু ফংনবা উপাই অতু মীনা ফন থীনা ঙাংনবা উপাই ওইরবসু—শেনবু পায়রবদি শেন্না মচীন মেনবা য়াই—ঐদি চানমক্না ২০ শুবা শতাব্দিগী দেবী ওইবা তাই ।

খন্নমথৈ খল্লুরগা থৌরানী পান দুকান অমা হাংলে । মতম অতু পান দুকানগী ইন্নাং ফনখৎলকখি । শেন তানবগী অরায়বা উপাইসু অমনি । মীপুম খুদীং মহা পাখং-লৈশা

অঙাং হন্নুবা হন্নুবী মৌনহা পুম্বা মিঠা পান্ সাদা পান জার্দা পান পান্নরকখি—বাবা জরদা ফোরটুয়েন্টি একসোবিস জবদা পান য়ুমথোং হ্দিং পন্নরকপা রারী রাতাই শানবদা য়াওনবা মতাংনি মনিপুরগী শেন মপান্দা চৎখিনবগী মরম অমনি। মৈতৈ মনিপুরী অমত্তনা খল্লুদবা য়াফমনি। পান্ ডুকান খুদীংদা নুপা নহা পাখঙ লৈশ্যা পরেং লেপ্পা হেনগংপা মতম্নি। শক ফজবী ইরাংপুবী থৌরানী, নুপা-নহাগী মিহৌনফম ওইবী থৌরানী দেবীগী পান ডুকান খিন্দনা মমিং চৎলকলে—খঙনরকলে খ্বাইনা "দেবীগী পান ডুকান।" খ্বাই য়াইস্কুল থুরাই রাংথৈগী কোইনৌ কোইরা পাখঙ কয়া, লুহোংলবা পাখঙ কয়া মাগী পান ডুকান্দা পরেং পরে লেপ্পরে। মথণ্ডনা পান তপ্পগা য়েনবা ওন্নক্লুনা থৌরানী দেবীনা মতেং পাংনবা লৈকাইগী হল্লকপা মৌনহা অমগা নোনা লুখ্রা ওইহৌবী অমগা মাগী মতেং মরক মরক্তা হেক হেক পাংহল্লম্মী। নুমিৎ খুদিংগী নুংখিলগী পুং ২/৩ তাবদগী নুংদাংগী পুং ৮/৯ তাবা ফাওবা দেবীগী পান ডুকান খুরক হাংদে। মোম্বাতি থাল্লম্বদগী পেট্রোমেক্স (হাফ লেম্প) থাল্লক্লে—চুরুট বিড়ী পান কা খরদংতনা হৌদোকচখিবা ডুকান হৌজিক্তি মমল য়াম্লবা চুরুট 555, গোল্ডফ্লেকচিংবনা থল্লক্লে চামগী পোৎনা চনি শিং চনিগী পোৎনা চামরী শিং চামরীগী পোৎনা লিশিং শিং, শেন্দোং ফন—তোংজরে—থৌরানী মথুম্ভা পৈশা জম জম।

থৌরানী দেবীগী পান ডুকান পোৎশিং চৈশিং য়াম্মা ফৈ—লক্ষ্মীনা মায় ওনশিল্লবনি। মানা মখায়তা য়োঙবা পান—থৌরানী

মায়গী উবদা লুপা লুপাদগী তাবা লৈতে। "দেবীগী পান দুকান" মনিপুরগী থাল্লবা কোচিন কোয়া ফাওবা মমিং চংলক্লে। পাখও ছোইনৌ ছবীদগী হেন্দোক্লুনা ঠিকাদার মহাজন অফিসার— মথুমদা মচামশু লৈরক্লুনা ঈরাং খমথ্রবা ইরাংদি পামজবা শরী— করি হায়নি মীয়াই চল্লবা কয়া ফাও—দেবীগী পান দুকানগী কিউ লেম্মা য়াওররে। সাইকল স্কুটর, মোটোর সাইকল করি অমুক হায়গনি কার ফাওবা দেবীগী পান দুকান মমাঙদা পরেং পরেং। লম্বী চংফম খঙনরক্লে।

মরক মরক্তা পান লৈবদা—পান তম্বদা হাইহে মতেক মতেক প্রমান পাম্বে ওই ফাগী-জোগাই ওই—হায়নরকই লংনরকই। নোকফেং তৌনবদগী ব্রা নোকপা য়াওরকই—অদুদগী হেন্দোক্লুনা মিংচিগী তেন ফাওবা কাপ্পরকই। থৌরানীগী মিংচিগী তেন্না পানবা কয়া খোয়রাংবা হেনগংপগা লোইননা পান দুকানগী লেঙদবা কণ্ঠস্বর ওইরকই। মথং মথং দেবীগী পান দুকান—ঈরাং দুকানস্তু হাইফেং ওইরক্লে। লৈকাইদা লৈবী মৌ হল্লকপী নৌনা লুখ্রা ঔইহৌবী মৌনহা—লৈশাবী শরী— কাস্তু পান দুকানদা জরদা পান লৈবা লাকপদা ঈরাং দুকান্দা তিল্লরে। মুংখিল মুংশা থাওবদা মরক মরক্তা নাহা পাখঙ মৌ লৈশা কয়া উনফম ব্রা লেপ্পফম —ব্রা শেংদোক্লফম হাইফেং ওইরক্লে।

মীনা তিনবা হেল্লিমখৈ থৌরানী দেবীগী শেল লাকফমস্তু মথং মথং হেনগৎলকখি। শেলস্তু মরাং কায়রক্লে—মাগী শেঙ্গাও চোল্লক্লে। মথুক্তা শেল খর পায়জরকপদা— মপা মমা মবুং মৌপা

মনম্মা মচলনা লুন। তৌব। হেনগৎলকই — লোইননা মনম্মা মচলগী কল্লকপস্ন হেনগৎলকই।

খ্বাইগী মান্নদনা তোপ তোপ্না শাহুন তম্নকপী থৌরানী খাইনদ্ৰুনা মপামদা হল্লকপা নুমিত্তগী কাইহৌরকপা পাখঙ কয়া নুপা কয়াগী ঈরাং মপুরোইবগা অমুক হঞ্জিন্নখিদ্রা খন্দুনা থৌশাদনা লৈরকপনি। মত্রা মপুরোইবনা নুপী অমা লুহোংগ্রফাও—মাবু হন্না য়েংবিদ্রফাও— মচা লৈবনিনা—হায়না খন্থুনা মবুক ফাথত্নুনা লেল্লি। থোইদোক্না মরা লৈবা নুপীনা অতোপ্পা নুপাগা মরি লৈনবা পাপনি হায়না খল্লুবনা পুক্নীংগী ঈহুন কয়া নমথতুনা খাঙলি। অদুবু নহানিনা খাঙবদা ৱারবা ঈরাং কয়ানা লাকশিল্লক্লি। হরাও কুম্মৈতনা খুরক হাঙদ্রবা মনিপুর হায়বা লৈবাকসিদা শজিবু চৈরাওবদগী লমদা থাশি ফাওবা থা তমা কাংদনা হরাও কুম্মৈ লৈরি। শজিবু চৈরাও চীং কাবদগী কৌব্রু কাবা মোন্দুম কারোক ইঙৌরোক মহাদেব খুরুম্বা—কালেন কাং শান্নবা জলকেলী—লাই হরাওবা—ইঙা-ইঙেন রথযাত্রা কাংলেন জয়দেব চোংবা—থরান—ঝুলোন দল হাইবা পুর্নিমা রাস—মেরা রায়ুংবা রাফুকপা লিকোল—দুর্গা পুজা কুম্মৈ ফাইরেন—শ্রীপঞ্চমী লিকোন শান্নবা সরস্বতী—শিবরাত্রী কুম্মৈ লাই হরাওবা, হাও হরাওবা—সনামহী চেঙহৈবা লমদা য়াওশং থাবল চোংবা, হোলী—চীংগোই বারুনী খুরুম্বা কুম্মৈগী কুম্মৈ মক্তা, চহি অমা হৌথিবা খঙহৌদবা লম্সিদা কুম্মৈ খুদিংমক নহা ওইরিবা লৈশা পাখঙ মৌনহাগী ঈরাংগী হৌরকফম তুংনফমনি—থৌরানী ঈরাংদুদা তাওরোই হায়বা য়াদে। য়াওশং থাবল চোংবা য়াওরুবা

চীংগোই বারুনী কারুবা শজিবু চৈরাওচীং কারুবা কয়াদা নুপা নহা কয়া খঙনরকখি। মহাক মৌনি—মচা লৈ খঙনা অমদি খঙদনা কাইহৌরকপা কয়ানি। মখোয়গী মরক্তা মতু মচা লৈবা নুপানা অনম্বনি। চহি ৩০ তা ঙাইহরিবা মৌনহা অমনা অসিগুম্বা কাইহৌবগী ঈচাও ঈচেল অমা হিংবা ফন-লুই। নুপা লৈনা নুপা নহা ঙাঙনবা পাপনিকা খন্দুনা খাঙলবস্থু পুক্নীংগী ঈহুন ফাবা ওমহৌদবা কয়া থেংনখি। মবক্তা খনবা হৌখি—মতু মচা লৈবা নুপানা অতোপ্পা নুপী ঙাঙনবদি থীনা হায়নদবা—সমাজনা য়াবা—নুপা লৈরবস্থু খাইনদ্রে। লৈরবা নুপী—মল্লা শিথ্রবা মৌনহানা অতোপ্পা নুপা অমত্তংগা ল্লারী ল্লাতাই শাক্লুরবদি—থিনা ঙাংনরীবা সমাজনা য়াদবা-করম্বা সমাজনে। ঐখোয় নুপীবু নুপানা অশুক লাকতীরিরবসিবু করিগীনে ?

নোংমা ল্লারা অতুম শানবদা থংনবা লৈকাইদা লৈবা মমাল্লবী অমগী মৌপ্পা ত্তোম্বদা খৌরানীনা হংখি—

"মতমদা নুপী লৈরবা নুপানা অতোপ্পা নুপী অমদগী হেন্না মঙা তরা হেন্না মরী লৈনবা কোয়বা লোনবদি য়াবা, পাপ নত্তবা অতুগা নুপীনা নুপা অমদগী হেন্না নাইবা য়াদে, হেল্লবদি পাপনি হায়বসিবু কনানা শেম্বা আইন্নো। করম্বা চৎনবীনো—করম্বা সমাজনো ইবুঙো।"

"খঙদেদা ইচে ঐখোয় স্বাইদদি নুপীনা নুপা অমা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপা অমদস্থু মল্লা নাইবসে পাপনিদো। অতুবু তিবরৎ ছায়বা লমদুদদি নুপী অমনা মতম অমত্তদা নুপা মরি মঙা লোনবা য়াই, চৎনৈ পাপ নত্তে, সমাজনা অতুম য়াই।"

"হোয়নে ইবুঙো তিব্দৎকী চুপীশিংদো হুঙাইজরিনিদাকো।"

"ইচে মফমদুদদি নুপীনা নুপা লোনবসে পাপ নত্তেদো।"

"অদুদি ইবুঙো পাপ তৌনা হায়বসে লম লমগী মতুং ইল্লেনে ?"

"মানি ইচে রসেলনস্থু মদুমক হায়বনি।"

নুমিৎ অদুদগী হৌনা থোৌরানী পুকচেল খংহোং হোংখি। মপুং ফানা দেবী ওইরকখি। শেল-থুম মরাং কায়রক্লে—পান তণ্ডুনা য়োনবা হাহে মতেক বাদ কাপ্পবা মিৎচিন হাইফেৎ য়েংনবা—কষ্টমর পেন্নবা হোংনদা মাগী হ্রাখল খন্নবা মতম ফাওবা লৈরমদে। থাপ্পখ্রবনা—মচাশিংদু ফাওবা পংনীং নীংশিংলক্লে। মশামক মন্না লৈরবী মপামদা হল্লকপীনি কাওশিল্লক্লে। মাগা পুক্নীং চানরুবা কষ্টমর খরগা তত্তনা লোয়নবা খ্বাইনা উনরকখি। কনাওম্বনা থোৌরানী দেবীদা সিনেমা ফিলম য়েংলুসি, মোইরাং থাংজিং খুরুম্বা চৎলুসি হৌবস্থু কোঙাইনি। তত্তনা অস্থম হায়জিল্লক্লবদা খাওবা ঙমদহুনা য়াবস্থু ময়াওরকলে। নোং ফাদোকহু পান দুকান থিং-জিল্লগা লমফেল পাত্ত সিনেন য়েংবা চৎমিন্নখি। নোংমস্থু কার পূরক্লুনা লাই খুরুম্ব চৎলুই। আশাদি তৌরগা চৎমিন্নবা ফংহৌদবা থম্মোই চাহুনা লহৌবা ককাস্থু য়াওদবা নত্তে। থৌরানীদু পামজবা থৌরানীগী অখন্নবা মরক্তদি য়াওদবা খরগী বহ্লকপদগী থোৌরানীগী মরমদ নত্ত-নত্তবা শন্দোকপা হৌরকই। লোম্না ফোংনা হায়ন-রকই—"দেবীগী পান দুকান ঈরাং দুকাম্নি—ওক্তবীশিংগী তিন্নফম্নি। নচন নচা মাওজনি।" অদুবু দেবীগী পান দুকান্দা নহা ওইবগী

খর নোক খেবা নত্তনা কা-হেনবা অমত্তস্থ কনা অমত্তনা পৃথোকপা ঙমদে। মত্তুনা লৈকাই নহারোলশিংগী শাওবা হেনগৎনবা— কল্লকপা হেন্নবগী মরম ওইখি। মৈতৈশিংগী মরক্তা সিগুম্বা অমা তত্তনা হেক হেক েংনৈ-মতুদি তোল্লববু তুহৎপী অতুগা অহেনববু কল্লক য়েংখিবা। হোৎনভমন্না নুঙাইজরকপা হেনগৎচরকপা—করম্না ওইরকলিবনো খক খল্লুদে। মাগী অকব্বা উবা মশীং য়ামদে মীগী ফত্তবনা খর হেন্না উই।

মরুওইনা নুপানা ঙম্না পানবা মৈতৈ সমাজদা নুপীনা খর মনীং অমখৎলকপসি উবদা নুপাশিংগী মমিং নাই। দেবীবু কল্লকপা নুপাশিংগী মরক্তা মাগী থাইনরবা হান্নগী মরা—মাবু ময়ুমদগী তান্থোকপীরকপা—অপোকপা মচা মুনবীহৌরবা উমেশনা খর হেল্লি। থৌরানীনা খনখি-মচিন্দদি হায়দোক্তে—"করিগীনো নুপানা নুপীবু অশুক লাকচবিরিবা উশিৎপীদ্রবসিবু?" উমেশনা ঐবু অশুক কল্লক-ইবসিনা করিগীনো?

ময়ুমদা মনম্মা মচন্না মবুং মৌপ্বাদা কা হেন্না পাও অম-শিন্দুনা মবুং মৌপ্বা মাবু শাওবা হেনগৎলকই। মবুংনা নোংমা মঙোন্দা হায়—"দেবী নঙগী মরমদা মীনা ঙাঙনবা তাবা ঙমদ্রে। নঙগী পান তুকানসি তোক্লো।" মৌপ্বাস্থ অতুমঙাই—"ইচে নঙগীসি হাকমল্লে—নঙগী পান তুকানসি তোক্লো।" মমা মপানস্থ মচা নুপাশিংগী মীচঙ, চঙলম্মী। থৌরানীনা খুমখি—"ঐনা কা হেনবা করি তোৎখ্রবগে ঐবু কল্লকপা মীশিংনা হায়বা ব্রা লৌবীগনু।" মবুং মৌপ্বানা হায়খি—"অতু-অদা খঙদে—তোক্লো হায়রিসিনি।"

দেবীনা খুমখি - "শেল খর খরদং তাঙ্কবশি তোল্লবদি ঐদি করম্না হিংগনি ? মবুং মৌপ্না—মমা মপানা হায়খি "ঐখোয় লৈরিসিদি" থৌরানী—মবুক্তা খনখি—"ঐনা শেল হেক থোক্তবদা নখোয়না থিনা তৌবিগনি—হিংবা ওম্নবা পানবা ওম্নবা হোৎনজবনি।" অদুগা ফোংনা মমাদা হায়খি—"ইমা নওদি খওলিবনি ঐন শেল থোক্তি-ভৈদা মখোয়না করি তৌখি—ঐবু করম্না থম্বীখি।

মোংমা উমেশ মিরৎ-নারত্তা দেবীগী পান দুকান্দা লাকখি মখা চীক্লা হায়রম্বী—দেবী নও কাহেনমল্লেকো। দেবীগী অশাওবসু শরূক চামা হেনগংখি। উমেশনা হায়জিনরদগী লেকাইগী অহল-লমন লৈশা মৌগী মপা মমা মবুং মৌপ্না—মচানুপী মচে মচন লৈশা মৌশিংদা দেবীগী পান দুকান্দা চৎতনবা কন্না হোৎনখি—চৈখি - কিহনখি - অদুবু লৈশা কয়া মৌনহা কয়া তাঙ্গা হেক ফংবগা দেবীগী পান দুকান য়োরক্কবা লৈতে। দেবীগী পান দুকান মমাওদা পান লৈনবা পারেং লেপ্পা নোংমতসু নশিং হুন্তদে অহোইনদুম হেনগৎলকখি। মতু উবদা লৈকাইগী নহারোল পাখওশিং শাওবা হেনগৎলকই—দেবীগী খাইনথ্রবা মর উমেশনা অচাকপা মৈদা ঘী হৈবগুম অশাওবদু মৈরি থোকহল্লি - 'কল্লক খম্বনথ্রেদকো নওনা দেবীশিবু।"

দেবী কৈস্ন থোইনা নাচুংদে—মচীম্না, থোক্লা খুমই "মানা ঐবু থাকপীরবরা ? হিংননবা হোৎনজবসিদা অশুক কল্লকপীরিবা করিগীনো ? অদুবু লোম্না অমদি ফোংনা নাকোং অমদগী অমদা

মথং মথং শন্দোরক্লিবা "দেবীগী পান দুকান লৈরবদি লৈকাই মাঙ্বা তারে" হায়বা উমেশকী হায়জিনরানা হেঞ্জিল্লকুনা—সমাজগী ফননবা তেঁরিংনি খঞ্জবা নগারোল খর, আশাদি তৌজবা—অতুবু দেবীগী সার্কল মনুং চনবদি ঙমদ্রবা নঁংবা কায়রবা থংগা খরনা দুচিংদুনা দেবীগী অচেংবা য়েংদুনা লৈখি।

শিংলরী দেবী কনানদ্ম লাকচবা ঙমদে অতুবু মীওইবগী দথা তন্বা ঙমদে। মথং মথং অনৌ অনৌবা পোৎ হাপচিন্দুনা থৌরানীগী পান দুকান—মপুং ফারবা দুকান অমা ওইরক্লে। থম্বগা শিংখিবগা মান্নবনা থৌরানী শেন্দোং মতীক চানা ফংদুনা সনাগী লিক পরেং নায়ানবী, খুজি, খুদোপ শাদুনা শিবা ঙমজরে। নোংমা মাগী লৈজবা শেল, অতুদৈম্ন হেন্দোক্তুনা মরুপ মপাঙদগী শেল পুশিন্দুনা পোৎ মখল কয়া মন্থিকল্লুরগা মাগী দুকান্দা পৈশিল্লে; থেংলপ্পা দুকান ছো লোল্লগা—মযুমদা চঙখি। শেন্দোং মতীক চানা ফংলনি মখুত্তা শেল মরাও কায়রনি খন্দুনা হুঙাইবা ভাবকী দলান শাদুনা নিঙাইদনা তুমথখি। অয়ুক অঙনবা অমম অঙান শিন্নরকপা মতমদা অযুক হৱাচাবা চৎপা খরনা মৈ চাকপা উদুনা দুকান মৈ চাক্লে লাংমরকখি। দেবী অফিং-অফাই ওইনা হৌগত্তুনা চেপ্পোরকখি। উখি—মাগী দুকান তুম্না চাকখ্রে—উৎ ওইখ্রে। অশাওবগা লোইননা হুংশা মপি ফি-ফি কান্না তেংথাখি দেবী—

"মীগী মপাল তাংদনা হিংননবা উপাই থিদুনা হোৎনজবা ঐবু অশুক কল্লকপীরিবা করিগীনো? করিগীনো সমাজনা নহা

ওইরিবা মুপীবু নত্তবা মিংথৱেংনা য়েংবিরিবা ? করিগীনো মুপানা মুপীবু অশুক লাকচবিরিবা ? করিগীনো মুপীবু অশুক তোম্না হম্বনা য়েংবিরিবসিবু ?"

থোৱানী দেবী হৌজিক কদায়নো ?

উমেশ ! নঙ, মাবু উব্রাইমী।

মে ১৯৯০ ইং

# লুপা চনি অমসুং ছাটিন

ফেব্রুয়ারী থাদা মীখন তৌনি। মীখন নোটিশ থোকখ্রে। মীরেপ চে থাগৎনখ্রে। অচুম অরান য়েংল-তুংদা মীরেপ হন্দোক্লীংবা হন্দোক্লখ্রে। হৌজিক মীরেপ মরি লৈরি—মরি অসিগী মনুংদা অমা কোন্সিটিটুয়েন্সি অসিগী মীহুৎ ওইনা মনিপুরগী বিধান সভাদা থাগৎকদৌরিবনি। মরিসিগী, মনুংদা অহুম পার্টি কেন্দিডেটনি—মখোয়গী সিম্বোলদি মথংশিংনা খুবাক, চক্র একাগাড়ীনি। অমদি ইন্দিপেন্দেণ্টনি। মাগী সিম্বোলদি শামুনি।

মীখনগী ইরাং লানহৌ কনখৎলক্লি—শাবা হেনগৎলকলি। মফম কয়াদা কোন্সটিটুয়েন্সিগী কোচিন কোয়া য়োনা কেন্দিডেট খুদিংগী কেম্প লিংখৎনখ্রে। লৈরক কোন্সাং সরকারগী ছরক—মখোয় খুদিংগী ফেস্তুন ফিরান হোরদিংনা থল্লে। কেন্দিডেট খুদিংমক্কা প্রজাশিংদগী ভোৎ নিরি। ফেস্তুন খুদিংমক্তা অমদি হেণ্ডবিল, হোরদিং খুদিংমক্তা "মশা মশাদা ভোৎ পীবীয়ু" হায়না প্রজা ভোটর খুদীংমক্তা আপিল তৌরি। কেম্প খুদীংমক হয়িং খোই ওম্বগুম নহারোলনা থল্লে ফেস্তুন থেৎপা, ফিরান থেৎপা হেণ্ডবিল থেৎপা, ফক্লাংদা চেকপন্দা য়েকপা, থোঙ্গালদা য়ুমদা পামক্রেট থেৎপা খুরক হাঙ্দ্রে। অহিং হুংখিল কেম্প খুদীংদা কেরোম, তাস, ছত্রং, লুডু, শাগ্নবা নহারোলনা থল্লে।

কেন্দ্রিদেট খুদীংমক থবক চিল্লে। মীটিন কয়া মফম মফমদা তৌরি। ভোৎ নিরি প্রজাদগী। খোংনা য়ুমথোং খুদীং কেম্নপেন তৌনখ্রে। মশাদা নত্তনা মশা মশাগী লোইনবী মরুপ মপাং মচল মচে মনেম কাঙবু কাঙবু ভোৎ খোম্নরী। অয়ুক নুংথিলদগী নুংদাং য়ৌনরক্লে হায়নরকই—লুপা খাওস্ন য়াওরে ভোৎ খোম্বা। পাও তানরকই—কেন্দ্রিদেট অমগীদি ভোটর অমদা লুপা য়াংখৈতনি—অমগীনা চামনি। মিটিংদদি লাওরি—ভোৎতা শেল লৌবীগনু। অত্নবু কেম্প লিংখৎপা চাকচা হৈজানবা সিনেমা, ড্রামা য়েংবনচিংবা কয়াদা কেন্দ্রিদেট খুদীং খরচ তৌরা হেনগৎনরকই। ভোৎ থাদ-গদবা হুমিৎ নকশিল্লপগা লোয়নন্না ভোৎকা মমলস্ন হেনগৎলকই। অমগী পাও অমদা তম্বা—চংলু চংলুবা কেণ্ডিদেটকী মাচং ওইবা রাজনিটি লঙ্গোনবা কাঙবুগী শেন তানবগী পোয়নুনি।

কেন্দ্রিদেট খুদীংমক মাগী ম'গী অরোনবা পাও পুবা মী থাদোক্লতুনা অতোপ্পা কেন্দ্রিদেটনা করি তৌগ্নি—মতুগী পাও লৌনরি, থিংনবা উপাই লোখৎনরি। কেন্দ্রিদেট খুদীংগী য়ুমদা ম্নতিগী উৎসবনি। হৱাই লফু ইরোম্বা মথেলদি শেয়দ্রে। মরক মরক্তা ভাস্ন য়াওই। লফু ইংখোল ফন য়াম্না তুমশিল্লকলে। বার্ড মরি লৈবা কোন্স-টিটুয়েন্সি অসিদা বার্ড খুদিংগী দায়িত্ব লৌবা—মকোক থোংবশিং কেন্দ্রিদেট অতুগী মতেং পাংনরি। হেম্না হৈশিংবা কেন্দ্রিদেটনা অতোপ্পা লাম্বাশিংদগী বার্ডকী অতুংন্বা মকোক থোংবশিং ব্রেক মার্কেতা লৈবস্ন কোঙ্গাইনি। পাও তানৈ "ঐগী বার্ডকী ভোটর লিশিং মরিনি ভোটর লিশিং অতুমদা ভোটর অমমমদা লুপা ১০০/

চামা থুংখ্রে। ভোটর চাতংরৎ লোন্না পীত্রবস্নু ভোং লিশিং লিশিং অনি চহুমদি শোয়দ্রে ঐখোই কেন্দিদেটনা ফংবা।"

কেন্দিদেটকী য়ুমদা অয়ুক মুংথিল মুংদাং; মুপা মুপী, পাখঙ্, লৈশাবী, মৌনহা, অহল কয়া ঙরং ঙরং। শেন খায়বা শেন নিবা শেন মতেং পাংলবা কয়ানি। "চা-চা" অরাকপা মীপুম খুদীং চা অমদি শোয়দ্রে। কেন্দিদেট অমসুং মাগী লোইনবী ঙাইহাক্তা পোত্থাবা ফংজদে। লাইগী পূজা তৌবা, যজ্ঞ তৌবা, ব্রহ্মন পণ্ডিত— মৈতৈ মাইবা—লাইফাও পীবা মাইবী, নুপী নুপা মশীং থিঙমদনা লাকই। থাজবা কনাবু পূজা তৌহল্লী—পূজাতদা কেন্দিদেটকী খরচ ফনা য়াম্না ৱাংখ্রে।

মুংদাং ৱার্কর মীটিংদা পাও পুরকই—"শেন য়েন্নবা পিথিবা— য়াংখৈ য়েল্লু হায়রগা কুম্হ্রা অমা পীরম্মে। ভোটর অতুগীদি থুংলমদ্রে—মীগীদি চামা য়োরমলে।" অসিনচিংবা কয়ানি। কেন্দি-দেট মরু ওইবা ভোটর উনবা চংলি—কেম্প য়েংই—মুংথিল মুংদাং; লম্পাক, য়ুথ ক্লব, মাণ্ডবতা মিটিং তৌই ভাষন পীরি— "প্রজাগী মমল য়াম্নবা ভোৎ পীবীয়ু।" পব্লিসিটিগী কাঙবুনা মাইক পান্দুনা জিপ গাড়ী কোন্সটিটুয়েন্সিগী মফম পুম্বা থুংনা লাওরি মাগী মাগী কেন্দিদেটতা ভোৎ পীবিয়ু—"মমল য়াম্নবা ভোটকী সিল নম্বীয়ু—মিহুৎ ওইনা থাগংপীয়ু।"

মীরেপ ওইরিবা কেন্দিদেটকী মুংথিলগী অসিগুম্বা মীটিং অমা য়াওরুনবা বোকুল তোম্বা লৈকাইগী মাণ্ডব তম্না ৱারী শানা শানা লাকখি—

"লুপা চনিনিকো মখোয়গীদো?"

"মানি ছাটিন অমস্তু য়াওই।"

"অতোপ্পা অমতুগীদি?"

"মাগীদি থোইনা তাদে।"

"কয়ারক্তি লাক্লম্লে?"

"অনিরক অহুম্লক"

"লৌশিন হৌবস্তু ফৈদা"

"মতুবু চুম্বরনে?"

"লৌগদবনি মীনা পীজরকপবু"

"ইশানা য়ানিংদ্রবসিবু তৌগদরনে"

"নঙনা লৌদ্রবস্তু অতোপ্পা অমনদি লৌগনি—অতুগা নঙনা লৌদে হায়বসি কনানা থাজগদগে?"

"অতু ওইরবস্তু—পীরিবা মীতুনদি খঙইদনা লৌদে হায়বা।"

"অতোপ্পা অমগী লৌরবোই শোয়দনা খনগনি-কান্নদেদা মীনা দান তৌজরকপবু লৎনবা ফত্তেদা।"

"ভোৎকীদমক পৈশা লৌবা চুমদেদা"

"ঐদি তাঞ্জা চারিঙেদা হায়তুনা মরুপকী শেলতুম হন্দোক্লখ্রে। মখোয়না হয়েং কাখ্রগা ঐখোয়বু শকফাও খঙবীরোইদবদা—কান্নপোৎ নত্তে তাঞ্জা নাম্বোক্হন য়াপোৎ নত্তে।"

"ঙসি নিনি শুরে নোংশিগু শুকলেপ হেক লেপ্তেদা"

"ছাটিনস্তু নোংদদি য়াম্না কান্নবনি ভোৎ থাদফম য়োফাও নোংদি চোৎলোইদনা।"

লৈকাইগী মাগুব য়ৌরে। মাগুবতা মিটিংগীদমক লমদম অতুগী মী কয়ামরুম্ তিল্লে। ভাবক্কা মায়োক্লনা টেবল মচা অমা থারি— মতুগী মনাক্তা চৌকি অহুম থারি। টেবল মমাঙদা ফকশাং লিফক দরি কয়াগী তুংদা চৌকি পরেং পরেং। লৈকাইগী অহল লমন মৌ লৈশাবী পাখঙ অঙাং হনুবা হনুবী লোইনা ফম্বা য়াও লেপ্পা য়াও মহৈ মহৈ ব্রারী শাবা ব্রা ঙাংনবনা মাগুব অতু পূমনিল নিল্লে।

লৈকাইগী মচীন তোঙবা অহল বীহারী শর্ম্মনা সভাপতি ওইতুনা মীতিন হৌরে। শিল লাওলিবা ক্লবকী সেক্রেটারী ইমোচানা ময়াম্বু তারাম্না ওকচবগী ব্রা ঙাঙবা লোইরতুংদা কেন্দিদেট মথং মথং ব্রা ঙাঙনবা কৌখোরক্লে। অহানবদা ভারত জাতিয় কংগ্রেসকী মিহুৎ ওইনা থাগৎলিবা কেন্দিদেটনা ভারতকী নিংতম লান্দা কংগ্রেসনা তৌরকপা করম্না বৃটিশশিংবু তাম্থোক্নুনা খৃঃ ১৯৪৭ আগস্ট তাং ১৫দা নিংতম ফিরাল লাল কিলাদা পাইহনখিবা মহাত্মা গান্ধী পণ্ডিত জওহরলাল নেহরু ইন্দিরা গান্ধীনা ভারতকীদমক্তা তৌখিবা। মনীং তম্লবা ভারত্তা কংগ্রেসনা চহি ৪০ হেন্না পাল্লকপা, চহি মঙা মঙাগী থৌরাং পাইখতুনা ভারতপু পৃথিবীগী মনুংদা শিংথাবা য়াবা জাতি ওইহললকপা অমদি জাৎ ধর্ম্ম খায়দনা কংগ্রেসতনা অপুনবা ভারত থম্বা ঙমগনি—অসিগুম্বা অপুনবা ভারত অসিগী Main Streamদা মনিপুরস্তু য়াওগদবনি। কংগ্রেস শাসন মখাদা মনিপুরনা চাওখৎপগী লম্বীদা চঙ্ শিল্লকপা লম্বী থোং ফরকপা থরুবা ঈশিং মৈ মরাং কায়না ফংহল্লকপা অমসুং হেন্না ফহন্দুনা থবক ফংদবগী সমস্যা কোরুবা হোংনবা অসিনচিংবা কয়া পল্লতুনা—ভারত জাতীয়

কংগ্রেসকী খুবাক য়েকপা মার্কাদা ভোং পীবীয়ু অমম্তুং মহাকপু থাগৎপীয়ু খ্বাইগী সেবা ফংহনবীয়ু কংগ্রেসতনা মরা চেৎপা সরকার অমা থম্বা ঙমগনি হায়খি।

মথংদা জনতা দলগী মীরেপ কেন্দ্রিদেটনা চহি নিফু হেন্না কংগ্রেসন শাসন তৌরকপগী অশোইবা কয়া- মরুওইনা শেঙ্গা থুমজাগী হবক কা হেল্লকপা বোফোরগী রাথোক অমদি সবমেরিন লৈবগী রাথোক কয়া অমদি পোংচৈ চান-হক্লবা পোং মমল কা হেন্না হেনগৎলকপা অমদি থবক ফংদবা নহারোলগী মশীং হায়ঙমদনা হেনগৎলকপা লৌউশিংউবা প্রজাশিংগী ফিভম ফত্তবা নোংমা নোংমগী হেমগৎলকপা পুন্নমক অসিনা অহোংবা সরকার অমা দরকার লৈরে হায়খি। জনতাগী মেনিফেস্তোদা য়াওরিবা অচুম্বা অশেংবা শেঙ্গা থুমজা তৌদবা সরকার লীংনবা জনতাবু শৌগৎপা দরকারনি হায়খি। ভারত শিম্মুংনা লৈবা জনতা দলতনা অহোংবা সরকার পুরকপা ঙমগনি জাৎ ধর্ম্ম খায়দনা ভারতকী অপুনবা শক্তম থম্বা ঙমগনি। কংগ্রেসনা চহি নিফু হেন্না পাল্লবা ফাওবদা—মাঙদা উরিবা চংপা য়াদ্রবা লম্বী—থক্লবা ঈশিং তাদ্রবা তোতি কয়া নালা ফুঙ্গনদনা নোং খিত্তুং তাবদা ঈশিং থুম্বগী অরাবা নংলিবা মুংশা খিত্তুং শাবদা ঈকংগী দশা নংলিবা—থবক ফংদবশিংদা থবক পীবা ঙমদবা কয়া পন্দুনা মসি পুম্বা কোক্লবা জনতা সরকারনা তৌগনি। মনিপুরী লোনবু ৮ শুবা সেড্যুলদা চলহনবা আর্ম্ড ফোর্শেস স্পেসিয়েল পব্বার এক্ট লৌথোকপ্পচিংবা কয়া পাংথোকনি—অহোংবা সরকার দরকার লৈরে। চহি মঙাগী মম্নুংদা অমুক অমুক

ফংলিবা প্রজাগী মমল য়াম্লবা অধিকার অতু ফজন। শিজিন্নহুনা করম্বা সরকার শেমসিগে হায়বতু মুন্না খল্লগা ভোৎ থাদবীয়ু। অচুম্বা মোত্তবা সরকার তম্না শেমগৎপদা জনতা দলবু নুংশিবীতুনা চক্র য়েকপা মার্কাদা ভোৎকী সিল নম্বীতুনা থ্বাইগী সেবা ফংহনবীয়ু হায়খি। ময়াম খুবাক প্রোক প্রোক খুখি।

মনিপুর পীপলস পার্টিগী মিহুৎনা হায়খি। পীপলস পার্টি লম অসিগীনি। মনিপুরগী অরাং অপা মফম অসিগী মী নত্তনা দিল্লিদা লৈবনা থঙফম থোক্তে। মনিপুরগী চাওখৎনবা মফম অসিগী পার্টিনা হোৎনজবা মতেং পাংবীয়ু। চহি নিফু কংগ্রেস শাসন্না মান্নবা সমাজ পুরকপা ঙমদ্রে—লাইর তন' নোংমা নোংমা হেন-গৎলক্লি—মনিপুরনা ভারতকী মনুংদা থ্বাইদগী হেন্না শোখবা লৈবাক ওইরি। মসি কোকহন্দুনা ভারতকী মনুংদা মনিপুরনা মকোক ওইবা লৈবাক ওইহনবসি ইরমদম অসিগী পার্টি পীপলস পার্টিতনা ঙমফম থোকই। নিপানশুবা সেতুলদ। মনিপুরী লোন য়াওহনবা, আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পাওরার এক্ট লোৎথোকপা, থবক ফংদবগী সমস্যা কেৎকহনবা পুন্নমকসি পাংথোক্নবা পীপলস পার্টিগী একাগাড়ী য়েকপা মার্কাদা ভোৎকী সিল নম্বীতুনা থ্বাইগী সেবা ফংহনবীয়ু হায়খি। ময়ামন্থু খুবাক প্রোক-প্রোক খুখি।

মথংদা ইন্দিপেন্দেন্ট মীরেপস্নু—লমদম অসিগী চাওখৎনবা কান্নবা থবক কয়া তৌবদ' পাখোল্লোই ওইনা শিজিন্নবীয়ু মাগী শামু য়েকপা মার্কাদা ভোৎকী সিল নম্বীতুনা থ্বাইগী সেবা ফংহনবীয়ু হায়খি। ময়াম খুবাক খুখি।

মথং মথং বক্তা মরি মণ্ডারোল্লা ভাষন পীরবা তূংদা শ্রীবোকুল হৌগত্তুনা ভাষন পীখি। মহাক্না হায়খি—"দিমোক্রেসি চৎপা লৈবাক অসিদা প্রজাগী মিহুৎনা শাসন চলাইবা লৈবাক অসিগী প্রজাশিংগী অফ মুঙাই চাওখৎনবগীদমক্তনি। চহি মঙা মঙাগী মন্নুংদা মীখন তৌদুনা প্রজাগী মিহুৎ খনবগী মমল য়াম্লবা অধিকার অসি প্রজা ভোটর খুদীংমক্না য়াম্না রাখল তৌনা শিজিন্নবীগদবনি। প্রজা ভোটরশিংনা অসিগুম্বা রাইট অসি নিয়ম চূন্না মীচং মীথায় নাইদনা ঐখোয়না করম্বা সরকার ত্তমা শেমগদগে হায়বসি খল্লগা অপাম্বা মফমদা মীগী থৌইনশিন য়াওদনা শীজিন্নবীয়ু! ঐখোয়না তারে অচুম চুমদদি খঙদে, কেন্দিদেট খরনা ভোটর প্রজাশিংদা ভোৎ অমগীদমক লুপা ৫০ চামা চনি ফাওবা য়েল্লে হায়না। ঐখোয়না আপিল তৌজরি কেন্দিদেটশিংনা অসিগুম্বা শেন্না লৈবগী রাখল থাদোকপীয়ু, অথিংবা লৈতনা ফজনা নাগরিকশিংনা মাগী মাগী অধিকার অহু শিজিন্নহনবীয়ু অহুগা ভোটর প্রজাশিংস্থ মখোয়গী মমল য়াম্লবা অধিকার অসি শিজিন্নদুনা অপাম্বা সরকার শেম্বগী চহি মঙাগী মন্নুংদা অমুক্তং ফংবা খুদোংচাবসি মমল লৌদুনা য়োনবীনু। লুপা মঙা তরা চাম চনি শিত্তুনা অসিগুম্বা অধিকার য়োম্হোকপীনু। ভোটরশিংনা রাখল মুম্না খল্লগা করম্বা মখলগী সরকার পাম্বগে হায়বদু য়েংদুনা ভোৎকী সিজ নমগদবনি। ভোৎ অমগী মমল য়ামখ্রবনি মীরাইবা য়াবা নত্তে। কেন্দিদেট খুদীংমক্না ভোৎ অমত্তং ফংননবা অরৈবা উপাই শিজন্নরক্নি থেমদুনা নৌদুনা হায়জদুনা শেন পীদুনা কিহন্দুনা চৈদুনা—যেসা উপাই তৌদুনা

ফংলনবা হোৎনরকনি—মতু পুন্নমক খাওদুনা মুন্না খল্লগা ভোৎ পীবীয়ু ভোৎ য়োনবীগনু। ঐখোয়না লেপ্লিবা মীরেপ খুদীংমক মশক খণ্ডলে। কংগ্রেসগী চহি নিফুগী শাসনসু উরে। করম্বা কেন্দিদেটনা লমদম অসিগী খর হেন্না ফনবা তৌরকদগে হায়রতু মুন্না খল্লগা ভোৎ থাদবীয়ু। কেন্দিদেটশিংনা ভোৎ লৈবীনু—ভোটরশিংনা ভোৎ য়োনবীগনু।

ঐখোয়না অসিমসু খণ্ডই—মতুদি হৌখিবা কংগ্রেসকী চহি নিফুগী শাসন অসিদা মীখন মরি মঙারক তৌখ্রে। মীখন অসিদা চৎনবী ওইনা কেন্দিদেটশিংনা নহারোল কয়া শিজিন্নে—হৌজিকসু শিজিন্নরী কেম্প হাংবা, কেম্পেন চৎপা পব্লিসিটি চৎপা অসিনচিংবা হিরম কয়াদা। মসিদা নহারোলদা শেল পীবতা নত্তনা চান-থক্নবা পীবতা নত্তনা য়ু য়েন্দুনা অহিং নম্বর ফোর ফাওবা য়েন্দুনা নহারোলশিংবু শিজিন্নরে হায়বা তায়। মসিনা থৎন-চৈনবা থোকপা অমদি জাতি অমগী নহারোল জেনেরেসন অমা মাঙনবগী মরম ওইগনি। ঐখোয়না কেন্দিদেটশিংদা আপিল তৌজরি সমাজবু মকু ফংনা মাঙহনবা য়াবা চিঙ্গাক, য়ু অফিং নম্বর ফোরনচিংবা নহারোলদা ফংহনবীগনু। অদুগা নহারোলশিংনসু অসিগুম্বা লৈবাক মাঙনবগী মশক ওইরবা চিঙ্গাক হিদাকশিংসি শিজিন্নবীগনু। অতুগা ঐখোয়না সিমসু আপিল তৌজরি মতুদি ভোটরগী গার্দিয়ানশিংনা মচা মশু নহারোল ভোৎকী কেম্পতা লৈবা অমদি অতৈ অতৈদা থুবক নোমজিবশিং শিঙুম্বশিংদগী নাম্হোক্নবা য়িংথোং চংবীয়ু—মচা মশুবু কুপ্পা শেন্নবীয়ু—মরম্নদি সিগুম্বা হিদাক শিজিন্নবনা

মনিপুর জাতি মাঙনবা মরম ওইগনি, অরোইবদা অমুক হন্না ঐখোয়না ভোটকী প্রজাশিংদা হায়জরি মখোয়গী ভোং থাদবগী অধিকার অদু মাঙহনবীনু অপাম্বা মীদা ভোং পীবীয়ু অমসুং শেল লৌদুনা ভোং য়োনবীগনু। ময়াম খুবাক প্রোক প্রোক খুখি। সভাপতিগী ভাষন লোইরগা মিটিং লোইশিনখি। লৈকাইগী নহা অহল কয়ানা শ্রীবোকুলবু য়াম্না থাগৎনখি।

অঙৎইবমক্তী শ্রীবোকুল রাজনিতিদা থহাই লুপচবা— অচুম্বা রাজনিতি পামজবা মীওই অমনি। স্কুল তম্লিঙৈ চহি ১৪।১৫ শুবদগী হৌনা মীখন খুদীংমক্তা চরা হেক হেনবমখৈ ম।না পাম্বা কেন্দি-দেটকী মনাক্তা লৈদুনা ভোংকী থবক য়াঙরক্কবা নুপানি। মহাক হৌজিক চহি ৪০ হেল্লক্লে মচা মরি শুরক্লে অসি ফাওবা ময়ুমগী মতু মচাগী শেংন চানবা তানবা মচাগী লাইরিক লাইশু তম্নবা হোং-নবনচিংবা করিমত্তা তৌদনা রাজনিতিগী থবক্তা কোয়চেন চেন্দুনা ময়ুমদা হঙিনফম খঙদনা লৈরক্নী। মাগী নুপী পুকফবী অতুনা ইমুং মনুং চান-থক্ক শেংন-ইন্না মচা মহৈ মশিং তম্নবা খোং খোংপা তৌরকলিবনি। মহাক্না কোইখৈ কোয়রক্লগা ময়ুমদা হল্লকপদা চাক চাকলুক অমা লেঙদনা লৈরম্মী। অতুনা মাগী নুপী অঙাংগী মরমদা শুকখন খনদবা নুপানি – রাজনিতিদা লুপচবনি। হোটেলদা লম্বীদা থেংনবা মরূপ মপাং কয়াগা মরৈ য়েংনৈ—শাওনৈ খুং থোক্লগে ফাওবা তৌই। য়ুম পানবা ঙম্নবা হোৎনবা মচা ময়ামতু শেম্নবদা মশাগীদমক করিমত্তা চেকশিন্দবদগী বোকুলগী নুপী অতু মশা শাথিনা শোকলে—থবক ইমথাং নেংম্বা ইঙম ওমলক্লে।

মাগী রাফম্দা মী ময়াম্না খুবাক খুখিবা থাগৎখিবত্থু নীংশিংত্নুনা পুক্লিং মুণ্ডাইনা নোক্মি নোক্মি মিটিং য়াওরুরগা ময়ুম্দা হল্লক্পদা— মাগী মুপী অত্থু মুমিং নিনি চরা হেল্লত্নুনা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরম্মী। পীক্লীবা মচা অত্থুমত্থু—"চাক্ লাম্মে ইমা, চাক্ পীরো" হায়ত্নুনা মমাদা নিঙাই তৌরম্মী—খর চাওবা মচা অহন্দু লৈবাক্তা ওন্দুনা ভুমত্নুনা লৈরম্মী। শ্রীবোকুল মহৌশাগুম ময়েক য়াওদবা ঈশৈ ঙংত্নুনা চঙলকপদা তৌরম্লিবত্থু উবদা পুম্ঙক ঙকখ্রে। মহাক হল্লকপা উবদা মাগী মুপীত্থু ঙমদ ঙমদ হোৌগৎলক্ল—হায়রম্মী— "ইশা কয়া ঙমদত্নুনা থবক শুবা চখোক্তবা মুমিং নিনি শুরে। য়ুমদা হনবীরক্তবস্থু নিনি শুরেদো, থবক শুবা চত্রবনিনা চেং-চাক লৈনবা শেল পাই অমা ফাও খুত্তা পায়দ্রে ; পুক্ম—লাকফমস্থু খঙদে। শোৎপস্থ মীনা পীনিংদে। অঙাংশিং ঙসি পুরা চরা হেল্লবনি, উপায় অমতং তৌত্নুনা অঙাংশিংসি ঙসিদংদি চরা হেন্দনবা—চেং চাক খরদংদদি থিবীরুচো।

মাগী মুপীনা ঙমদ ঙমদ মতেক মতেক হায়রকপা—মবুক লাম্বনা কপলিবা অঙাংশিং উরবা—অমনা মাস্থু মুংথিলচুপ্পা মিটিং য়াওরুবগী চরী তৎলবা পুম্নমক থল্লগা—করি তৌসিগে লেপ্পা ঙমদনা চমম্না ঙাইহাক রাখল তৌরম্মী ; মমৈদা হংলকই—"ঙাইখো— কোম্নুংস্নাখোইগী য়ুমত্থু করম্বনো ?" মাগী মুপীনা খুম্লকই—তোমাল পাম্বী হৌরিত্থু মখোইগী কোম্হোংনি--

"ঐ কোম্নুংস্না অমুক্তা উনক্লখিগে—"

থিন্দনা বোকুল পরপ পরপ চৎখ্রে নোং থিংলি থিংলি তাব্রি। ঙাংহাক লৈরগা চেং হব্রাই থাও থুম পুম্বা য়াওবা থাও অমগা খুত্তা য়ৌ অত্তেকপা অমা পায়দুনা ছাত্তিন অহনবা অমা তুপ্তুনা মংমদা হল্লকখি।

ফুরিংখাওদা য়াওরিবা হল্লকপা পৈশাহু থিহুনা য়েংবদা লুপা ১২০ খক শুরম্মী। মাহু মাগী নুপীদা পীন পীন হায়রম্মী—"লুপা ৮০ তনি খরচ তৌখিবা।" লুহোংবা মতুংদা মানা ইহান্ হেক হান্না তাঙবা শেলনি মহু।

জুলাই ১৯৯০ ইং

# কারগী ফ্রন্ট সিট

কারগী ফ্রন্ট সিটতা মাগা ঐগা ফমিন্নত্না ময়াম মমাঙ্দা লেম্নত্না নোংমতং কোয়মিন্নবা চৎমিন্নবা ঐগী ৱাশক্নী। ঐনা আশা তৌরুই ঐগী নাক্তা মহাক কারগী ফ্রন্ট সিটতা—মীনা য়েংলকপদা উগনি মা ঐ থংননা ফম্মিন্নবা, মাগা নরুরুবা ফম্মিন্নরুবা মতমদা অৱাজনা হকচাংসি ফুং-ফুং—গুলাপ মচু মায়দা উবদা লৈকাই লৈশা পুম্বনা লঙ্নরকনি—"ফজেদা তা খোম্মে।"

নহান পিকনিক চৎপা হুমিত্তা সনাহল লোকচাও পাওৱার হাওসকী লোক্কী ঈশিং থম্ফম রিজার্ভর মনাক্তা ঐখোয় ময়াম ৱা ৱা নোক চাক থোং থাক লোইরগা চানা চানা ৱারী শাবদা তোম্বা যুগীন অনিনা হায়খিবদো—"ভাই খোম্মে নঙ্না উরুপ তোম্বী কোয়রী মুংশিনৈ হায়রিবত্-কমদৌরি জাৎনো নোংমতম্সু নঙ্গী কারগী ফ্রন্ট সিটতা ফম্মিন্নত্না সিনেমা, ড্রামা য়েংবা চৎমিন্নবম্সু উদে।"

মখোই অতৈম্সু মখোইনিগী মতেং য়ৌ য়ৌ। ঐঙোন্দা লঙ্নরকই—"খোম্মে নঙ্না মাবু ফ্রন্ট সিটতা ফমহনবা ঙমপোৎতেদা।"

মীনা চেলেঞ্জ তৌরক্লবদি হল্লোই হায়না লৈরিবনি ঐম্সু। মখোই ময়াম্না অত্থম্না চেলেঞ্জ তৌরকপত্নদা ঐম্সু শাওনিংবা ইকাইবা মুংঙাইতবা পুল্লপ পূম্না খঙ্হাই হায়দোকখি—"নোংমদি শোইদনা উনিদা—নখোয়গী নমাঙদা লেম্না লেম্না চৎমিন্ন—ফম্মিন্ননি কারগী ফ্রন্ট সিটতা।"

ঐহাক্না মাবু সিনেম য়েংলুসি দ্রামা য়েংলুসি হায়না হাম্লনা কয়ারক হৌরুরবনি। অদুবু "য়ুম থাদোকপা য়াদে" করিগুম্বা কান্দা ইকাইজে হায়দুনা চৎলুসি য়েংলুসি শুকয়া য়াদে।

মানা ঐবু নুংশিদ্রবরা হায়বস্মু ঐনা করিগুম্বা মখোয়দা নুমিৎ নিনি হুমনি চৎলুদ্রবদি—ইচে মচা থারক্তুনা নত্রগা মৌপা থারদুনা হেক্তা কৌরে। ঐবু হেক উবদা "করিগী লাক্লিনো? ঐবু শাওবরা? হেক্তা হংই। মদু হেক হায়রকপদা অমদি মাবু হেক উবমক্তদা ঐনা শাওরম্বা ওইনরম্বা পুম্বা লোইনা হেক্তা মাওথি। অওইবমক্কী মাগী মশাক হেক উবমক্তদা ঐসি পুংগুম হেক শুম্মাতুনা ঐনা ভসাইমখৈ থল্লকপা "ঐগা করিগী চৎমিন্ননিংদ্রিবনো" হংগে—অশাওবা থওহনগে নীংলকপা পুম্বদু লোইনা মাওথি—ঐস্মু নোকমি নোকমি অা থবক চিনবননি ককা হায়জিন্দুনা অদুম তোকলে। ভদুগা ময়ুমদবু চৎলুরবদি—চাবু পীথকপনে, বোরা শিঞ্জু যেশা অরৈবা পিজদবা লৈতে। পুং কয়া চুপ্পা অদুম মনাক্তা ফমদুনা রারা কয়া শাই। অদুবু লম্নাই ওইবা ঐনা হায়নংবা মাগা ঐগা ঐখোয় অনিগী মরমদি—মানস্মু হৌদোক্তে ঐনস্মু হায়রুবা ওমদে। শন্না হায়রবদা ইচম চম্বা রা ঐনা য়াম্নদি হায়জনীংবা মাবু থওহন্নংবা 'নওবু ঐনা ওম্থোক্না নুংশিজে" হায়বসি মঙোন্দা ওনশিন্দুনা অমুক্তং ফাওবা হায়বা শুককওম ওমদে। অদুম ওইনমক—মাগী মিংয়েং নায়েং রাঙাং শাঙাংনা মানা ঐবু নুংশিদে হায়বসিদি ঐনা থল্লুবা শুকওম হেক ওমদে।

লোকচাওগী পিক্লাক্বী তুংদা ইমান্নবশিংদা ঐনা ব্রাশকখিবত্থ নীংশিংত্থ'না ঐনা মখোয়দা চৎপা খুদীংদা ইকাই-ইকি-ব্রাংমা লাল্লা মরি মওারক মওোন্দা হায়রম্মী—"মোগলে আজম, তৌরে য়েং-মিন্নরুসি কার পুরক্কে। ঐনা হম্না হম্না হায়রবত্থা—হায়রকই "ইমাদা অম্মুক্তা হংখিগে?"

উচিন নাচিন্না মমাগী পার্মিশন ফংলদুনা মৌপা মনাওন্নুপী মনেগা লোয়ননা চৎপা তারে। হোলদা চত্তুনা এদভান্স বুকীং তৌরুরে—হংচিংকা হুংখিল সোগী টিকেট লৌরুরে। পুক্লীং মুডাই ব্রাখল মকা লাম্না ঐগী ব্রাশক থুংলনি মখোয় মমাওদা লেম্ননি থম্না হরাও হরাও নুমিত্তু য়ুমদা হল্লকখি। লম্বাদা য়ুগোল থেংনৈ—মওোন্দা হায়খি—"হংচিং সিনেমা য়েংনি মাস্থ য়াওনি। হোলদা ঙাইরম্মু। মখোয় অত্তেস্থ হায়খো।"

য়ুম হেক য়োবগা ইমানা হায়রকই—"নখোয় সাহেকী পিওন লাক্লম্মী থুনা লাক্তবা য়াদে হায়রম্মী।" থিন্দনা সাহেবকী বাঙ্গলা য়োরে—সাহেবনা হায়রকই—"খোম্মে, চত্তবা য়াদবা অথুবা থবক অমগী হয়েং তমেংলোং য়েদবা য়াদ্রে, গাড়ী চেক তৌ—থাও-মুং হাপ্চিল্লু। হয়েং অয়ুক পুং ৭ তাবদা ঐখোয় ইম্ফাল থাদোকদবনি।" নোং মংদ - অথাক-অরাও তারে—ঐগী আশা ভম্ম।

হৌজিক লৈরিবা আশাগী পীক্লবা মওাল অমত্তং হায়ববু হয়েং লৈহেন্নবা হল্লকপা নত্রগা হংচিং অয়ুক অওনবদা হল্লক্লবদি মুংখিল পুং মরি মথাইগী সোনি নংবা য়াই। অত্থবু তমেংলোং চৎলগা থুনা হল্লকনি হায়বসি তম্বা ওম্বা রা নত্তে। সাহেবতা

ঐ লৈহৌগে হায়বস্থ য়াবা নত্তে—ঐনা থৌদ্রবদি মাগী গাড়ী কনানা থৌগনি। "বুদ্ধি চমমনৈ ঐবু নারে হায়রসিরা ?"

ম্নংনাংলব পুক্নীং ঐবু ওন্থোকন হৈনহন্দ্রেদা। লায়র্বা চাকরীগী পুন্সি নডনা ঐনা পামজবা- অাশ ৎৌজবা অমত্তা থুন্হন্দ্রেকো। মীথা পোনবা র্রায়কো। খন্না খন্না চত্তবদি য়দবনিন গাড়ী চেক তৌরে। অহনবা জিপসিনা থোইনা শেম্নাংঙাই কৈস্থ লৈতে। মথংগী অয়ুক অঙনবদ শেৎন চানা ফংরেল ভুম্ননবা বেদীংরোল হাপ্তুনা গাড়ীনা তমেংলোং মায়গৈ পাংলে। লম্বীদা যুগোলদা টিকেটশিংছু শিন্নরম্মে ঐন কবিগুম্না নংদ্রবদি মখোয়গা খর চৎমিন্নরম্মু।"

অহুক পুং ৭ তগী লাকপনা হুমিৎ হুংবা মতুং পুং অমবোম তাবদা তমেংলোং য়ৌরে। চাক ইশিং চার থক্ক ভুংদা সাহেব এস ডি ও আফিস চৎখ্রে। ঐদি কমদোবা ? ঐহাক গাড়ী চামথোক চামশিন ক্রু অকোম অরাক লৈশিন থোচিন তৌতুনা পুং অহুমলোম তাবা ফাও থবক নোম্নগা গাড়ীদা ফম্না ফম্না মাগী র্রাখল খন্ন-খন্না ঙাইহাক উইকুরে। পুং মঙারোম তারফাও সাহেব অফিসতগী হল্লক্কে—লৈহেন্নবগী আশা লৈত্রে। ঐহাক হৌজিক কৈস্থ তৌনিঙাই লৈতে মাগী র্রাখল খনবা নত্তনা।

ঐহাক করি তৌনি—তৌফম খঙদনা ঙাহৌ পেংহৌ অদ মান্দে—অস্তুম তপ্না তপ্না মাগী র্রাখল খন্না খন্না কোয়চৎ চৎলম্মী। থিন্দনা লেংলোংগী এস ডি ও উইলিয়ম্মা শারম্বা লায়াং চীংথক্কো লৈরিবা বাঙ্গলা হৌজিক তমেংলোং জিলাগী ডিঃ সিঃ সাহেবকী

বাঙ্গলা ওইরিত্নগী নোংচুপ্তা লৈরিবা এস ডি ও য়ং সাহেবকী কবর লাপ্তোক্তুনা মখারোমদা খর চৎলগা উ রা কয়া হৌদবা অরাংবা চীং নাপোম অমা য়োরে। মকম অত্নদা ককৎথ্রবা উ অমগী উক্রাংথক্তা যম্মতুনা মায় নোংচুপ ওন্দুনা মাগী রাখল খন্ন-খন্না মনিপূরগী ফজবা লায়াং চীংথকসিদগী য়েংলম্মী।

রাখলনা ইনাক্ত মহক ফমলি মাল্লে খল্লি। নুমিং তারমদাই নুংদাংরাই য়েরক্তে। তংগম তৌই—"য়েংঙো: ইম্ফালদদি নুমিৎসি নোংচুপ চীংগী মরুমদা তাখি, লৈথগি—সিদদি কমদৌবা?" নুংশিৎনা উনারক মোংশোংলক্তা শিংপগী খোজেলগা লোয়ননা মহাক্লা হায়রকপ্রা?

অওইবনি—তমেংলোং চীংথক লায়াংগী চীং নাপোমসিদগী নোংচুপলোমদা য়েংখিবদা অরাংবা চীংদোন অমুক লৈত্রে—থাপ্পা তাম্না লৈচিল নোংফাইনা কূপ্লবা পাক্লবা জিরি তম্পাক উরি। নুমিৎনা পাক্ল তাম্ল তম্পাক্ত তাখিবা উরুবদা নীংশিংলকখি—"রোমকুন্দা শিকার" হায়বা লাইরিক্কী "অথুই লম্বী খেবুচীং" কৌবা রারাদা থারিবা তমেংলোংগী নুমিৎ তাবগী শক্রুমত্নু।

লৈচিল নোংফাইনা কূপ্লবা পাক্লবা তাম্নবা জিরি তম্পাক মিৎয়েংদদি পাক্লবা ঈশিং ঈপাক্লম উরি! তাথরক্লিবা নুমিং অত্নু অপাবা লৈচিল নোংফাইরক্লা মশাগী অরংবা মঙাল অত্নু অপাবা লৈচিলনা কূপখিত্নুনা ঙাংশং ঙাওবা অচৌবা মতুম তাবা বোল অমা ঈশিং ঈপাক মথক্তা ঙাওবগুম উরি।

ইম্ফালদদি নুমিৎ তারমদাইদা নুমিৎসে চীংয়া খেন্দোং লাংই। হায়বদি তাথরকপা মতমদা নোংচুপ চীংগী চীংদোনথক্তা ঙাইহাক্তং লেপকুম ফমগুম তৌরম্লগা চীংগী মরুমদা হুৎ লৈথখি' মিৎয়েং কারন লানখি অদুগা পাক্লবা রাংলবা অতিয়াদা অরংবা মঙাল মরী মরী শন্দোরকই—মথং মথং অরংবা মঙালশিংদো ঙাঙ্গানবা নোংজাবী ওইরকই। অদুদগী তপ্না তপ্না মমশিল্লক্লুনা য়াচংবা ওইরকই।

অদুবু লায়াং থক্তা উরিবা নুমিৎ তাবগী দৃশ্যদি ঙক্লা ফজে—ইম্ফালদা নুমিৎ তাবগা য়াম্না খেন্নে। মফম অসিদদি নুমিৎ অসে পাক্লবা ঈশিং ঈপাকথক্তা ঙাংলবা চাওরবা বোল মতুম অমা ওইনা তাউরি। ঙাংশঙ ঙাঙলবা বোল মতুম অসি ঈশিং মনুংদা তপ্না তপ্না উনা উনা অস্নুম অস্নুম লুপথখি মথং মথং অঙাংবা বোল মতুম অদু তংখাইতা উরকই—অদুদগী মথক থংবা শরুক অদুতং অঙাংবা বেরেট টুপী অমংম উরকই—অদুদগী মদু য়েংন-য়েংনা অঙাংবা বিন্দু ওনখি-মথংদা লুপখি, মিৎয়েং কারন লানখি। নুমিৎতি তাপ্রে অদুবু লংলবা মরি মরি নাইবা মঙাল খর নোংচুপ অতিয়াদা রাংনা লৈহেৎরি—মদুস্নু য়েংন-য়েংনা মিকুপমক্তং ঙাঙানবা শক্তম লৌরম্লগ অনম্বনা কুপশিল্লকই। কয়াদা ফজখ্রবা নুমিৎ তাবগী শক্তমনো! হাইনা শীংথাবা ঙম্বা নত্তে। মিৎনা উরগতা খঙগাদবনি মসিগী ফজবা। মহাক য়াওরম্লবদি অমুক্তা হেন্না ফজরমগনি।

লায়াংথক্কী নুমিৎ তাবগী দৃশ্য উরুরগা নীংশিংলকখি—চহি অনিগী মমাঙদা সাহেবনা মাগী ইমুং মনুংগা লোয়ননা ঐস্নু য়াওনা

লিভ ত্রেভেল শেম্নং ফংহুনা ভারত দর্শন খোঁঙচত্তা মাউন্ট আবু য়োক্লই। মফম অহুদা লৈবা অরাকপা লমকোইবা মী পূম্বনা য়োনদবা লৈত্তবা আবু চীংদোনগী মুমিং তাবা য়েংফম (সন সেট পোইন্ট) ঐখোয়স্মু য়োরুই য়েংলুই মফমহুদা মুমিং তাবগী শক্তম অহুবু তমেংলোংগীসি উরুরবদি আবু চীংদোনগীহুদি করিস্মু লৈত্তবনি। শেমগৎপীবা ৱাৎপনা শন্দোক্তবনা অশুক ফজখ্রবা তমেংলোংদা লৈবা লায়াংগী মুমিং তাবগী শক্তম য়েংফম অসি চীংলক নারক উরক মোংশোংলক্না খঙবীনবা লৈতনা লোত্তুনা লৈরিকো। মমাল্লবী আবু চীংদোনগীদি পৃথ্বি শীম্নংনা ফাওখ্রে—মমিং চৎখ্রে—শেম শাবীবা হৈবনা।

মুমিং তাখ্রে, মমশিল্লক্লে। হন্না য়েংথোকখিবদা অহাঙবা অমম্বা নত্তনা করিস্মু লৈরমদ্রে। ঐগী থম্মোইস্মু হাঙলে হামচৎনরে। তপ্না তপ্না ডাক বাঙ্গলাদা হল্লক্লমই। সাহেবস্মু আফিসতগী হল্লক্তুনা চাক ঈশিং চানরে। থুনা ইম্ফাল চৎনীংবনা লাওতরুহুনা ঐনা হংখি—"সাহেব ঐখোয় মঙ্গলার্তিগী অহুৱাইদৈ ইম্ফাল চৎনবা ···· •••?

ৱা লোইশিম্রিবৈঙে সাহেবনা খুম্লকই—"খোম্মৈ ঐস্মু ওন্তা চৎনীংবনি অহুবু থবক ওসি লোইশিনবা ওমদ্রে। হয়েং পুং ১০ দা অফিস কারগা থবক লোইশিনসি হায়নখি। থেঙলবদা মুমিং য়ুংবা মতুং পুং অমরোম তাবা অহুৱাইদদি ঐখোয় তমেংলোং থাদোকপা য়াগনি।"

ঐগী আশা— মাগা লোইনন। সিনেমা য়েংবা—ঐগা মাগা কারগী ফ্রন্ট সিটতা ফম্মিন্নবা মনি শামলে। থরাই হাইফেৎ নুঙাইতে। অহিংদুমা লোল্লে - নেং ঙল্লে। আশাদি তোকপা লৈতে—খল্লি পূং অমা তাবদগী থিত্তং ঙনথৎনা চৎলবদি তাঞ্জা য়েংবা য়াবি। অওইবমকম্সু উটিন নান্নিা পুং ১১ রোম তাবদা থবক লোইবত্নুা সাহেব হল্লক্লে। পুং ১১-৩০ রোম তাবদা ঐখোয় তামংলোং খাদোকলে।

ইম্ফাল থুনা য়ৌর্নবনা য়ারবদি পাইনিংলবা ঐনা গাড়ীসি ইম্ফাল তামংলোং চীং লইদা পাইখে থৌরকই। সাহেবনা "কনমল্লে থর তপথো" হায়না তত্তনা খান্না খান্না ঐনা লৈজবী থাত্নুা থৌরকপনা নুংথিল পুং ২ হেল্লকপদা কাংপোকী লাম্হো-রক্নুা পুং ৩ তারনদাইদা কংলাতোংবী য়ৌরে। রাখল খিত্তং নুঙাই লুম্বু লুম্বু শাই—পুংখাইমুক্তা মনুংদা ইম্ফাল য়ৌরনি কন্না থৌরকই। অত্তুব সেকমাই হেক হেন্দোরকপা কৈদিংগা য়ৌরমদাইদা হঙাইদন গাড়ীগী মনীং চাকা অমা নুংশিৎ তারকই। গাড়ী থৌবা য়াদ্রে। তঙাই ফদনা গাড়ী খামলে কুমথরে — জগনচিংবা লোখোত্নুন, অহেনবা টায়ার অমা য়াওরিবত্নু শিজিন্নবা তৌরে। উপাই লৈতে গাড়ী রালা—লূবা হেনবা য়াবা নাত্তে। থাওবি থরদি খুত্তা নত্তেরে তায়ার শিন্না লোইবদা পুং মরি মথাই তাখ্রে। সিনেমা হৌরম্লনি—ঐগী আশা ঈশিংনা চোৎলে। নিরাশা হাইফেৎ ওইন থৌরকপনা ইম্ফাল য়ৌবদা পুং মঙা মথাই তাখ্রে। ঙসি মাগা চৎমিন্নবা—সিনেমা য়েংবা ফ্রন্ট সিটতা ফম্মিন্নবা ময়ামদা লেন্নবগী আশা পুরা ভয়—লোইনা মাঙখ্রে।

য়ুম য়োরে। ঈক মাইথজদ্বুনা লৈরিডৈ পুং ৭ লোম তাবদা যুগোল লাক্তুনা তমলে "সিনেমা মুঙাইখ্রে— মানা হংলকই নহাক তমেংলোংদগী কৈদোউডে লাক্কনি।" মতু হেক তাবদা ঐহাক ফিরোন অশুবা তনশেৎ শেত্তুনা পুং তরেৎ মখাইরোম তাবদা তমেংলোংদগী লৈরকপা উয়েন খর পুহুনা মখোই য়োরে। ব্রারী ব্রাতাই ঙাইহাক শাবে মানা হায়খি "ফিলম য়াম্না নুঙাই তাখোমৈ য়াওদবা মুঙাইতে।" কমদি তৌনি, লাইবক্না অদবনি নোংমা অমুক য়েংমিন্ননিদনা" ঐনা খুমখি।

মতা সিদা মখোই ইমানা হায়রকই—"ইবুঙো—মশেম নোংমাইজিং মুমিৎসে শখিগী মপাম চাক্কৌবা মুমিংনি, নঙগীসু বার্ত্তন তৌখি হায় নচন মুপীসি চাক্কৌবা য়াওর্নাংই। কারদু শংলবদি অমুক্না লৌদ্বীরো।"

হরাও মুঙাইবনা লুতেন কায়। ঐগী ব্রাশক থুংলনি নোকমি নোকমি য়ুম য়োরকখি। ঐগীসু বার্ত্তন লৈবমলে। সাহেবতা হায়জত্তুনা মুমিত্তুমা শংলে কারস্ম ফংলে।

ফুরিৎ পূময়াৎ লিং সেণ্ডল অহনবা তোং, মুগা ইন্নফী ঙক্না য়ান ঐগী লৈজবী কেনা মখোয় থোঙ্গান্দা কারদু থারুরে। ঙসিদি শোয়দনা মাগা ঐগা কারগী ফ্রণ্ট সিটতা। মখোয় থোরক্লে। মনে মনাওনুপী মা অমদি মখোয়গী অব্রাংথংবদা লৈবী লৈশাবী। মখোয় মথং মথং কারগী মনিং সিটতা কাখৎনরে। মানা মমীং সিটতা কাখৎকে তৌবদা অব্রাং থংবৈই লৈশাবীনা— "তাখোমৈ নাক্তা ফ্রণ্ট সিটতা ফম্মুচো" হায়রম্মী "সিদাশুম ফমগেদা",

"য়াম্না চিল্লে অশোমদা ফম্ন্রো" হায়না ঙাওনরিঙৈদা লৈকাইগী অহল চন্দ্রো গাড়ী অতে ফংহৌব্রহুনা পরপ পরপ লাক্কুনা "ঐ সিদা য়াওবা তারে" হায়দুনা ফ্রণ্ট সিটতা কাখত্তুনা ঙেক ফমদোকখ্রে। ঐনা "মী চিল্লি অতে গাড়ীদা চংপীয়ু" হায়রবদা—"গাড়ী লৈত্রে সিদগুম তোংলনি" হায়দুনা মচি লেঙখিদ্রে। মাস্থু থুনা মনীংগী সিটতা কাখংখি। মখোয় মুপী মশেল লক্কা ফম্মিন্নখ্রে। খোইদো শাওগংলবা ঐনা লৈথোক্কুনা মখোয়রোমদা ওনশিন—শাওরপ হায়খি—

"সিদৈ হন্নবসিনা কদাইদৈ লাক্লীনো?"

ইম্ফাল
জুলাই ১৯৯০ ইং

# টিকেৎ তান্নবা

ওসি পার্টি অফিসত মী য়াম্না তিল্লে। মীখনগী মীরেপ চে থাগৎপগী অরোইবা নুমিৎ হুন্নীতা ওায়রে। বিধান সভাগী সিট অম্মগী পার্টি মীরেপ থাগৎকদোরিবনি। সিট তরামন্নাগীদি পার্টি মন্নুংদা মীরেপ ওইগে হায়রকপা সিট অমমমগী অমমমতা ওইবনা য়েংনবা লৈতনা পার্টিগী মীরেপ খনখ্রে। মীরেপ চে থাগৎখ্রে। সিট মঙা অমগীদি কনাম্না কনাম্না লেপকে চোংথোরক্লে পার্টি মন্নুংদা। অদুগা লেমহৌরিবা সিট নিফুগীদি সিট অমমমগী মী অনিদগী অহুম মরি কাওবনা পার্টি টিকেট তান্নবনা কনা থাগৎকদগে ওসি ফাওবা লেপ্পা ওমদ্রি।

পার্টিগী মিংদা খিদনবা লেপ্পনিঙাই লৈত্রিবা সিট মঙাগী মীরেপ খিবা তারি অদুগা লেমহৌরিবা সিট নিফুদুগী টিকেট তান্নরিবা মরক্তুগী অমমম খনগত্তুনা পার্টি মীরেপ থাগৎপা তারি। মদুগীদমক্তনি ওসি পার্টি পার্লিয়ামেণ্টরী কমিটি ফম্জিনবসে।

পার্টি প্রেসিডেণ্ট সেক্রেটরী য়াওনা ব্রার্কীং কমিটিগী সিনিয়র মেম্বর ১১ না শাবনি পার্লিয়ামেণ্টরী কমিটি। পার্টি অফিসকী মন্নুংগী চেম্বরদা অরোনবা মীটিন তৌরি। মপান্দা মীরেপ ওইগে তান্নরিবা পার্টিগী মরুওইবা নেতা কয়া ফমলি, ঈখৌলাংনা ওাইরি কমিটিগী অরোইবা ব্রারেপ।

পার্লিয়ামেন্টরী কমিটিগী মেম্বর তরামাথোইগী লক্তা মন্ত্রি মকোক ওইনি আশা তৌরিবা ছেদো চিক মিনিষ্টর মঙা—সর্ব্বশ্রী চাউতোন প্রসিডেন্ট, জিলোন জেনারেল সেক্রেটরী, রবিচন্দ্র, যাইমচৌ অমসুং ভূপেন মরুওইবা নেতা, য়াম্না সিনিয়র ওইরবা লিদরশিং য়াওরি। মখোয়গী মরক্তা য়াম্না দিপ্লোমেটিক ওইবা অমদি স্কিমিং তৌবা, হৈনশিংনা চৎপা; থৌরাংজাও, ঐগীদি অমা শোয়্রব য়াদে হায়বা রবিচন্দ্রনি। মাগা অতোপ্পা পার্টিগী লুচিংবশিংগা তরাম তরাম তৌনৈ হায়বসে খ্বাইনা খঙই। মীনা হায়নৈ মাদি মখোয়গত্ত অকুপ্পা মরী লৈনে। অদুনা মখোয়গী মরক্তা রাজাও ঙাংবা নিঙাইজাও জিবোল্লা য়াম্না কূপ্পা, মিকুপ নাহুম শিংনা রবিচন্দ্রনা করি তৌরি য়েংলি, অদুগা খ্বাইনা ভদ্রলোকনি হায়না খঙনবা ঙাঙনথ্রবা হায়নথ্রবা রা হোংদে হায়না মীয়াম্না খঙনবা মবুক মতুংদদি মশাগীবু কান্ননি হায়রবদি মদুগুম্বা হায়নখিবা রা নুংশিত্তা লংখোকপা ঙম্বা ভূপেন, অতৈনা করি লৌ তৌরকদগে য়েংলি। অদুগা চক্রিজাও— মশাগী কান্ননবদা মমায় হাইফেৎ থানা খ্বাইনা তৌনদবা থবক ফাওবা অচোপ অরেম খন্দনা হেক্তা তৌগনবা যাইমচৌ করি লৌ তৌশিগে খল্লি। পৈশাতনা মরুনি খনবা, শেনবু ফংলবদি অচোপ অরেম খন্দনা হৌনবা হৌনদবা য়েংদনা অমদি হায়নখিবা রা, রাশক্রখিবা থবক ফাওবা ইরাই লাইনা কাওরে হায়বা ঙম্বা কন্থা-কলেম্নবা চাওতোন প্রসিডেন্টনি। মানা হিসাব তৌরি কনা কনা মাগী থুত্তা কয়াম চাওবা লুপা থাওজাও য়ৌরক্লবগে। মখোয় মশেন মিটিং অদুদা মশা মশাগী কান্নবা থিহুনা মাগী মাগী মীরেপ কেন্দিদেটকীদমক

মরৈ য়েংনরি। অদুগা মশা মশাগীন্থু শোয়দনবা হোংনরি। লেমহৌরিবা মেম্বর তরুক্কী মন্নুংদা অহুম—লালথাং, রহিম, মনি—প্রেসিডেন্ট চাওতোনগী মমিনি অদুবু মথোয়স্থু লুপা থাও পুজাতেংবা কাওলুপনি। অদুগা লেমহৌরিবা অহুম কুমার সিমরে পাওহে—মখোয়গীদি "অদু অদা থওদে—ঐখোই শোক্লদ্রগ' লোইরে" হায়বা কাওলুপনি। অওকপনি পার্টি মন্নুংদস্থু মীরেপ ওইবৈহ দমক লুপা থাও থাংদোক থাংজিন তৌনরবা যুগনিকো হৌজিকসে।

মন্নুংগী অরোন অথুপ কাদা মথোয় মশেল—অমগা অমগা য়েংনরা—মাগী মাগী ওইজবা তান্নবদা অমগী রা অমনা তাদে। য়ানবা অমত্তা পুরকপা ওমদে। হারেপ অমত্তা তাবা ওমদে পুং ১০ হেন্না থন্নরবা - চা কপ কয়া তুমথ্রফাও।

মরক মরক্তা কমিটিগী মরুওইবা নেত চাওতোন, রবিচন্দ্র, ভুপেন, জিবোন, য়াইমচৌ—মখোই মওাতগী অরোনবা গ্রুপ মিটিংস্থু অথুপ অরোন কমিটি মীটিংলক্তা—মিনিট ১০/২০ তোঙাম্না হেক হেক ফমদুনা থন্নে নৈনে। অসিগুম্বা অথুপ অরোন মীটিংগী মন্নুংগী অরোনবা গ্রুপকী মীটিং চৎথরিডেদ' রবিন্দ্রগী টেলেফোন লাকখি। অফিস কেরানীনা অরুবা মিটিং তৌরি—ঙাইহাক লৈরগা তৌবিরকউ খুম্মী।"

"অথুবা থন্নদবা য়াদবা অমগীনী—মিনিট ১ তং কায়থোকপীয়ু অমুক্তা পীবীয়ু।"

"কনানি হায়জোগে?"

"সেঠিনি হায়বীয়ু"

কেরানীনা পাও পীরুব্দা রবিচন্দ্র পরপ পরপ খোরক্তুনা টেলিফোন পাইখৎখি।

জিবোন—মপান্দা খোকখিদুনা এক্সটেনসন রিসিভর থাঙ্গত্তুনা করি ব্রারী শারি তাখি— তশেং তশেং তাহৌই—"হায়নখিবা থবক্তু শোয়দনা পায়দবা য়ান্দ্রে। খরচকীদমক ব্রাবীগনু। অচংবা খরচ ঐগী দায়িনি—তৌদ্রবা য়াদ্রবনি। হাকথেংননা ব্রারী অমুক্তং শাননিংই—ঙসি মুংদাং পুং ৮ তাবদা হান্নগী জাগাদা অমুক্তং উনসি—মত্থু ফাওবদংদি খাঙবীখো।"

জিবোন্না খনখি—সেঠি কনানো? করি থবকনো? মনাক্তা লৈবা মাগী মরুওইবা ব্রার্কর অনিদা লোন্না হায়খি—"সেঠি কনানো রবিচন্দ্রগা পুং ৮ উনগদৌরি— মশক খঙলকউ।"

রবিচন্দ্র হঞ্জিল্লক্তুনা মিটিং য়াওররে। পুং ৮ তারমদাই য়ৌরকপদা চাওতোন ভুপেন য়াঙ্গমচৌদা মমিৎনা ইঙ্কিট তৌদুনা মিটিং য়ৈথোকসি হায়নরে। মথং মুমিৎকী অয়ুক পুং ৭ তাবদা য়েথোকখ্রে। রবিচন্দ্র মাগী জিপ তোংদুনা থুনা য়াংনা চংখি। থাপতক্না মী অনি তোংবা মোটোর বাইক অমস্থ ইন্নখি।

অরোইবা ব্রারেপ তারমদনা মী টং য়েখোকখ্রবনা পাটিগী মীরেপ ওইগে তান্নরিবশিং অয়ুক্কগী ঙাইরকলিবশিংদো ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি। মখোয়গীলক্তা য়ান্না কন্না টিকেট তান্নরিবা অদ্রো কেন্দ্রগী মীরেপ পাথী কুলো কুমার নাকন নাকন হাইদোরুদুনা মখোই মখোইগী মতুং ইনবা ব্রার্করশিংগা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি। মপান্দা তাইমখে পাও খোমগে লৈরিবা থব্লাই য়াওবা খবরগী পাও পুবা খন্ননা কুমারদা হংখি।

"পার্টি টিকেৎ কমদৌরিব্গে?"

"অরেপ্পদি খণ্ডদ্রি—মীটীং লোইইদ্রিবন, অদুবু ঐনা শোয়দনা ফংগনি।"

"কুলোণ্ন মানা শোয়দনা ফংনি হায় অদুগা মীয়াম্না হায়নবসু মগোন্দা টীকেং পীরবা য়াই হায়নরি।"

"কদাইদগী! ঙরাংত সরকারগী চাকরা তৌদুনা লৈরম্লগা পার্টি ফাওবা চহি ফানা য়াওদ্রিবা মগোন্দা করম্না পীদৌরিনো? ঐদি পার্টিসিনা হেক লিংখৎপদগী য়াওরকলিনি। হৌখিবা মীখল কয়াদা পার্টি অসিগী মীরেপ ওইদুনা লাক্লিবনি। হৌজিকসু পার্টিগী মরুওইবা ফম পায়রিবা ঐঙোন্দা টীকেং পীদনা কনাদা পীগদগে।"

"পালিয়ামেন্টরী কমিটিদা মেম্বর ওইবনিনা—অদোমগী খল্লবা মতম্দদি ইশাদি য়াওরোই, মীনা হায়নবদি ১১ গী মনুংদা তরুক্কি কুলোগী মীচংনি হায়নে—করি মোং লৈবগে?"

"মীনা পণ্ডহায় হায়বা ওইরিনি: য়ামদ্রবদি ১১গী মনুংদা ৭ তি ঐগী মীচংনি—ঐনা শোয়দনা ফংনি করিমত্তা নুংশা থিবিনু" অসি হায়রম্লগা কুমার—ব্রার্কর খরগা চৎখ্রে। মহাকসু অরায়বা নত্তে হৌজিক কালগী খমথেংবা চপচাবা মতমগা চুনবা নেতা অমনি। মতম কুইনা আপ্রেনটিস তৌরক্লবনা মনিপুরগী মনুংদা চৎনরিবা রাজনিতি দলশিং অমদি নেতাশিংনা শিজিন্নবা খুৎলাই পুম্বা—পৈশা, মসল পাওরার—মাগী রাত্তনা লৈ, শীজন্নদৌরি—মাগীদি শোয়বা য়াবা নত্তে।

পার্টি ব্রার্কর খরগা ময়ুমলোমদা হল্লিবা কুলোদা—পাওমী খরনা হংখি—

"টিকেট কমদৌরবগে ?"

"পালিয়ামেণ্টরী কমিটিনা খন্নরি লোইদ্রি"

"কুমারস্থ লেপ্‌কনি হায়না টিকেৎ তান্নরি, প্রোসপেক্ট য়ান্না ফৈ হায়। সোমগী করি ফিভম লৈবগে ?"

"পালিয়ামেণ্টরী কমিটিগী ৱানি" হায়রম্লগা পরপ পরপ চংখি।

কুলো ইলেকসন লেপকনি হায়তুনা সরকারগী থবক থাদোক্লগা রাজনিতি য়াওরকপনি। মহাক্না হেক থবক থাদোকপগা পার্টি অসিগী প্রসিডেণ্ট অমদি অতে মরুওইবা নেতা কয়ানা ইলেকসন লাকপদা পার্টিগী মীরেপ ওইবীগু, মখোয়গী পার্টিদা য়াওবীগু হায়না মাগী য়ুমদা ১০ কুনলক লাক্তুনা থেমথিবনি। হান্নগী মীরেপ পার্টিদা কুইনা য়াওরকলবা কুমার লৈনা লৈনা মঙোন্দা করম্না টিকেট পীদোরিনে। হায়বা কান্দা প্রসিডেণ্ট অমদি হৌজিক্কী পালিয়ামেণ্টরী কমিটিদা য়াওরিবা সিনয়র লিডর তরুকমক্না হায়খি— "মদি ইলেকসন অমুক্তম্ব কাবা ঙমদ্রবনি—মঙোন্দা করম্না টিকেট পীদোরিনে মতীক চাবা লাম্বা ওইবিরিবা নঙোন্দা শোয়দনা পীগনি।" হৌজিকস্থ পার্টি প্রসিডেণ্ট য়াওনা মেম্বর তরেৎনা ঐঙোন্দা প্রোমিজ তৌরি করিগী টিকেৎ ফংলোই। ভদ্রলোক অমনা ৱাশকপবু ৱাশক ঙাক্লোইদ্রা" খন্না খন্না ময়ুম য়োখি।

রবিচন্দ্রগী জিপ—সারকুইট হাউস মমাঙদা থাই—পরপ পরপ চংখি—কা অমগী মনুংদা—চৌকিদা ফম্মী কা অতুগী মনুংদা লৈরমলিবা মীতুগা মায়োক্লনা। য়াম্না চান্নবা মতানি—।

"রবী—নঙনা খঙলিবদুনি ঐগীদি প্রেসটীজ ইস্নুনি। তৌদবা য়াদ্রবনি।"

"মতুবুদি ঐস্সু খঙঙী—খরচ খরদি পাংবা তাই।"

"খরচ পূম্বা ঐগী দায়নি। নঙগী ঐগী শোয়দ্রগা লোইরে।"

"করিগুম্বা ঐনা কারবা—অদুগা পার্টিনা মেজোরিটী ওইদ্রবদি নঙনা করি তৌবা ঙম্মী।"

"করিগুম্বা ঐখোয়না সরকার পায়বা তারবদি নহাক্কী মফম অমা কেবিনেটতা অদুম থাক্কুনা লৈনি। নঙনা লাক্লাংবা য়াওনাংবা নুমিত্তা হেক্তা—মতুদা ঐনা মপুং ফানা শোগৎকনি।

"অদুনা ফরে। কন্না য়েত্তুনা মাবু টিকেট ফংহন্দবদি ঐগী দায়নি। পোম্লিঙৈদা থদৎলগা লোইরে।

হৌজিক হৌজিক কমিটি মেম্বর মাবু শোগৎলিবা অনিদং ফারগা লোইরে।"

"মখোয় অনিতু ফাননবা হিদাক্তি সে" হায়তুনা চাম চংপী নোট মপূল মপুল য়াওবা হেগুবেগ অমা রবিচন্দ্রগী থক্তা শীন্নখি।

নুংদাংগী পুং ৯ তারমদাইদা রবীচন্দ্রগী জিপ সারকুইট হাওসতগী থোপ্রে। থিন্দনা হায়নখিবা মতুংইন্না প্রসিডেন্ট চাওতোনগী মনুংগী কাদা চাওতোন রবী য়াইমগৌ ভুপেন নাপকিনা ব্রারী শারী। চাওতোন্না হায় "হন্দক ভারতকী ঈহৌ অসিদা ঐখোয়গী পার্টীগী ফিবম য়াম্না ফগৎলক্লি; হন্দক্তি ঐখোয়না সরকার পায়দবা য়াদে, রবী নংগী কনষ্টিটুয়েনসিদা ফিবম কমদোৌবা?"

"ঐগীদি ফগৎলকলি—চহি ১৮ ফাওবা ভোৎ য়াহনবসিনা নহারোল মখৈ ঐখোয় পাটি'দা য়াম্না লাকলি—ঐদি শোইরোই।"

"য়াইমচৌ নংগীদি কম্দোবা ?"

"ঐগীস্থু য়াম্না ফরি ঐনা কাবা য়াই।"

"ভুপেন বাবুগীদি করি ফিবমদা লৈ ?"

"ঐগীস্থু য়াম্না ফগৎলক্লি—ঈহৌ অসিনা মতেং য়াম্না পাংলি—কাবা য়াই।"

রবীনা হায় "কবিগুম্বা ঐখোইনা সরকার পায়রবদি ঐখোয়গী মরক্তা কনানা চিফ মিনিষ্টর ওইগনি ?"

য়াইমানা খুম্মী— "করিগুম্বা প্রেসিডেন্টনা কারবদি—মানা ওইফম থোকই। কাদ্রগনা ঐখোয় মরক্তগী অকাবা অমনা—লোইমা কারগনা চিঠিখেলা তৌরগা লোইরে।"

চাওতোননা— হংই—

"মসিদা কনা কনাদি দাবী তৌরকপা য়াবগে।"

রবীনা খুম্মী —"কারবদি জিবোন অহুগা করিগুম্বা টীকেৎ পীহুনা কুলো কারবদি মাস্থু দাবী তৌবা য়াই।"

ভুপেন্না হংই —"কুলোগা কুমারগা অনিসি করম্বনা কাবা য়াই।"

রবীনা খুম্মী —"কুমারদি কারোই। অতোপ্পা পার্টি'গী মীরেপকা মাগা লাম্বা চাদে। কুলোদি লাম্বা চাই। মাদি শোয়দনা কারকপা য়াই।"

য়াইমচৌনা — হায়—মানা করিগম্বা কারব্নবদি ঐখোয়দা প্রোব্লেম ওইনি, ঐখোয়গী কোক চিক্কনি।

রবীনা খুম্নকই—অওইবনি ঐখোয় কোক চিক্কনি।

চাওতোন্না হংই – ঐখোয়না মেজোরিতিদি ওইগদ্রা?

রবী - ঐখোয়না পুবা মেজোরিতিদি ওইদবা য়াই—অদুবু মশীং য়াম্বা পুনশিনবা সরকার অমা শেম্বগী অচৌবা শরুক য়াবা পার্টি অমদি ওইবা য়াই।

য়াইমচৌনা খুম্মী—ঐখোয়দা প্রোব্লেম ওইগদবা মীদি কাহনগুমসি টীকেট পীগমশি। কুমারনা কারব্নবদি ঐখোয়দা প্রোব্লেম লৈরোইদবনিনা—অদুগা পার্টিগী অরীবা মেম্বরনিনা মতোন্দা টীকেট পীরসি।

চাওতোন্না হায়—“ঐনে জিবোন্নে ভুপেন্নে ঐখোয়নদি মতোন্দা শোয়দনা পীনি হায়দুনা রাশকথি—অদুদি কমদৌবা?”

রবী—“অদু প্রোব্লেম পুম্বা মুন্না খওলসিফাও রাশক্তু ভাকখিদ্রা”

রা থন্নবা লোইরে। চৎনবা মতম য়োরক্রে। চৎলমদাইদা রবীনা চাওতোন—য়াইমচৌ ভুপেন্দা ওসাই সারকুইট হাউসতগী পুবকপা চামা চৎপী ময়োম খরদু মখোয়দা অমমম য়েঙ্খোব্রম্লগা মংনদা চৎখি।

তুমিৎ অদুগী তুংদাংমক্তা রবীচন্দ্রগী খোঙচৎ— তৌবা খুদীংমক্কী, পাও পুম্বা জিবোনগী নাকোং য়ৌখি। সেঠি কনানো মশক খওবদি ওমদ্রি অদুবু মাগী অশাংবা খুৎ কুমার য়োখ্রে। মুংশা হাইফেৎ খিরবা কুমার সেঠিগী মতেংনা শেল য়াম্না পাম্বা পালিয়ামেণ্টরী

কমিতিগী মেম্বর অহুমক- মাগী ওইখ্রে—শোইদ্রে, লৈবাক্তা খুদুম্না থাবনি হায়বসে। অসোমদা কুলোস্তু তুমিন্না লৈবদি নত্তে মঙোন্দা হান্না ব্রাশকখিবা পুম্বা অমুক উনরুই; চাওতোন প্রেসিডেণ্ট য়াইমচৌ, রবিচন্দ্র, ভুপেন জিবোন মাগা উনবগী অরোইবা মতম ফাওবা মাঙোন্দা লোইনা তিকেং পীগনি—ব্রাশক হোংদে হায়-রকখি। জিবোন মাগীদমক লেপলি হোংদে মহুমস্থু খঙই। ব্রা খিক্তং পৈরপ তেরকপা য়াইমচৌনা হোংলবস্থু চাওতোন প্রেসিডেন্টনা মাগীদমক লেপ্লবদি মাগী নাকন্দা মী তরুকতি সোইদ্রে—অদুনা মাগী তিকেং ফংবা শোয়দবনি থাজরি। খোইদোক্লা ভদ্রলোক অমনা ব্রাশকখ্রবা ব্রাবু ঙাক্তবা হৌনব্রা হায়বসে কূলোগী চেৎনা থাজবা পুক্লিংগী ফিরেপনি। মশামকস্থু মখোই মরিদা নত্তনা কুমার নত্তবা লেমহৌরিবা মখোই লালথাং, রহিম, মনি, পাহুই সিমরে লোইনা উনকই—মরমদি য়াইমচৌ উনরুবদা "মাগীবুদি লেপ্লী অদুবু ভোৎ লৌনগদবনিনা" হায়রকপা ব্রাদুদা। মরক অসিদা মাগী ব্রার্কর খরনা কুলোদা পাও পীরে "তাইবুঙো—অতোপ্পা পার্টিদা লাম্বা ওইরিবদুদগী—লুপা খাওজাও কয়া কুমারগী খুৎ য়ৌখ্রে—মদুনা মী অহুম ফাখ্রে হায়।"

পাও অসি চুম্লম্বা য়াই অদুবু কুলোনা অরোইবা মীফম ফাওবা পার্টি কামিটি মেম্বর উনরুবদা ব্রাশক্লকপা—মানা তিকেং ফংলবদি কাবা য়াবা খুদোংচাবা লৈবা অমদি মানা পার্টিগীদমক হৌখিবা চহি অমরোমশিদা হৌৎনখিবা পুম্বা খল্লুরগা—থোইদোক্লা ভদ্রলোকনি হায়রিবা—চাওতোন, রবী, ভুপেন, জিবোনবু থাজদবা

শুকণ্ডম ঙমদন্ননা অমদি পার্টিদা মানা কারবদি পার্টি মেজোরিটিদা মশাং হেনগৎকনি সরকার শেমগনি অদুনা কাগদবা মীবু তিংকৎ পাংবোইদবগী মরম শুকাল লৈতে থন্দ্রনা সেঠিগী লুপা খাণ্ডনা কৈস্ন তৌবা য়ারোই খনখি। অতোপ্পা অমনা পার্টি পোলিটিক্সতা য়াওবতা ঙাইরিবনা হৌজিক কালগী - মনিপুরগী রাজনীতি রালা-শিংগী শাজং থরমখৈ খণ্ডলবস্নু থাঙ্গৈশেংবদি মদু চাং অমতুনা অওইবা খণ্ডবা রাংলি।

অওইবনি হৌজিক্কী, রাজনিতি তৌরিবশিংগী মরক্তা "মশাগী কান্নবা" হায়বশিনা খ্বাইগী অথোইবা উদ্দেশ্যনি। লৈবাক্কী প্রজাগীদমক হায়বা রাসে - রাহৈতনি—মশাগী কান্নবা য়াওদ্রবদি মসি অর্থ লৈতে। মীওইবগী শাজৎ, অচূম্বা থবক তৌবা অচুম্বা রাঙাং শাঙাং হৌজিক হায়নবসে অতোপ্পা অর্থ কয়া লৈরি। চহি চা কয়া চুপ্না খণ্ডনরক্লবা অফবা শাজং অচুম্বা নিতি—অচূম্বা চংপা ককা হায়বা অদুগা মতুবু থাজবা পুম্বসে থাইনগী রানি—নত্রগা লাইরিক্কী রানি। হৌজিক হৌজিক রাজনিতি য়াওরিবশিংগী - মফমদদি— ধর্ম্ম, অচূম্বা অফবা শাজৎ হায়রিবা পুম্বসে মশাগী কান্নবগী মতুং ইন্না অর্থ তোঙাল্লি—শীজিন্নফমস্নু মফম মতম অমদি থৌদোক্কী মতুং ইল্লি। থাইনগী রারী লাইরিক্তা য়াওরিবা অমদি তম্বদা ওজানা তান্নকপা অর্থতু নত্তে। কূলোনা খণ্ডখিদে—রাজনিতিদা ভদ্রলোক লৈতে—ভদ্রলোক্কা রাশকখিবা হায়বা ককাসি অর্থ পংথোক থোক্লে।

রাজনিতিগী লান্দা হৌজিক খোঙদারকপদা ঙায়রিবা কূলো - নাকন খুদিং চেকশিনবা তাবনি। মাগী মন্নুংদতা নত্তনা লাম্বা

তৌগদৌরিবা অতোপ্পা পাটিগী মীরেপ্পা করি ফিরেপ লৌরি—করি লৌ তৌরিবগে কুপ্পা য়েংবা তাবনি। অতুদে হেন্দোকুনা মাগী মতুং ইল্লিবা—শিগেথৈ হোৎনরিবা মরক্তা fifth column (ফিপ কোলম) কয়া য়াওরিবগে অদু ফাও খঙবা তাবনি। অতুবু অরাবদি—হৌজিক্তা দিমোক্রেশিগী মুক্তা—মদু মশক খঙলফাওবা ভোৎ মাঙখিনি খনবনা হাকথেংনবা হায়বা য়াদবা—মতাং কয়া লৈত্তবা নত্তে। মহাক মশা খঙদনা "ফিপ কোলম" কয়ামুক মাগী রার্কির মরক্তা লৈরম্মী। মাগী তৌরিবা থবকপুম্বা—চৎলিবা খোংচৎ পুম্বা লাম্বা ওইরিবা অতোপ্পা পাটিগী মিরেপকী নাকোং তত্তনা য়ৌখি। মদু কুলো নৌরিবা ওইবনা অমদি মীবু থাজগনবনা মুন্না উবা ঙমদে খঙসু খঙদে। অতুনা মানা চপ্পরকপা ল্যাঙ্লোং—অতৈনা লোইনা খঙখি। মহাক মীবু থাজদবা ঙমদে। পুলিস অফিসার ওইরম্লবদি—নত্রগা পার্টি রাজনিতিদা চহি খরা শাংনা খোংদারক্লম্লবদি—মীবু থাজদবা হাইবসিনা অহোবা পারানি হায়বশি খঙলমগদবনি। অতুনা কুলো মীবু থাজরি ভদ্রলোক ওইরি। অমদি রাজনিতিদসু ভদ্রলোক লৈরি থাজরি। মরম অতুনা পুম্নমক তারবা তুংদা মাগী টিকেট শোয়দে খল্লা অথেংবা অহিংদা ময়ুমদা হন্দুনা পোত্থাখি।

নোংডাল্লে পাটি অফিসতা পার্লিয়ামেন্টরী কমিতি মিতিং ফমখ্রে—পুং কয়া চুপ্পা য়েৎনরবা তুংদা ভোৎ লৌনরে। ভোৎতা কুমারগী নাকন্দা মী তরেং শুদোকখ্রে—মদোমদা চাওতোন, রবী ভুপেন য়াইমচো য়াওথোকখ্রে। কুলো টিকেট ফংদ্রে

অৱাবনি চঙবদা ভাইরিৰৈভৈনা পোম্লকপদা ভাইরিৰা য়েন্নিং পৎ থদংখ্রে। সেঠিনা জয় ওইখ্রে। মায়থিরবা কুলো জ্ঞান মাঙ্, চানি থক্লী খঙ্দ মাগী ইমুংগী কা অমদা মতুং ইনবা ৱার্কর খরগা তুমিন্না ফমলি। ওস্থোকপনি—মানা নৌনা য়াওজবা পার্টি-শিগীদমক মরোল মরাল তাকপা মখৈ—অরৈবা মপাঙ্গল ফাও পুথোক্লুনা নোম্লকপনি। মরম অতুনা পার্টি অসিগী হৌজিক্কী ফিভমসি তাবদা মাগী থৌদাং কয়া য়াওখ্রবনি—অতুমক্লা হৌখিবা পালিয়া-মেণ্টকী ইলেকসন্দা মাগী পার্টিগী মীরেপ ফাওবা কাবা ঙমখ্রবনি। হৌজিক আশা পুম্বা মাঙগুম তৌরবা কুলো করি তৌবা তাই? "রাজনিতি য়াওরগে ভোৎ লেপ্লগে হায়না থোরকলবা ঐনি—করি তৌনি?"

পাওতাক কয়া পীরৈ—"পার্টিগী অফবা মেম্বর ওইনা তুমিন্না পোখারো মতুং অমুক য়েংনবা। ৱার্কর অয়াম্বনা হায়রি—"লাকচৈ লেপ্তুবা য়ারোই" অভিভাবক খরনা তক্লে "রাজনিতি য়াওগে হায়রবদি লেপ্পা তাই। অতোপ্পা পার্টি অমগী মীরেপ ওইবা তাই নত্রবদি নংগী নতুং ইল্লিবা নংগীদমক লেপলিবা ৱার্কর ময়ামসে মাঙ্খিনি, অমুক হৌগৎপা রাগনি।"

অওইবনি ভোৎ লেপকনি রাজনিতি য়াওনি চোংথোরক্লবনিনা মীরেপ ওইবা তাই। মতমদুদা টিকেট পীগে থিরিবা পার্টি অমদা—মীরেপ টিকেট তান্নখ্রে—পঙ্ৱা ৱাদনা টিকেট ফংলে কুলো মীরেপ ওইরে। পার্টি টিকেট অমদি ফংলে'

# শিরবা ঐ

"ঐহাক্ গুন্দানি-মীনা লাকচবা য়াদবা ঐগী কোকসি কয়ারক কায়খ্রবনি—য়েংউ ফোংফম দাগ লৈরিবশিংসি। খুত্তা খোঙদা হুকচাংগী মফম কয়াদা থাঙফম কয়া লৈরিসি উব্রা? ঐহাক শিবা কিদে—মীনা উশিনবা য়াদে। "অদুবু করিগীনো ঐনা হুমিত্তুদা শিহৌদ্রিবা?"

ঙাঙলবা মমিত্তগী মপি তৈথোক তৈথোক্লা দামুনা ময়াত্রক্ চীক মশুন্নপা গোপেদা হায়খিবনি। থোদোক অদু ইংশোক ১৯৮৬ কা জানুয়ারী তাং ২১ দা থোকখিবনি—মফম লমলোং বাজারদনি—মতম অয়ুক্কী পুং ৮ তাবদনি। দামুনা মথা তারকই— "লাইঙ্গশেংবদি হুমিং অদুদগী ঐসি শিরবনি। খ্বাইনা হিংবোই নিংবনি মরমদি ঐহাক চৎলি চারি তুমলি। অওইবমক্তি—ঐসি শিরবনি হিংনা হিংনা। অসুম্না কয়া কুইনা লৈখিগদগে।"

হন্দক্তি মখোল থোক্লা কপ্পকলে। গোপেহু মপুগী মাইথোং উরগা কপ্পাং কপ্পীং তৌরকলে।

অওইবমক্তি—দামুনা মতম ফনা ইনথৎলকপা মতমদা লাম্বা খিংদবা হুপানি মী পুহনা কিনবা। দামু লাকই হায়রবদি লম্বীদা য়েংনরমলিবনি। ঐখোইস্না উহৌই অতুঙৈ শোক ১৯৫৬ তা মনিপুরদা ঈশিং ঈচাও থোক্তুনা শিংজমৈ মখা ওইনাম খিঙেলদা তোর্বান কায়তুনা শিংজমৈ মখা সাপম লৈকাইদগী

আ থোংজু য়োবা, ফাওবা ঈশিং থুমখিবা - ইন্দো—বর্ম্মা রোড ঈশিংনা কুপখিহ্লনা গাড়ী হুংলি অমত্তা চৎপা য়াদবা মতম অদুদা ঐখোয় ঈশিং চাওবা য়েংবা ইম্ফালভুবেল তোর্ব্বান্দা চৎলমই। মতমদুদা ঐহাক চহি ২৪ রোম শুরে! কলিকতা ইউনিভ-সিটিদগী এম এ পাস তৌহ্লনা থোরকপদ ডাইরি। ঐবু মীনা লাইরিক কৈ এম এস্সু পাস তৌরে হায়না অখঙ্বা কয়ানা থাগৎপীব মতমনি। মতমদুদা এম এ পাস তৌবা মী মশীং পঙ্-য়াম য়ামদ্রি থুং থেক্লুন। পানরিডে মতমনি—অদুন মৌ লৈশা কয়া য়াওনা কনাগুম্বা খরনা ঐবু উরগা "মসে এম এ নে" হায়নে হায়না খুদোম্বী থিন্দুন। হায়নব ব্রারী শানব থেংনবা মতমনি। ঐস্ব খিত্তং পোঙ্জরিবনি লাইরিক হৈবনি হায়না! হুমিৎ অদুদা ঐখোই অহুম শিংজমৈদগী ওইনাম খিডেল তাব। তোর্ব্বান য়াঙ্বী থক্তা ঈশিং চাঙবা য়েংনা য়েংনা চৎলম্মী। ঈশিং থুল্লব মশিং ময়াম ময়ুমদগী ফিরোন অচা অথক পুথোক্লুন। তোর্ব্বান লম্বীদা জিংঘ—দম্বুর মচেৎ কনম ফক্লা কুপ্পা মতম খরগী দমক শাবা শঙ মচ মচাদা ফেমিলি পুম্বা লৈনৈ। কনাগুম্বগী ষণস্ব মখোই লৈফমনাক্লা পুল্লি। মহৈ মহৈ—পোৎ হোন্দোক হোনজিন তৌবা চাক ঈশিং থোংবনচিংবা তৌনবনা ঐখোই অয়েংবা ময়াম চংলিবদুদ। থোইদোক্লা য়েংখোৎপা পুক্লিং চংবা কনাস্ব লৈতে লৈশা মৌ পাখং অহল অমত্তনা ঐবু উরগা ব্রারি শাখিবা লৈতে খুদোম্বী খিল্লকপস্ব য়াওদে। হামু হামু—ময়ামলক্তা য়াওবা ঈশিং য়েংবা মী মক্তনি—ঐসে। ঐস্ব থোইনা খল্লুদ্রে অদুম চৎলম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা—লৈশাবী মৌনহা মুপীমচা অঙাং মুপামচা কয়া মবাং মরাং তৌনরকই, কোয়চেন চেন্নরকই—করিগীনো হংলুবদা "দামু লাকএ দামু লাকএ—হায়নৈ।" দামূ য়েংবনি হায়— "দামু হায়বু কনানো ?" "গুন্দানে মশাফবনে, খঙ্দ্রা হায়না মুপীমচা-দুনা ঐঙোন্দা হায়খি। মা—চেন্না চেন্না লৈশা মৌ লক্তা পরপ পরপ চেনখি। "অসি দামুনি অসি দামুনি" হায়না খুদোম্বী থিন থিন ব্লারী শানখি। ঐস্থু মখোইনা খুদোম্বী থিনবা মাই-কৈদা য়েংলুই।

মহাক মতমদুদা চহি ৩২।৩৩ বোম শরনি। মশা মউ য়ান্না ফৈ—ব্লাং চাওই। ব্লাকীং ষ্টিক অমা পায়দুনা মমান্নবা খবগা ঈশিং কায়বিবা মফম তান্না চৎলম্মী। মতমদুগী অফাওবা গুন্দা কয়াগী মবক্তা শীংথানবা মুপানি—মায়কৈ পুরিবনি ? মহাক মতমদুদা সবকারগী থবক কেরাণী—মচা অমদি ওইরে হায়। এম এ ঐবুদি য়েংদনা লৈশা মৌশিং অদুনা গুন্দা দামুবু য়েংনবদু উরগা ঐহাক মাবু খিত্তং কল্লকখি।

মাগী ব্লারী মথং মথং তারকখি—মহাক্লা ফাওর ফাওরবা গুন্দা তৌত্নবা কয়া মায়থীবা পীখিবা। মাবু মখোইনা মর্য্যাদা তৌনা ইকাই খুম্নবা। দামুনা হায়রকই তা হায়রুবদা খি খি কিনা তৌরকপগী ব্লা কয়া তাখি ! মাগী চেকলানি—সেবকনী হায়রবদি কিনা দুনা তৌবা মমৈদা থেংনখিদবা নত্তে।

ওইনাম থিঙেলদা দামু য়েংবা মুমিত্তা ঐগী মরুপ মঙ্গোলস্থু য়াওখি। মহাক বিএস সি ওনর্স ফার্স্ট ক্লাস ফংলকই চহিদুদা।

মাদি দামুবু য়েংনবতুদা চাননা কল্লকখি। মবুক্তা খনখি ওর্নস ফাষ্ট ক্লাস মাবুদি য়েংনদ্রগা দামুবু য়েংনরিসি—মান। মশা ফবতুদা তৌরিবনিকো। "মশা ফবা কল্লকই।" মানা মথা তানা খনখি "দামুনা মশা ফরিসি ঐখোইনা হকচাং ফবগী লাইরিক লাইশু পাবদা মশা ফবা অয়াম্বা গানা, কিংকোং, দারা লোইনা চানা অহিংবা চাই। দামুস্তু চানা অহিংবা চাদ্রুনা মশা ফরিনি। ঐস্তু মাদৌনা হকচাং ফনবা চানা অহিংবা চাগে"—হায়দুনা সুমিত্তুগী নোঙানবদগী অংক্তা চানা অতীংবা অহিংবা চাবা হৌখ্রে। সুমিৎ হুন্নীগী তুংদা মখোইদা চংনুবদা মঙ্গোল—দাইরিয়ানা নাতুনা ধমা ধমদা হামথরম্বী—গ্রু কোজককা কাপ্পম্বা থেংনরই। হংলুবদা "পরিক্ষা লোইবদা ঙাইরি—মশা হঙ্গৎত্রিবঙদা চানা অহিংবা চাশল্লুং তুনা তুমদতুনা নারিনি" হায়না দাক্তরনা খুল্লকখি।

ওইনাম খিঙেলদা ইশিং কায়বা য়েংলুবা মতুং চহি কয়া হৌখ্রে। দামু এল ডি সি ওইরম্বদগী মথং মথং প্রোমোসন ফংতুনা ইউ ডি সি, ইম্ফাল ডি সি অফিসকী সুপরিন্টেণ্ডেণ্ট ওইখি। মমৈদা চাকরী তৌবগী অরোইবা চহি ২ রোমদা ঙায়রবদা এস ডি সি (সব ডিপুট্রি কলেক্তর) প্রোমোসন ফংখি। হৌজিক এস ডি সি ওইরবনা মীনা ইকাই খুম্নরে, সনমান তৌরে। অতুগা মতম কুইনা সরকারগী চাকরী তৌতুনা লৈখিরনা—থবক্তা য়াদ না অকল অগোগী থবক কয়া থাদোকপা তাখি। মশামকস্তু মতুদা হৈনরম্বা পাম্নম্বতু য়াম্না হন্থখ্রে। খোইদোক্সা সরকারগী হাইফেং চাওবা অফিসার ওইরবনা মতুদা কলচর তৌরুবতু লেমদ্রে হায়না

খনখি। মরম অমিনরু নাকল অশোমদা—মসল পাওয়ার শিজিন্ন-বগী মাইকৈদা মাগী চেকলা অনৌবা পঙল লৈত্রে। অদুগা অনৌবা মীরোন মরক্তা মাবু মশক চপচনা খঙবা মদু ইরে লৈরক্লে। অদুবু মাগী হান্নগী মিংচংশি মাঙদ্রি। মমিং তাবদা কিনরি। দামু মশামকন্থু য়াম্না কেশিন্না মাগী মিংচত্তু মাঙদনবা হোৎনরি অনৌবা এদভেনচর অমুক লৌখৎলুদবস্থু। অণুইবমক্তি মতমনা মাবু অসিংহম্বা দোদোক অমত্তা মনিং অদু ফাওবা হোকহনখিদে। মাগী হৌখ্রবা মিংচৎকী মঙাল লক্তা নিঙাইদনা থোইনা খল্লুবা চেকশিল্লুবা তোদন লৈখি—অমদি—মনা হিরমদুদা চংলূদবন কনাস্থ মাবু লাম্বা তৌসি কেথোকলোই খনখি। অদুগা কোস্থ কোথোরক্লি।

শাংলবা চহি ৩০ মুকসিগী মন্নুংদা মনিপুরদা অহোংবা কয়া লাকখ্রে। নহারোনশিংগী মরক্তা চাইনা জাপান্দা চংনবা করাতে পুদুকোন্নচিংবা খুলাই য়াওদনা লাম্বা তৌবগী শরিং শরাৎ পান্ন-দুনা য়াম্না তমখৎনরকই। থোইদোকনা মনিপুরগী হাম্না লৈরম্বা থাং—তা শরিং শরাৎস্থ নৌহৌনা কলচর তৌনরকই। মতৈ নহারোল কয়া মনিপুরগী মপান্দা কম্পিটিসন কয়া তৌরুদুনা সনাগী তকমান, দাং, ব্লেক বেলট কয়া ফংনরকখি। ইনখৎলকলিবা নহা-রোন খরনা মখোইনা হৈক্লরিবা বিদ্যা অদু য়াম্না চাং য়েংনীংবা মতমনি অদুন। খুদোং চাবা অমত্তুং ফংবদা চাং য়েংগদবগী ওাইদুনা লৈবা নহারোন কয়া লৈরি।

হুমিৎ অতু দামুগী চাকরী তৌহগী অবোইবা থাদনি। হুমিৎ খবনিগী তুংদা মহাক থবক্কগী পোথাদুনা পেনসিন লৌবগদনি। অযুক হৌগৎলগা চীন-য়া-শেং চান্থ থক্লগা নোংমগী অমুক্কী খবর পারবা তুংদা চায়নরোনগী কপি হম লৈরম্বা যেনাদুনা অসুম পাকই; মতাংনা থেন্দে নিংথৌ হাওতক লাইবগা চাইরেন নিংথৌ য়াক্রুরাকপগা থা মায়কৈদা লৈবা লৱাই পোন্থীথোক চাইবেন খৈচং পুং, তরা থঙদা চায়নখিবগী মতংনি। পুক্লিংদা খনখি থাইনগী অথৌবশিংনা মায় লৈনদনা থরানা পোন্থা ওইবগা চায়নরম্মী। চায়নবগী ফজব নিয়ম, লাই শাক্তি অমদি ওইদব লৌনম তৌনবনা অরাবা ফংবা কয়া থাজনরম্মী। অঙম্বনা মিংচৎকা লোয়ননা লমসু লোক্লম্মী। চায়নবদ মায়থিরবা মওক কক্তুনা হাৎলগদবা অতুগা মায়পানবা অতুগা ফম্মিন্নতুনা চামিন থকমিন্নবা হুংশিনা রাবী রাতাই শানবা অতুগা চায়নবগী নিয়মদা লৌনমলুবনা লাই শাক্তিনা অরাবা ফংবগী রারা নোংয়াই চাখা মোইরেম্বা অথৌবগা হৈরেম কাংবীশু শমু খোঙশেকপা অথৌবগা হৈরেম মরকসি কোনয়া খৈদিংপান্দা চায়ন-খোঙফেন্নখিবা, নোংয়াই চাখা মোইরেম্বনা হুল্লকপা তানা মথোং খুদোন্দা পাল্লবদা—হৈরেম কাংবীশুনা, পাথৌ নওগী তানা পানবা নত্তে কাকফে চিকখিবগী ঈ থোকপনি হায়জিন্নরম্মী। নোংয়াই চাখা মোইরেম্বনা লাই শাক্তি হুমিৎ মঙানিগী মহুৎদা থঙনসমু রাশরুখি। কাংবীশুনা হুল্লকপা তানা পান্দুনা মোইরেম্বগী মওক কক্তুনা হাৎখি। শিদ্রিঙৈ মমাঙদা চরা চয়োম চানিম্মখি রাংলৈ য়ু থকমিন্নখি

লাইগী নোংদম কাংথীশুস্ন ওইদবা ভাউ্লুবগী মযুম মরান-য়াইদা অনা লাইওং খঙ্দনা নাখি—অতুগা মঙানিশুবা নুমিত্তা নোংয়াই চাখা মোইরেম্বগী নুপী লৈমা নামুন চাওবীনা মপুরোইবা হাংথিবা লমন খুম্বীযু নেকলুবা মনাওন্থুপা নোংয়াই শিখোং নিংথৌবনা লমন খুমগে লান্দারকপা নুমিং অতুদা শিরমহুনা মথংগী নুমিত্তা ফুম্নবা থনম্বা যেংনকই। নোংয়াই শিখোং নিংথৌবনা হৈরেম লৈকাই মেথারে—শিরবা কাংথীশুগী মঙক কন্নগা মনাও হাওখোম্বা হাওদং পুংদোইবা অমস্নং হৈরেম শোইথিংনাও খুনজানশোই অনিবুস্ন মঙক কক্তুনা হাংলগা ময়াম্বা মোইরেম্বগী অককপা মকোকতু পোক্লেংন্নুংদগী লৌথোক্তুনা নাহোংশানা পোবগা মতৈমগী নাক্তা হল্লকখি। অঙকপা চায়ন-খোংফেন্নবগী নিয়মনি ঈশ্বরবু য়েনা থাজবা মতমনি। অথৌবশিংনা চায়ন-খোংফেন্নবা চৎলমদাই মাগী মাগী নুপীনা চয়োম য়োম্বনচিংবদা চৎলিবা খোঙচত্তু মঙ্গল ওইনি ওইরোই পাদম ক্নেন তম্বদা শঙ্লম্মী। অস্নুম্না অকনবা অথৌবা কয়া পোকখ্রবা মনিপুর কৌবী লমশিংগী থাইনগী অকল অথৌশিংগী মা নীংশিংলুবদা মথন্তা চাওথোকচরবা দামু—মৈতেংঙম্বা অকল অথৌগী মান মর্য্যাদা ভাক্লা চৎপা লমদম পৃখ্বিদা পংলে লৈত্তেকো থনখি। অযুক্কী পুং ৮- লোন তারকপদা মাগী মকপ লমলোং মনিহার উননবগীদমক সরকারগী মঙোন্দা থুংবা কারহু থৌদোক্তুনা ময়েক য়াওদবা ঈশৈ ওন্তুনা চৎখি।

অস্নুম অস্নুম লাকপনা য়োংলান লম্বী শমহুনা অয়াংপল্লী থোরে। নমায় অরাং পাংনা অয়াংপল্লী লম্বীদা অস্নুম থৌরহুনা

পোরোমপাৎ মপা লানম্থোরকতুনা লমলোং য়োরক্কদোরে। চায়ন-রোনগী অথৌবা খরগী চায়নখোংফেন্নবগী ব্বারী শাক্লবগী থায়নগী মৈতৈ, অকল অথৌশিংগী চৎনরোল খল্লুবদা পুক্নীং মুঙাই হরাও থল্লি। অকন অথৌশিংনা লান শীংনরকপদা হন্দবা চিংলেন্না মায়খিবা মায়রোং য়াবা শির-ফাওবা হন্দবা—অচৌবা অরেম্বা ব্বাখন্না মখোয়গী ওইবা গুনশিংদু খন্না খন্না অতৈঅমা খন্দনা কারদু থৌরিঙৈদা তুংলোমদগী মখোই পাখঙ অনিথক্না স্কুটর অমা তোংদুনা বগন লৌনবা হোরন তত্তনা খোংবদু মহাক তাহৌদ্রে। হায়ফেৎ কুইরম্বা য়াই। মাদি তাহৌদবনি। ব্বাখল অমা খল্লিঙৈদা রিয়ার মিরর অদুদা ফাও য়েংহৌদবনি। হেক তারকপগা গাড়ী নাকন্দা থৈদোক্লগা তপ্পা চাং নাইনা তপ্পা থৌরম্মী।

বগন্ পীদে হায়না খনবদগী শাওরবা নহা পাখঙ অনিদু স্কুটর ফৎ হেনগৎলগা কারগী মমাঙদা খামখি। অদুগা পরপ পরপ কুমথরকই। দামু কারদি খামই অদুবু কুমদি কুমথদ্রি। মহাক বগন পীদে হায়বগী থোইনা খল্লুদবা অমদি নহা অনিদুনা করিগুম্বা খর হায়নীংমাল্লে খন্দুনা গাড়ীগী ষ্টারীং পায়দুনা করী হায়রদৌরিনো খন্না ইচম চন্না অদুম লৈরম্মী। নহা পাখঙ অনিদু শাওবগী ফিভম উত্তে তপ্পা মোল্লি মোল্লি চঙশিল্লকলগা অমনা ইখঙ খঙহৌদনা —"হে অহন হোরোন খোংবদু ননাদু তাদ্রা বগন পীদ্রিবা করিগীনো" হায়না হায়না গাড়ীগী ষ্টারীং পায়দুনা ফম্লিবা দামুগী মমায়দা কীম্না থক থিনখি।

ঈখঙ খঙহৌদনা মমায়দা কীম্না থিল্লকপদুদা দামু জ্ঞান মাঙখি

মচিনবান ঈ থোকই—নাতোন নাহি তাই ময়া অমসু তেকখি! কৌন্না বিল্লকপগী চৈনদি লায়রানা মান কবিমত্তা শেম শাহৌদনা ঈখঙ খঙহৌদনা মমায়দা থিনখিবা অদুদা মহাক জ্ঞান মাংহনা তুমিন স্টারিং পায়দুনা লৈখি। মিকুপ খরদি করিমত্তা উখিদে। মনাক্তা লৈরম্বা অহল অমন চঙশিল্লকক্তুনা "করিনো অহন্দা অদুম তেরা হৌনব্রা" হায়খিবা ৱাদু শোন্থাংননা তাখি।

মানা জ্ঞান তারকপা মতমদদি স্কুটর অদু লৈরমদ্রে নহা অনি-দুসু লৈরমদ্রে। অহল অমা অনি মনাক্তা লৈরম্মী মকোক্তা মমায়দা অইংবা ইশিং পোম্বীরম্মী। জ্ঞান তারকপদা- "কদাইদা চংখ্রে? মথোইদো কনা কনানো" হংবদা কনাসু মশক খঙলমদ্রে। দানু মশাসু মশক খঙহৌদ্রে। কৈসু খল্লুদবনিনা স্কটরগী নম্বর ফাওবা রেংহৌদে।

মাদু লাইকন্নরম্ব মরক্তা মাবু খঙবা য়াওরম্বদা ইকাইখুংশি য়ান্নরবা খোইরাং খোইশাওরবা দামু-গাড়ী অদু তপ্না তপ্না লমলোং বাজার তান্না থৌখি। মাগী মরুপ মনিহার উনগে খনখিদ্রে। লমলোং বাজার য়োরকপদা "অফাওবা ওন্দা দামু অঙাং অনি-থক্তা ফুদংখ্রে" হায়বা অসি ইনিল নিল্লমলে। দামু-মনিহারখোই য়েদনা লমলোং বাজারদগী মমায় হুং লৈদ্রনা ময়ুমলোমদা হনখি।

তুমিং অদুদগী মহাক মপান থোকখিদ্রে। অফিসতগী ছুটি লৌদুনা ময়ুমদা অদুম লৈখ্রে। মহাক্তা মাগী মী খর থাদোক্তুনা নহা পাখঙশিংদো কনা কনানো খিহনখি অদুবু খঙবা ঙমখিদ্রে—কংখিদ্রে। দামুনা য়াম্না ৱারৌথিবদি মাবু লোম্না কুখিবগী নত্তে-মৈতৈগী

অকন অখোংগী য়াদা চাওথোকচরম্বা "অশোনববু কনখৎপ। অকনববু লাম্বা তৌরম্বা শীংনরবদা হন্নদবা" হায়বা ওণ পুম্বা মাঙখিদ্রনা হুরান লান্নাদা মমান্নবস্তু নত্তবা অশোনবা মীদা কৈংঙন থৌনা ফনা শারাক তম্বা মমান্নবা উরগা হেংনরগা উনা উনা মশোং লৈবা— লাম্বা তৌবা ঙমদবা লোন্ন নাইথেত্নুনা চেন্নবা হোৎনবা লাংজেন য়াওরক্লবা মশিঙ্গা পাল্লকত্রবা মৈতৈ মচা নহারোলশিং উরুবদা মথৱাই শোক্লা য়ারোথি। দামুগী সমাজলক্তা তিনবগী পৃশিস্থু খমথি।

মপন্থা কোংনা থনখি—ঐসি শিরবনি। হিংলবস্থু শিরবনি। হিংনা হিংনা শিরবা ঐনি। মীরেমনি শিরবা ঐনি।

আগষ্ট ১৯৯০

# চেক্কোন্দা পিক্কীক

"তোম—হয়েংদি লমচাক চারুসি"

"কাইদনো ?"

"ঐখোইগী চেক্কোন ইংখোলদা"

"চাবদরা থকপদি য়াওরোইদ্রা—"

করি য়াওদনি মৈতৈনা হায়নবা ব্রাহৈ

"চাবা—থকপা চাকচা-হৈজানবা" হায়বশিনা ফজনা তাকলি—চাক চারবদি হৈস্ত্র চাই শোয়দনা থকপস্থ য়াওই—ঈশিংলা করিনো ?

"হয়েংদি করি থক্কনি"—

"থোকঅ-- থোকঅবা—সেকমাইগী অশাবা, বিলাইটি অঙাংবা,—অফংবা অমা"

"হয়েং পুং কয়াদা--কদাইদা উনবা ।"

"ঐখোইদা অয়ুক পুনসি"—ওসি হুংথিল থোং থারুবা লোইনা লৈরুরসি ।

অস্তুম্না তোম, হরি, বিনোদ, মহেন, জ্ঞানেন্ নচিংবা মখোই ১০ জিপ গাড়ী তোংহুনা মখংগী অয়ুক্তা লমচাক চানবা পুং ৮ মুক তাবদা ময়ুমদগী খোংশ্রনখ্রে। অত্তুবু—লৰ্দ্দা অরাং অপা লৈবা অমদি অচেপ্পী অশাংবা বিলাইটি অঙাংবা অমদি শেকমাই অশাবা লিক্লি খর খোলাদগী লৈবদা পুং ফন—য়াম্না

হৌখি। বাজারদগী নোঙানবী কয়ামুকস্ম লৈত্রুনা হাপচিল্লে। খোলা চংলুবদা ফৈ ফত্তে চাংয়েং থক তৌদ্রুনা হরি তোম বিনোদ- অয়ুক্তগী হৌনা মমায় ঙাংলি ঙাংলি তোরে।

অস্তম্না-- অমনা ঙাং অমনা তাবোই তাদবোই—মখোই মশেল খোল হৌন হৌনা ঙাও - খরনা মরোল হূদবা ছন্দ য়াওদবা ঈশৈ হৌনা হৌনা শক জিপকী মপানদা খর য়ে পুথম থাঙ্গতুনা খরা বিন—ব্রাব্রা য়ায়া থৌখ্রে। গাড়ীদু পুং ১১ তাবদা পুং মুক খৌরবা ভুংদা মহেনখোইগী চেকোন ঈংখোল য়েরে।

হেক য়েবগা মহৈ মহৈ মাগী মাগী থবক পাইখৎনৈ। কনানা শীং খিরি, কনানা ইনশাং শেমলি- কনানা কোললিক ফেংতুনা ঈশিং শোকলুই—খরনা মৈফম চাক থোংফম শেম্মী। মখোই ২ অহুম তমনা মদু শুকয়াও য়াওদনা—নাকল অমদা থৈদোক্তুনা বিলাইটি লিকলি অচেপ্পা অমা পুথোকতুনা ঈশিং খরগা গ্লাস অমমম হৈদুনা চানা কাঙৌ খর লৈরকপতু মারিতুনা থক্লা থক্লা লোন্না লোন্না ব্রারি শাই। হরিনা খুজিন থৌরাং তৌরিবনি। ব্রা হৌনা ঙাঙনদে—চিবোন চিবোন গ্লাসতগী খজিক খজিক তপ্পা তপ্পা চিং চিংতুনা হরিনা ঙাংবা হৌরকই—

"মহেন্না মখোয় অনিমক কনশিল্লিসিবু করিগীনো।"

"থাংমৈবন্দগীতুদি কুইরবনিদা—মানা আঃ— অঙাং য়াম্না ওইরিঙৈদগীনি। মরক অমা খিত্তং ওইনগম তৌনব্রা"?

"অদো হৌজিক্তি হান্নৈতু ঙাইরেবা"

"চীংঙা মখাইদুদি ইকুই কুইজ্রিদা মমাদুনা লুনা তৌমনবদুদা খরা তোয়বনিদা।"

"অদুবুদি মীনা মমাদুরা হংনরিবনি।"

"মমানা য়াবাইসিদি চঙথোক চঙশিন কাদি চীংঙা মখাইদুদি লুঙাইকো।

"অদুবুদি মহেনগা তিন্নবনেদনা ঐখোই কা চংখিসিদি লাই তারকনুক লুনা ভৌরিনি"।

'মহেন য়াওরদি লোইরে পীজবনে পীংকগনে পুক্কাসি ইথন থনবনি। অদুগা মহেন্দ এটেনসনা পূর।"

"অদুবুদি মচ-ময়া ওইদৌরিনিদনা।"

"তুঃ- আদগী য়াম্বুং রবীসি খঙইদনা -"

"কৈদৌনা খঙদনী—ঐখোইগা তিন্নদুনা লোয়নদুনতা লৈরি-সিবো।"

"অদো য়াম্বুং রবীনা থাংমৈবন্দগীদু মিতারিসিদি নখোই খঙব্রা?"

"অদুই ব্রাদৈনি- মহেনগা খরা কাথোক্লখিবা অদুগা মহেন্না চীংঙামখা য়ৌখিবসে"

"য়াম্বুং রবীগীদি লৈকায়নি য়ুমথংনগুম্বনি লুতিগী উনরিনি"

"অদু মহেন লৈরিখে—মবুক হোংউ য়ারোইদৌরি-হায়নে।"

"অদু—করি তৌসি হায়রিনে?"

"য়ারবদি চীংঙা মখাইদু - মহেনগীদমক বন্দোবস্ত— অমতা থুনা তৌ হায়না য়াম্বুংনা হায়রকই। য়েঙোই খরচ ফাওবা লুপা

লিশিং অনি হান্না ঐঙোন্দা পীরক্লবনি। নঙবু মতু শানবা ঙম রা ?'

"ঙম্বস্ত য়াই—খরচতু তংখাই অমা খারবদি"

"লোরোনেসে- তংথাইসিমা—ঙম্ব ঙন্নবদি মিদেস্ত হেন্না য়ান্দুংনা পীনি হায়বিনি।"

"অঙইদরা ? মাদি য়ান্না পান্নবজাংনিদনা"

"পামজবেদি কৈ হায়নি—শিজবগে ফাঙ হায়বিনি। নঙবু ঙম্ব ঙন্দগদ্রনে ?"

"অদুবু ঙমদ্রদি ঐ নরেন নত্রেদনা—হোরেন নুংদাংতুম্ব চেলহনগে ?"

"অতুবু ওইবদি—হয়েং অমুক য়াম্বুংদগী লুপা লিশিং মঙা তামস্থ লোরগা পীবীগে মতুগা ঙমদ্রদিনে—ঙসাই তংখাইতু হল্লক-দৌনি।"

ঐথেইদি মীনা শীংনবব্রবদি হন্দবা জাৎ নত্তে—মায় লৈদনা কা চেনবীবজাৎ নত্তে। ঙমই ঙমদে য়েংউদনা অতুগা হিসাবতদি কাওনেম্নুসি।

হোইনে হোইনে পাঙদ-পাঙথোকউ হিসাবতি শোয়দ্রেনা— থল্লু।

মতমসিদা চাকংমলোমদা থোং থাকপগী থবক লোইশিল্লক্লে। চাকলুক লা থাতুনা খোম্মৈ বেনী চাক শীন্নবা হোৎনরি—মখুত্তা শেকমাইনা থল্লবা গ্লাস অমমম পায়রি। অসোমথংবা নাকন্দগী রবী মহেন খোইনা "চিয়ারস" হায়না লাওরকপদা মখোইস্থ

"চিযাবস" হায়না খূন্নগা গ্লাস থেংনবগী গেলব উৎলগা কুৎ কুৎ থকচিল্লি—

চাকথোংযমদগী পঙথাপ থাগুনা তিংথৌ চাং মান্নুনা হৌবরা লমপাক মচি অমদা বরী, মহেন, তোম, বিনোদ, ইমো তোম্বী মথুং মথূন্তা সেকমাইগী মচীন অশাবনা থল্লরা গ্লাস অমমম পায মখোই মশেল 'চিংাবস" হায়না লাওনে তদুগা গ্লাস মশেল "গপ গপ' থেংান অদুগা "চিয়াবস" লাওদুনা খোস্মে বেনীদম্ম উৎলগা "গুৎ গুৎ" থকনিখি—। মথংদা বিলাইটি অঙাংবনা অনিশুবা বাউণ্ড অমা হেল্লুগা গ্লাস পাযবা মথুৎ নামা নামান্থু রাংনা রান থাঙ্গৎনা টেপ রেকোর্দদগী দিস্কো কেসেটগী দিস্কো মুজিক্কী তান্দা কোয়না কোযনা লৈন লৈনা জগোই শাবা হৌখ্রে। অদুক খোঙশাল্লকপদগী হৌনা পেক অমগী মথংদা অমা— বিলাইটি অঙাংবা, শেকমাই তাঙৌবা অশাবা অতিংবা মথং মথং কোক্টেল তৌবকপদেদি মমায় মমিৎ পুমঙাং ঙাংনবে—নাতোন শুমাংদা হুমাং মবিক মবিক কানবে—দিস্কো জগোইদা তালনা অমা খোংথাংনা অমা, ঈশৈ লাওবদা লাওবতা ঙাযরে ঈশৈদি য়াওদ্রে ঈশৈগী ছন্দ শৈহেক পুংতোপ, মখোল ফাইরপ লোবপ তানীংবা মীগী মফমদদি লুংশিরিদ্রা? অতৈ অতোপ্পগী মনাদদি অঙাওবগী চোইবোন পঙলাও লাওবা লাঙবা নত্তনা অতৈ অমা ওইদ্রে।

ঈশৈ লাওবদা অমদি দিস্কো চোংবদা রানরবা, বিলাইটিনা থাবদা মাথা কায়রবা, সেকমাইগী অশাবনা হেড চাক্লবা কাঙবুদো

ভুরোই ওারোই থেক্লিডৈ খোম্মৈ বেনীন। পুখম মনী'দা খাইবনা "কাং কাং" য়েদুনা লাওরকখি— "সাহেবান খানা তৈয়ার হৈ।" হরি নরেনগী গ্রূপ মহেন রবীখোই গ্রূপ— তপ্না মোং-হাদনা চওশিলহুনা চাক্লূক থারিবদুদ। ইকোই কোয়না ফমলে। নরেন মহেন থ'ননা ফমখ্রে। শনৈ য়ুনৈ লমচাক চাবা হৌখ্রে—চাক চারিব্রা—চাক-ঈনশা' মেংলিব্রা চাকূক রা মথক্তা তুশিল্লিব্রা মখোং মরমদি খওদে—অদুবু লাওবদি য়াম্না লাংই—।

অসিনি হৌজিক কালগী নাহারোলশিংগী লমচাক বনভজন নত্রগা পিরাক্কী দৃশ্য। নহারোলতা নত্তে— লমচাকপু ওইরবদি অহললোন ওইরবস্থ মথক্কী দৃশ্যসিদগী পওখেন থেন্নবোই।

হারী শানা শান মখোয় পুম্বা চারি, মরক মরক্তা গ্লাস খাঙৈগী রাউণ্ড চংলি। খ্বাই ময়ামগী স্টোক লোইখিদ্রুমা লিক্লী পুম্বা "রিভর্স বোটল"-হায়বদি মনীং মমাঙ ওন্থোকখ্রবা তুংদা য়াম্না হৈশিনা থবক শীল্লাং হৈবা হরিনা মরম্নাই "বেক পোকেট" "শাইদ পোকেট"তগী অঙ্গুর মহিগী লিক্লি অচেম্পা মথং মথং পুথোরক-তুনা গ্লাস অমগী মথংদা অমা লানশিন্দুনা মহেন কা হেন্না থকচিনখ্রে ফনা শাথিনা হেড শারে। নরেনস্থ অদু মঙাই — অয়ুংবা অশাংবা লিকলি চাকথাও য়াওবা কয়াস্থ নরেনগী ফুরিৎথাওদে থোরক্তুনা — অমৃতগী ঈচেল চেন্থরকলে — ঈথক ঈপোম হৌনা। মহেন মতম ফনা হেড শাগৎলকপগা লোয়ননা অঙম অরায় খওদনা থেংনরুবা পুম্বা চেলেঞ্জ তৌরগে হায়বা থাক অদু য়ৌ-রকপদা য়াম্না হৈশিংনা নরেন্না ময়াম মমাঙদা ৱা হৌদোরকখি —

"মহেন নওনা চীংঙা মখাদা তোয়না চংদিবা — টিংঙা মখাগীদু নখুত্তা নি হায়বিরকপু মানদি নওবু কযা য়াদমাল্লেদা"।

"কনানা হাযবিরা"?

"ঐখোয়না তাবদি মগী মী অমা উবিরোক্কেদো অদুগা নুমিৎ থানরে কাও হায়। ইন্দক মবক মখোয়দা যাম্না তোয়নম্ব উই"

"মানবু অদু তৌবা য়াই হাযব্রনে"?

"ঐনা হাযবদি ঐখোইনা মখোয়দা চংলিসি- অয়াম্বা মতমদা মনাগ ৱাবী শাবগা হল্লকপা ঙাক্তনি। মহাক মশাগা ৱাবী শানবৈ খুদোং চাবা ইফং ফংদে। নওবু মঙোন্দা ৱা হাযনবৈ তঙাকা ফংব্র? অদুগা ৱা নান-কা হাযবা ঙম্ব্রাইমা।"

"মদু নওনা ঐঙোন্দা হংবৈ কপ্ত দবকাব লতে।"

"অদে মন নওব য়াই হাযসিব নও খঙলব্রাইবা?"

"যাই য়াদে - নশানা উবগা খঙনিদ।"

"কবয়"

"ঐগী ইতুং ইল্লকলদি খঙংঙদন।"

"কৈদোঙৈ"

"ঐনা হায়বা থুমিত্তা।"

"ঙসি অহিংসিমক ঙমগদ্রা"

"করি ঙমদনি?"

"ঐঙোন্দা ঙমদ্রবদি হায়বা ৱাহৈ লৈতে।"

"হায়ন্দদা ইমাংদা চাং তাহুনা তোক্লীকো, ঐনা তাবদি উরিবোক্লীদুগা—নুমিৎ লেপ্পরে হায়কো"

"নরেন নঙগীশিবু চেলেঙ্গরা

"মানি—নঙনা ঙমলগা ভোদকারা, শেম্পনলা কেশ অমা নঙোন্দা কোংবা। ঙমদ্রগনা নঙনা ঐঙোন্দা কোংবা য়াবব্রা?"
"ফৈ ফৈ"—চেলেঙ্গবু ওইরদি ঐ য়ারে: চেন্দি চেন্নন্নুসিকো।

মহেন নরেন ঙাঙ্গলবা পূম্বসে রবী নোকমী নোবমী লোইনা তাম্মিল্লি।

চাবা থকপা লোইরবদা ন্নুমিং নেমথরকলে অহ্নবু, চাকথাও ময়াইদি ফজনা কারি হন্থদ্রি। কেক্নোন ইংখোলদগী হল্লকলে। মহেন নরেন হরি তোম বিনোদ—ইমে,—অমুক মহাবলী খোলাদগী চাকথাও অমুক ধমা-ধমদা ফানজল্লে। সন্ধ্যা মতুং ন্নুংদাংগী অহানবা শরুক্তা চীঙ মথা হাইথখ্রে। ন্নুমিৎ অহ্নু মমা মপা মবুং মৌপরা পূম্বা লোইন চথোকখিব্রন মযুমদা মথন্তা লৈরম্মী। মহেন পরপ পরপ চঙলত্তুনা হায়রম্মী।

"অশংবী—ঙসি, হৌজিক ঐগা লোইননা চৎপা তারে।"

"ইমাম্নু লৈতে ফত্তেদা কোন্না চৎসি"

"য়াদে অহ্নু অদা খঙদে—ঙসিমক চত্তবা য়াদবনি সে ঐ মপান্দা ছোরোক্তা ঙাইরমগে — পূংখাই অমগী মন্নুংদা থোরক্কদবনি।"

করি তৌনি অশংবী?

"ঐনা মাবু ন্নুংশিবদি নত্তে—পামদি পাম্মী—খুত্তগী নাম্থোকহল্লিংদে। ইমানম্নু মঙোন্দা লৈয়ু হায়। হৌজিক মানা হায়রিঙৈসিদা চৎহৌবনা চুম্বরা"?

অম্নুম্না খন্দুনা মপান্দা কনা লৈবগে য়েঙ্গে থোরকপদা থোঙ্গান্দা হরি অমদি নরেনগা থেংনরে। মখোয়দি করি তৌরবগে য়েংলুগে হায়না

মহেন্দা হায়রম্লগা চংলকপনি থুন। য়াংনা মখোইগা চৎমিন্নখ্রে। ছোরোক য়োৌবদা মহেন্দি লৈরম্দ্রে। অশংবীনা "লৈহৌরগে চৎলরোই" হায়রম্মী। নরেন্না হায়খি মহাক অশ্বাইদা লৈরমগনি হায়না— অশুম অশুম মনুমদগী থাপ্লোরকখি।

ছোরোৎ। ওাইহাক লৈরিউেদা চাকথাংগী ইনিন খর হস্থরবা মহেন্না হায়খি—"থোরক্লদোৌবা মান্দে ঐ চৎলগে বিনোদ-"- কৈদোৌরগে নরেনখোই চঙখ্রি।" মখোয়গা লোইননা থোরক্লদি কমদোৌবা"— থোরক্লদি -।

"নরেন মা হেক পুরো হায়য়ু। চেলেঞ্জ তৌনরুই হায়বৈই ব্লানি—থোরিক্ক্রু য়ারে।" খল্লুরগা থাংমৈবন্দগীনা হেন্না মুংশিরকই।

মহেন চৎখ্রে -। মনুম চঙদুনা ফম্দা হিপ্তুনা লৈরম্মী। তৃম্বদি তৃম্লমদে।

পুং অনরোমগী তুংদা ইমো বিনোদ মখোই অনি মহেনগী কাদা চঙখি। উইথরম্লবা মহেন হোৌদোকখি "আদা য়ুম্নাম লৈকাইদা লৈহৌরে। নরেন হরি তোম পুম্না লৈহৌরি চৎসি।" মহেন্না হায়রকই নরেন্না পুরকপনি মাগী অদুমে ওইরে হায়য়ু - চৎলরোইদা "অদুবু য়াবরা? চাঁওামথারোমগী মীম্বু কোয়খি থিনহৌই হায়।"

"অদু ওইরদি অমুক ময়ুমদা খিন্দোকপীরুরসি হায়দুনা মহেন হোৌগত্তুনা মখোইগা চৎমিন্নখি।"

মতমসিদা অশংবীবু; থিরিবা চাঁওামথাগী মবু মৌপরা মরক্তা উরিবোকী শান্তা অমম্বুং মাগী কাঙবুম্বু য়াওরম্মী। মাম্বু অশংবী উনদুনা অরেপ্পা ব্রা অমা লেপথোক্লগে লাকখিবনি হুংদাংদুদা।

হরি অমসু' নবেনগা লোযননা চংখিবা পুংখাযমুকী তুংদা মখোইগীদা থংলুই। খোইদো প্রোকপ্রোক চাক্লবা শাগ্নানা ব্রাশকখি— "শোইদন' লমন খুমগনি।"

"থোবক্লববু কবন্না য়ুমদা হজিনগনি" "হৌজিক হল্লুরবদি ঐতা নত্তনা নংসু অক্লাবা নংগনি।"

মহু ঐ কৈস্‌মু কিদে মখোইগী মমাঙদা শেংনা অহুম হায়গে।"

"নংনা হায়বগী থোবকপনি—কবন্না অহুক হজিনগনি—হজিন্‌বা শুবঙম ঙমলোই।" নবেন হরি ইমো তোম বিনোদ মখোইপুন্না মাগী মীচঙনি—মহেন গতি লৈখিদে।

লুহোং খোংদোংবা—মপাম চাকৌবা লোইখ্রে থা অনি অহুম হৌজিল্লকলে। হুমিং অশুম হোৎখিবৈই মতিক শাস্তাগী থম্মোই মৈচাক অসুম কনখৎলকই—লমন খুদৈ ব্রাখলসু মকা লাল্লকই। নোংমা মপামদা লাকপদা লম্বীদা অশংবী শাস্তাগা উনখি। শানততানা খঙখি মাবু অশংবীনা প্লংশিবহু হল্লক্রি। অশংবীনসু খঙখি মানা কবিগুম্বা মপামদা হল্লক্লবদি শাস্তানা মাবু তারাম্না ওকখিগনি।

অশোমদা হয়াও-তয়াম পাম্বা মহেনগী শাজৎ থোইনা হোংদে। নুমিৎ থুদিংগী ময়ুমদগী চেং চাক অরৈবা পুথোক্লনা মখোয়গী ক্লব অফিসতা শতিগী ভন্দ্রা নবেন হরি বিনোদ ইমো তোম নুঙাইবগী ঙমখৈ লৈতে। নোংমতা ময়ুমদা চাক চাখিদ্রে। থোইদোক্লা হরি নবেন মথুক্তা পৈশা জম জম নোং ফাদোকসু ভন্দ্রাগী শা-ঙা মথেল লৈরকখি। হরাওরবা ব্রবী নোং ফাদোকসু মখোই লক্তা তিম্নে। ব্রবীদগী লোৱকপা পৈশানা হরি নবেন

খোংউপ খোংগ্রাও অহনবা শেৎলে। নোংমা শানতা হরি অমসুং নরেন লোল্লা উনখি। মাগী মতেং পাংগে হায়দুনা লুপা সংবা য়াম্না মখুত্তা তোইনা থারকখি। পায়থোক্তুনা পৈশা পায়রকপা নরেন হরি মুঙাইবা থিবদা নম্বর ফোর থেংনরুরে। ইকুই কুইদনা নম্বর ফোর এডিক্ট ওইরকখি। অদুনা শেলগী দরকার য়াম্না হেনগৎলকখি।

শেলগী ময়াইনা শান্থাগী লাংদা থুরবা নরেন হরি অঙাং ওইরিঙৈদগী তিম্নরক্লবা মাগী মপোৎ মরন চা থক্তুনা শিজিন্নদুনতা লৈরিবা মহেনগী মাঙনবা শীনবদা মশা মশাদ্ খুৎলাই ওইনা শীজিন্নহনখ্রে। ইকুই কুইদে জিমনাস্তিক হোলদা প্রাকটিস তৌবা চৎপদা নরেনগা হরিগা অনিনা ফাউল তৌবৰ হোরাইজোনটেল বারদগী লোংনা তাদুনা মহেন লেঙ ওৎপা ঙমখিদ্রে। ইম্ফালদা লাইয়েংবা ঙমদদুনা ভেলোর তাম্না চত্তুনা লাইয়েংখি অদুবু ফবা ঙমখিদে। অশোকপা অদুনা লাইপু ওইনা ভেলোরদা মহেন লৈখিদ্রে। অশংবী মপাম চৎখ্রে। শান্থাগী নিংবা থুংখ্রে।

মহেন্না একসিডেন্ট থোকখিবা মুমিত্তগী ক্লবকী ভদ্রা বন তোংখ্রে। রবী শাস্ত্রা মখোই মখোইগী থবক পাঙথোকখ্রবনা অনৌবা শেল অমুক হাইদোরক্লে। শেলগী দরকার কল্লা লৈরক্লিবা—হেরোইন এডিক্ট হরি নরেন তৌফম খঙলক্লে। মহেন করিগুম্বা লৈরম্লবদি মখোইগী দরকার লৈবা শেন হায়রুবগা খুদক্তা ফংলম্বনি। হৌজিক্তি লৌফম লৈত্রে—ভদ্রাসু বন— মরক মরক্তা চরাসু হেল্লে। ময়ুমদগী ফক্লিঙাই কৈসু লৈতে হুরানগদ্রা? মখোইনা হেক ঙম্বমখৈ চলাক

তৌদুনা মমান্নবদগী শেল মত্তুনা নিদুনা হুদুনা নম্বর ফোর শিজিন্ন-রম্মী। মদুস্তু কুইদে—মমান্নবশিং খুত্তিন্না শিকপদা মমি তান্দ্রে। পৈশা লাকফম কংলবা হরি নরেন নম্বর ফোরগী দরকার থম থেংনা লৈবা হুমিৎ খুদক্তা ফংহৌদ্রবদি জ্ঞান মাঙবা তারবা। লৈনা লৈনা লৈনবা শেল লৈত্রবা উপাই লৈত্রব.—মখয়াক্তা কোঙ্গোন খর খর কাবা হৌরক্লবদা নরেন্না হায়খি—“হরি, ঐখোইনা মহেন্দা ওস্তোক্লা লানগ্রকো।”

আগষ্ট ১৯৯০

# মন্ত্রীনা শেন চারিসিদি লান্নমন্ত্রেদনা

'লৈবাক্কী মিহুৎনেয়ে,—মন্ত্রীনেয়ে—! পৈশা হেক পীদ্রিফাও থবক অমত্তা তৌবিদে। শেন লৌশিনবা হালেংদে—হন্দোকপরা দায় লৈতে।

ভোং থাদরমদাইদদি খুবু খুরুম্বনে কপ্প কপ্পনে—"প্রজাগী মমল য়াম্লবা ভোংকী সিল নম্বীয়ু; প্রজাগী পাখোল্লোই ওইনা শিজিন্নবীয়ু লৈবাক প্রজাগী ফননবা তৌজগে ঐবু থাগৎপীয়ু"—অমুক্তোইনা। হেক কাখিবগা পুম্নমক পুন্নকও।

এম এল এ ওইরিঙৈদদি খরবু ফরম্মী—হায়জববা রা পুক্নীং চঙনা তাবি—মহু পাঙথোক্লবস্মু হোৎনবীদবা নত্তে—অহামল খর লৌরস্মু।

মন্ত্রী হেক ওইখিবদগী রা হায়রুবদি লায়রদনা উনবা ফাও য়াদ্রে—"হা চঙবা য়াদে উনবা মতম রাংলি—য়ুমশকৈশ হুমিং নত্রবদি উনবা য়াদে।" আঃ—মাইল ৪০/৫০ দগী লাকপা ঐখোইদি চন্না হেন্দূনা ঙাইবা তাবা,—গাড়ী ফংহৌদ্রগনা কদাইদা লেকপা—প্রজা ঐখোইনা রারিবসে মমিং উইশিন্দুনা য়েংবনে—শুকউ উদবনে।

করিগুম্বা উনবকা ফংহুনা রা অম্না অনিদং হায়রুবা—থবক মচা অমত্তা হাপ্পীয়ু—ঐখোইগী ইচা ইশু আঃ—চীংদা লৈখিবা

লৈখিৱা অমত্তা ইম্ফালদা ত্রান্সফর তৌবিয়ু ককা হায়রুবদা পৈশা পুরকউ হায়দুনা মাগী মী হেত্তা থারকপা। মন্ত্রীগী মুপী ইচন অসিনা খর অমুক হেনগৎখ্রে। ইমাঙদনা "তৌগে তৌগে" হেক মহায়ৱা মচান্তমক থীৱা—মখুত্তি শেন পায়দ্রিফাও য়াওদৱা, ত্রান্সফর মচা অমাফাও—পৈশা হেক পীরুদ্রিফাও তৌদবা মখোইসিবু লৈবাক্কী মীহুৎনেনে—প্রজাগী ফননবা তৌরি-নেনে প্রজাদগী ঈ চুরুপ চুরুপ হেক থরুদনা।

ভোৎ হেক কাদুনা মন্ত্রী হেক ওইখিবদগী মাগী ময়ুম মরমদম কোন্সটিটুয়েন্সী অসিদা ইরাক লাকখিদ্রে। মরমদম ময়ুম লমগী ফনবা চাওখৎনবা তৌবদি লায়বদনা ইম্ফালদা লম লৈয়দুনা য়ুমকৈ শাদুনা হেক লৈখিৱা। ময়ুম লম পোকফম শাৎফম ওইরিবা মখুল—মরৈকাই মাবু ভোৎ পীদুনা থাগৎলিবা মফমসিবু হেক্তা কাওবা ঙম্বা—ভোৎ মতমদতা হেক হেক নিংশিংলকপা—মন্ত্রী তোক্তুনা মীখল তৌরমদাই ময়ুম খুলসিদা তোয়না লাক্কনি—শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাং থিরক্কনি—অমুক কপাশিন্নরনি—"ভোৎ পীবীয়ু পাখোল্লোই ওইহনবীয়ু।" করিনো মখোয়সিনা তৌরিসিবো! করিনো মন্ত্রীসিনা তৌরিসিবো!

ভোৎকী মীতিন্দা রা ঙাঙবা বক্তৃতা তৌবদা কন্না কন্না থুদুম শীংনা লাওখি—"সরকার অসে শেজা থুমজানা থল্লে—য়াম্না মোৎলে অশিগুম্বা অমোৎপশিংসি থিংগদবনি। ঐখোইনা সরকার পায়রবদি শেজা থুমজা তৌহল্লোই" ............অদুগা মশানা ওইরকানসিদদি দবলদা চা-খৎলকলে করিনো ঐখোই মন্ত্রীসিনা তৌরিসিবো!

অসি হায়রত্তুনা য়াম্না শাওনা ঙাঙনা ঙাওনা চাইরেন তোম্বা মন্ত্রীগী বাঙ্গলাদগী থোরকখি। মহাক উখ্রুলদা থা অনিগী মমাঙদা ট্রান্সফার তৌখ্রবা ওঝা অমা ইম্ফালদা য়ারবদি মশাগী চাইরেন জুনিয়ার হায় স্কুলদা ট্রান্সফর তৌবীয়ু হায় বনি। চাইরেন্দগী ঙরাং কারকপনি। মন্ত্রী অপে য়ুমলোন্নবা থুন্দগী কাখিবনি—শক-খঙনবা হৌমিন কামিন্নরকপনি। মহাক মমায় ঙাংনা—"খঙনি মথং ইলেকসন্দা খঙলোইদ্রদো" হায়না য়াম্না শাওনা খোঙ্গাল্লোমদা থোরকপদা মন্ত্রীগী মরুপ লুখোই থোঙ্গান্দা গোং থেংনরে। লুখোই খাগেম পল্লীদগীনি। মন্ত্রীগা য়াম্না চান্নবা ব্রা তাথোক তাশিন অফ-ফত্ত খন্নবা য়াওবা মীনি। মন্ত্রীগী ইলেকসন্দা মরু ওইনা শরুক য়াখিবা নুপানি। হুমিং অত্থু সেকেণ্ড সাটারদেনি ছুটিনি। মন্ত্রীনা ব্রা খরা খন্নসি হায়না কৌত্তুনা লাকখিবনি। চাইরেন তোম্বা উবদা লুখোইনা হংখি—

"কৌদোরে তাতোম্বা অদুক শাওরিদ্রবু ?

"ইবুঙো লুখোই বাবু। শাংদবা ঙমদ্রবনে মন্ত্রীসে ইরম-দৈনিদনা— ঐখোইনা ভোৎ পীরগা থাগৎখিবা। নহান আ—লল্লাই অথাপ্পদগী লাকপনি। হুম্নী শুরবনি উনবা শুকফং ফংদবা। ঙসিতং উনবা ফংবসিদা ঐগী ইচা অমত্তং উখ্রুলদগী ইম্ফালদা ট্রান্সফর তৌবিয়ু হাইরুবদা ইচাও হেক চাওথোকঅদনা"

"তা-তোম্বা নচা নওনা হেক পোকপরা ? উখ্রুলদা লৈখিবদি কয়াম কুইরে।"

"ইবুঙো লুখোই ঐনা হেক পোকপদি নত্তে—ইয়াম্বশিং অমগী মচানি। থা অনিরোম শুরে উখ্রুলদা ত্রান্সফর তৌখিবা।"

"থা অনিতা ঙাইহ্রিদনা—খর লৈজখিসন্নুদনা। ত্রান্সফর পোষ্টিংসিদি চহি ২।৩ গী মতুংদা তৌনবনি।"

"ইবুঙো ইতৈমাহুগী মচাসিমত্তনি। হৌজিক কালসিদা চীংদা মচাবু কনানা লৈহন্নিংনি মচানা কপ লাওবত্নদা ঐনা হায়নরুগে লাকপনি।

"অদু ঐগা অমুক চঙলগা হায়নকসিদনা"

"য়ারে য়ারে ইবুঙো—ঐ হঙ্গখ্রগে।"

"অদো তাতোম্বা ঐস্ু হায়গে"

"ইবুঙো অমুক হায়বীরুরন্নু ঐ চংলে।" হায়দুনা ফং হাইদোকুনা চংখ্রে।

লুখোই ইমুং চঙলক্লে। মা লাকলে পাও তারবদা মন্ত্রীনা মাগী কাদা লৈরম্বা মীপুম্বা বিদায় তৌনখ্রগা মথন্তা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মখোই অনি মমায় ওনশিন্নদুনা ফম্মিম্লে। অর্দলীনা পুশিল্লকপা চা থক্না থক্না লুখোইনা হংলকই—"করি অরুবা ব্রাগীনো ঐবু ঙত্তানা কৌহল্লরীবা সিবু মন্ত্রী সাহেব।

"ভায় লুখোই, আগর মহল কণ্ট্রেকনি কনাদা পীসিগে —খন্নসি কৌবনি।"

"অদুদি লায়রী খর তপ্না ঈংনা খন্নসি ঐ ব্রা অমত্তা হংগে —চাইরেন তোম্বগা করি তৌনখ্রবগে ওম্ফোক্লা শাওনা থোরকখ্রেদা

"শাওসন্নুদা—মানা শাওববু কয়াম কৃইনা শাওগনো ?"

"করিনো মাগী মচা অমা উখ্রূলদগী ট্রান্সফর তৌবিয়ু হায়দু খর তৌবিবা য়াত্রা ?"

"করিনোনে মাগী মচা নত্তেদা, তেলেমগা রাখোমগবু শাগৈরা ? লৈকাই লৈমিন্নবগী ইপন খুরা, ইচা অতুক কৌনবতনি। অত্নবু ইম্ফালদগী ট্রান্সফর তৌখিবা থা অনিতা ওায়রি। করম হায়না অম্রুক থুনা ইম্ফালদা অমুক পুরকদোরিবনো ?"

"অদো মনা হায়রিদি পৈশা হেক পীড্রিমখৈ থবক মচাসিদফাও তৌবিয়ু য়াদে হায়নে।"

"পৈশাবুদি পুরকউ হায়দদি। ম.নদি ট্রান্সফর তৌহন্নি হায়দুনা শেনদি পায়শিনখ্রে।

"খুওাদ খওদে য়াম শাওখ্রে. মথং ইলেক্সন্দা খওনিকা হায়রম্বনি।"

"শাওনীংঙা শাওশন্নু। ইলেকসন্দা ঐগী ভোংতি—মানা খোমজিনবৈ মহুত্তা খোমদোকলিনি পৈশানা পাম্লীদি। ভোটরদা লুপা ৫০ য়াংখৈ য়েন্নী হায়দুনা ভোটর ২০০ রোমগী পৈশা লৌখ্রগা মী ৫০ মুক্তা লুপা ২০ কুন খক য়েল্লম্লগা অতৈদু মান পায়শিনখিদুনা কমপ্লেন তৌনখিবদু কাওরবরা ? কেন্দিদেটনিনা মতমদুদদি রা ওাওবা য়াদবন্নিনা মানা পীরমদে হায়বা কাওবুদো অমুক হন্না য়েনবদু নওস্যু খওলিদুনি।

"ইলেক্সন মতমদা মীতিন কয়াদা শেঙ্গা থুমজা তৌরোই অতৈস্যু তৌহল্লোই হায়না লাওনা লাওনা হায়রগা মন্ত্রী ওইরকান্দা শেন পুরকউদা হায় হায়না অমুক্তোইনা লাও খোংখ্রবনি।"

"অতু মওোন্দগী মশাগী পৈশাদগী পীয়ু হায়বা নত্তে। মখোইনা ঐগী মিংদা লৌশিল্লুবা অতু পীয়ু হায়বত্তনি। মওনা খওলিহুন্দি ভোট লেপ্তুনা কানবা হোৎনবদা শেল কয়াম চওখ্রে। অতুগা কারবা তুংদা মন্ত্রী ওইনবা হোৎনবদা পৈশা কোকথোং অমা। মতু নও লোইমা খওবনি। ঐগী লৈজবা শেলদি খজিক্তুনি মরুপ মপাং ইচিম ইনাও ইচে ইচন ইনে মামা—মুপী মপামগী শেল কয়া শোকচিনখ্রবনি নওগীসু ফন য়াম্না য়াওখ্রবনি। মসিপুম্বা শিংদবা য়ারব্রা?

"হোয় শেনবুদি য়াম্না চওখ্রে ঐসু খওইদা।"

"য়েংউদনা ভোট খোম্বা চৎপদা, যুমথোং খুদীং কেম্পেন চৎপদা—লৈকাই ক্লব, শোসাইটি, মৈবাপায়বী ধুপ পালা, শিংগার পালা, নচিংবা কয়াদা, অওম্বা দাব তৌবা মন্দির খুদীং অওম্বা কৎপা, নহারোল লৈশা পাখং—লৈকাই খুদীংগী চাকচা হৈজামনবা অওম অওম্বা পীবা—অহল লমন য়ারী লাইরিক তানবা লৈজবা খর কৎপা নহা অহল লৈশা পাখও মৌনহা কয়াগী সিনেমা ড্রামা য়েংনবা টিকেৎ লৈবা, গাড়ীনা থিনবা খরচকী খরচম ক্রা। অতুদগী মরুপ মপাং অতৈ য়ার্করশিংনা উনৌ উনৌ হায়বা মরু ওইবা অহল লমন নহারোন মচীন তোওবা ভোটর উনরুই—মতু লেম্না উনবা নত্তে। পাও কয়া লাকখি কেন্দিডেট মশা উনবা পাম্মী—মখোইগীদি লাকখ্রে ঐখোইগীদি লাক্কে—চৎলি উনরুই অওম্বা মখৈ অতুবু উনরুবা খুদীং লেম্না উনবা য়াবা নত্তে। শিদৈ হেন্দোক্লুনা ঐখোই মমাওমুপী—কেন্দিদেটকী মুপী উননিংই—মীগীদি ২রক অছমলক লাক্লমলে—ঐখোইগীদি নোংমা ফাও লাক্কে হায়না ভোটর ইচে ইনে ইমা ইন্দোম্না, হায়, হায়দুনা ননাও মুপীবু চত্তুনা লোইনা

উনহল্লুই। মতম্সু লেম্না উনবা য়াবা নত্তে—মতুদা খরচ কয়াম তৌখি খঙব্রা—। য়ুমদা মুমিং খুদিং মী ২০০।৩০০ গী উৎসব চা—কোফী; মুংদাংদা নহারোলশিংগী কেম্প লিংখৎপগী কয়া অমা। কনাগুম্বা ভোটরনা মচীন্না থোক্লা শেল খর পীয়ু হায়বা কয়ানি মতুদা করম্না পীরোই। ঐগীদমক চেনবীরিবা হোৎনবীরিবা ৱার্করনা মাগী মাগী মখাদা ভোটর অশুক অশুক্না শেল পীয়ু হায় খরদং পীদ্রবদি ভোং কংলরোই—মীগীদি অতুপ পীনখ্রে হায়রকপা খুদীংদা ভোট কানীংইবা ঐনা মখোইনা তাল্লকপতু করম্না পীরোইদগে? অঙম্বা খর পীবা তাবনি। শিদৈ হেন্দোক্লুনা ঈশিং কংদবা মফমদা থক্লবা ঈশিং য়েনবা ঈশিং থুম্বা মফমদা চেং চাক হন্নাই কেরোসিন থক্লবা ঈশিং খরতা ওইরবসু য়েন্দবা য়াবরা লুহোং-কৈহোং শোরাত্তা পোৎয়েং পীবা পালাদা শেন থাবা তৌদবা য়াবা নত্তে। অনাবা অথুবা ভোটর মরক্তা য়াওরকপদা গাড়ী পুথোক্লুনা অহিং মুংখিল খিদনা হসপিটালদা খিন্দবা য়াবা নত্তে পুন্নমকসি পাওথোক্লবা তোৎনবদা খরচ তৌবগী মপান নাইবরা। শিদসু নত্তে শেন নীবা লাকপদা দোনেসন তৌদবা য়াব্রা।

অদুদৈদি অমুক উচিন নাচিন্না কারে এম এল এ ওইরে। মন্ত্রী ওইনবা হোৎনদ্দা ঐবু সপোর্ট তৌবা এম এল এ ৪'১দসু ইনাক্লা লেওদনা থম্বা তাবনি। এম এল এ অমা ঐগী ওইহনবা শেল কয়ানা হিসাব তৌ। মিনিস্টর ওইরমদাইদা চিপ-মিনিষ্টরগী পার্টি ফণ্ডদা কয়াম দোনেসন তৌফম থোকপগে নঙনা খঙলিবহুনি।

"হোয়নে হাইকেন্তি য়ামহনে শেন্দো। বেগ বেগ পুশিন্নবদো ঐসু খঙদ্দা।"

"অশুক য়াম্বা মীগী শেল লৌরুবতু শিংলোইদ্রা ? অদুগা হৌজিক মন্ত্রী ওইরবনি—য়ুমদা ঐবু উনবা কয়া লাকই—ঐগী ভোটর কয়ানি—মখোইবু চা কপ অমত্তগুম্ব পীথকলোইদ্রা ? মন্ত্রী ওইরবনিনা ফংসন উসোব কয়াদা সভাপতি অথোইবা অতিথি ওইবা চত্তবা য়াদে—মীনা ভোটরনা হায়রবদি—মহুদা সংস্থানশিং অদুদা ঐগী দোনেসন পীদবা য়াদে—মন্ত্রী অমা ওইবগী ইজ্জৎ থমদবা য়াদে। মন্ত্রীগী তলবনি, এলাওয়েন্সনি পীরিবা অসিদি চা লৈবা ফাও কোন্নদে অদুনা ঐঙোন্দা ভোট পীবা কান্দা শেল লৌথিবা ভোটকী মমল লৌথিবা মীশিং অদুগী থবক তৌবিবা মতমদা ঐস্থু থবক্তুগী মমল লৌফম থোক্ত্রা ? মহুদা ফংবা শেলদুনা মীগী শেন্দোন থুমদোন শীংদোকথুগা ঐগীস্থু জিবিকা ওইনবা হোৎনফম থোক্ত্রা ?

"মহুস্থু চুমদবা নত্তে।"

"অদুগা ঐঙোন্দগী ভোটকী মমল লৌথিবা মীশিং অদুনা ঐঙোন্দা তৌ হায়দুনা হায়রবা থবকশিংদু অমত্তস্থু অচুম্বা য়াওদে। তাদা চাইরেন তোম্বনা হায়রম্বা চহি অহুম অহুম লৈরগা ত্রাসফর তৌবগী নিয়মদু থুগাইদুনা থা অনিথক্তা ডাইগ্রিব অদুবু ইস্ফালদা মযুম্না ক্তা ট্রান্সফর তৌ সিনিনে। অতেস্থু শিগুম্বা ডাক্তা। মতিক চাবা মীশিংদু থৈদোল্লগা—মতিক চাদবা মখোইনা শেল লৌশিল্লুবা অদুগুম্বা ডাক্তনি থবক হাপ্প হায়ররিদো। অচুম্বা থবক তৌনবগী হায়রকপা ওইরবদি অদুগা মখোয়না মন্ত্রীগী মিংদা শেল খোম্বা নত্রবদি চুম্না শেঙ্গা থুমজা তৌদনা অহুম পাংথোকথিবা য়াবনি। পীকথুবা মনিপুর সিদদি মখোই ঐখোইনা তৌরিবা পুম্বা ইউ

উনবা ঙাক্তনি। ঐনা খনবদা রারিবদি ভোটর মখোইনদি মোৎলগা মখোইগী মন্ত্রী ঐবুনা কোনশেং ওইয়ু হায়বসিনি।

"অওইবনি ভোটর অয়াম্বনা মন্ত্রীদা তৌবীযু হায়ববা থবক অয়াম্বা চামগী মনুংদা মরিফুতরা মাপনদি অবানবা ওইদবা ঙাক্তা অদুগা মদু তৌদ্রে ভোট-ফন্দব, তৌরে—অরানবা তৌরে শেল চাদুনা মরান শীবা—খঙদেদা মন্ত্রী ওইবসিস্ত চৈরমদা থোংখোং শাবনিকো।"

"মখোইগী অরানবা থবক তৌবগী মমল লৌববু শেল চাবনি হায়-রবদি হায়জসনু - মদুসু মন্ত্রীগী মিংদা শেল খোম্বা কাঙবুনা হায়বা।"

"অদুগা মনিপুরদদি শেঙ্গা থুমজ। হায়বসিদি আ থাইনঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈদগী অদুম চৎনবী ওইরক্লবনি। হায়নদ্রনে—ঙা অমা হৈ অমা চানবা তৌজগে।" আ—মথাই থাইনঙৈ মোইরাং নোংখোন ফাওবা শেন চারম্মীবনি—। নোংবাম্না কাও ফাবগী মতাংদা মাইবী লাইফাওদা হায়খিদুদি—"খম্বনা পুখম মঙা পীরম্মে কাও ফাজগে হায়।" নিংথৌগী স্না কাগোক হানবগী রা অদুম হায়নরিবদুনি। ভোটরদা শেন পিজবসি অনৌবা হৌদোকপা ওইরম্নু—শেন পীজবা হায়সি মনিপুরদদি থোইনা কত্তবনি হায়না লৌনদবা—খ্বাইনা অদুম মখংনবা ময়ানবা ইন্সটিটুসন অমনি। চৎনবীনি।

"উম মুন্না শল্লুরবদি অদুগা মীখন মতমদা ভোটরশিংনা কেন্দি-ডেটকী লৌবা শেলদু উক্ররগাদি মন্ত্রীনা শেন চারমলিবসিদি করিমত্তা লালবত্রেদনা—য়াম্না চুমলেদনা।"

আগষ্ট ১৯৯০

লোইরক্পা

# অইখগী হাম্না কোঙখ্ৰবা

১। রাখল শৈরেং — ১৯৪৯ ইং
২। শংবানবী — ১৯৬২ ইং
৩। নির্মল যমুনা — ১৯৬৬ ইং
৪। থম্মোই দিনা — ১৯৬৮ ইং
৫। লৈনম চাওবী লৈরাং — ১৯[illegible] ইং
৬। রোমকুদা শিকার — ১৯৭৩ ইং
৭। কায়নবদা — ১৯৭৩ ইং
৮। মংশং তানবা — ১৯৭৮ ইং
৯। অনিথোক্লবদা — ১৯৮০ ইং
১০। বসন্তগী য়াবেং শৈরেং — ১৯৮১ ইং
১১। জগন্নাথ পুজারী — ১৯৮২ ইং
১২। উদ্ধবকী পাও — ১৯৮৩ ইং
১৩। বসুমতী — ১৯৮৪ ইং
১৪। পোমশাৎনবী — ১৯৮৫ ইং
১৫। মমাঙ্ থোঙ লোল্লবদি
মনীংথোঙদা লাকউদনা — ১৯৮৫ ইং
(সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ অমসুং
ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্ড ফংলবা)
অনিশুবা থুংনম — ১৯৮৯ ইং
১৬। মিংনাংনবী — ১৯৮৮ ইং